# Awaiba Mou

## A collection of Manipuri Short Story

*By - Dhanashyam Wahengba*





| | | |
|---|---|---|
| অৱাইবা মৌ | : | ৱারীমচা |
| অইবা | : | ধনশ্যাম ৱাহেংবা |
| অহানবা ফোঙবা | : | জুন, ২০১০ ইং |
| অফোঙবা | : | ৱাহেংবম মিলন, ৱাঙ্গোই |
| ফংফম থোকপা | : | অইবা |
| মখুম ডিজাইন | : | অইবা |
| মমল | : | লুপা ১৫০/- |
| কম্পোজ | : | নেক্সি প্রিন্টর, ৱাঙ্গোই বজার |
| নমফম | : | এ: টি: প্রিন্টর, ইম্ফাল |

(I)

# অৱায়বা মৌ পারুবদগী

শ্রীধনশ্যাম ৱাহেংবগী "অৱায়বা মৌ" ৱারীমচা ২২ গী পুনশিনবা লাইরিক্লি। থমজরিবসি অপাবা অমগী ৱারোলনি, ক্রিটিক অমগী ক্রিটিকেল একাউন্ট অমা নত্তে।

তৌনরিবশিং অসি মনুং হুনজিন্না য়েংলুরবদি অকি-তুজুংনিংঙাই ওইবগী মশক হেক্তা উরকই। মসিমক থোকই 'লানজদ্রবা থৱায়শিং'দা। ওইরক্লিবা সমাজগী, শেল-থুমগী অমদি অতৈ-অতৈনা পিরকপা শাফুশিংদগী হান্নদৈ শক্তি লৈনা চংনরক্লবা ইথিল্ল মবুক শাওগৎলকই, মশা ঙম্লক্তে, ইথিল্ল মশানা মশাদা ৱাহং হংলকই। মমিগুম্বগী ঈঙিৎ 'লানজদ্রবা থৱাইশিং' হায়বা ৱারীমচাসিনা পারিবা ঐঙোন্দা ফাওহল্লি।

'মোব' হায়বসি মপাঙ্গল য়াম্না লৈ, তৌবদবু য়াম্না ফিংই, খংশাউ-শাউই, খংইং-ইংথৈ। মোবকী সাইকোলোজিসি 'জুলিয়স সীজর' হায়বা প্লে অদুদা সিজারগী অশিবা হকচাং পোৎলোইরমদাইদা সেক্সপিয়ারনা ফজনা উৎখ্রে। ব্রুটসকী ভাষন তারুবদা মোবনা সিজারগী মথক্তা শাউরকখি। মতুংদা এন্টোনীগী ভাষন তারুরগনা ব্রুটস অমসুং কন্সপিরেটরশিংগী মাইয়োক্তা ঈরাং হৌরকখি। চনিং তাগন্দবা মোবগী ঈহৌদা - লানজদ্রবা, লানজদবী অনী অমবু বদনাম পীশিনখিবগী ৱারী লীরি - 'থাদোরকপা' দা।

চংনবী অমসুং লাইনীংগী শিকংনরবা কাংলোনগা, মীওইবগী শেংনা হিংবগী পুক্লিং -ঈপোমগা হেক হেক মুকশিন্নরকপা তত্তনা উবা ফংই। কোরান শরিফকী অচুম্বগা - নজমাগী পুন্সিগী অচুম্বগা মুকশিন্নরকপগী ট্রেজদী মরেপ য়ান্নমক লুথদ্রবসু ' অমুক হল্লকপা' হায়বা ৱারীমচা অসিদা ফোঙদোক্লি।

'হিংগৎলকপা' ইন্দো-ম্যানমারদা বেজ তৌবা মাফিয়া মচা অমগী লীদরগী হৈ-শিংলবা ড্রামানি। রাইবেল অদুবু হাক্তোকপা অদুগা মাগী নুংশিনদবা য়ুম্লোন্নবা অমবুসু দশা তাহনবা। মীহাৎ-মীতুপকী মনিং মখা তমশ্রবা সোসিয়েল বেকগ্রাউন্দ অমদা থোকখিবা ড্রামা অমগী ৱারীনি।

হৌজিক ওইরিবা মনিপুরগী হৱা-নুংশিৎ ! নুংশা থিদবা ঙমদে। নিশা, নোংমৈ, বোম, দিমান্দ - তল্লে পন্নিংদ্রে খুনাং চারে। অদুবু নুংশাদি থিদবা ঙমদে। মদম অসিগী চনিং তাদ্রবা পুন্সিগী মনুংদা মীপুম খুদিংদা নারিবা Scychiatric disorder অদু ফোঙদোকই ' নুংশা থিবা ' না।

ইমুং অয়াম্বদা থোকপদি নত্তে। মচাশিংনা হন্না য়েংবীদ্রবা অহল অমগী নাইতোম তারবা, ব্বারৌবতনা ব্বাখলগী লাইমন ওইরবা পুন্সিগী ব্বারী অমা 'ঐদি ঙসি চৎলগে' দা লীরি।

লায়সু লায়বা, য়াম্নসু থুবা মওংদা শেল য়াম্না পায়হনবা ঙম্বা কারবার থি, লমদমসিগী অয়াম্বা মীওইশিংনা। মায় পাকখিবা য়াওই, মায়থিখিবা য়াওই। 'লাইবক্না কদোমদা' হায়বসি মায়থিখিবা অমগী ব্বারীনি।

'তোবর্বান অনীগী ঈচেল' হোয় চুম্মী - তোবর্বান অনীগী মরক্তা চেল্লিবা ঈচেলদু মবানীগী কমন ওইবা ঈচেল ওইরকই। অদুবু two paralell lines never meet ব্বারীসিদা তোবর্বান অনীদু থুংনখি। তশেংবদি ব্বারীসিগী মতুংইন্না ঈচেল অনী লৈখিবনি, অমনা থেক্কোই-নাকোই তৌরগা চেন্থখি, অমনা শম্না চেল্লকই। অদুগা ঈতিনফম অমদা তিন্নখি।

'মিকপ থোক্লকপদা' হায়বসিসু মতৈ-মনাওগী লৈন-মরীগী ব্বারীনি। মপুরোইবা অমনা মহাক্কী নুপীদা পীফম থোকপা অপাম্বদু পীহৌদে। অদুবু পীফম থোকই হায়না খঙলকপা মতমদদি থেঙমনপ্রে- মাগী নুপীদু লৈরমদ্রে।

'নঙবু ঐনা কাউবা ঙল্লোই' কমুনিকেসন ফত্তবা, ফেসিলিটি য়াম্না ব্বাৎপা খুঙ্গং অমগী ব্বারীনি। নাকোইননা লৈঙাকপশিংদা ব্বাকৎপনি।

'লুপা মঙা' শৃফম, শেন্দানফম খঙদ্রবী লুখ্রাবী তোম্বীঙৌগী কপ্লিংনা নোক্লিংবা ব্বারীনি। লুপা মঙাখক্কী ময়েক্লি। থাউ খজিক্তং লৈরুনবা দুকান্দা চৎপনি। উপাক অনীগী কারক্তা লুপা মঙাগী ময়েক অদু তাখি। থিবা খঙখিদে। দুকান্দারনা শোৎকে হায়বদা অমত্তা পীরক্তে।

'অব্বায়বা মৌ' লাইরিক অসিগী টাইটল ওইরিবা ব্বারীমচানি। দিল্লীগুম্বা মেট্রোপোলিটান সিটি অমদা তৌনরিবা শেন্দাল লম্বী কয়াগী মনুংদগী অমা লৌখৎলগা অইবনা লাম্থোরকপনি। মমাংঙৈদা বৃটিশ ইম্পয়ারগী মতমদা ফার ইষ্টতা থবক তাবা ইংলিশ ওফিসারশিংনা থম্নরম্বা কনট্রেক ব্বাইফ অদুগা মান্নে। মদুমক্তি নত্তে হন্দক্কী অব্বায়বা মৌ। মতম খর য়ুম্বানমিন্নরম্নগা নুপী অদুনা জোইন্ট একাউন্টদগী শেলমখৈ পুরগা চেনখিবগী ব্বারীনি।

'ইনে লৈহাউগী মরল' - ইনে লৈহাউগী মরলসি মহাক্না ঙম্বা, নোম্বা কনবা চাউতোন্না তাল্লম্বনি। চাউতোন শিখ্রবা মতুংদা লৈহাউ শেন্দোয় শান্নদুনা মতম খরা লৈখি। খঙহৌদে লৈহাউ, মাঙ্গোলজাও কৌবা Philanderer অমগী লাংদা থুখি। মাগী মরলমখৈ মাঙ্গোলজাওনা অমুক পুরগা চৎখি। মীশকশিং অমসুং বেকগ্রাউন্দ মান্নদ্রবসু ব্বারীমচাসি ব্বাখলদা 'অব্বায়বা মৌ' গী মখা চৎথরকপনি।

'খুৎশূমন' মন্ত্রিজমগী মনম চেল্লি। প্রোলেতারিৎ অমবু খরা ফগৎপা প্রোলেতারিৎ অমনা এক্সপ্লোইট তৌবগী ৱারীনি। বুরজুৱা অমনা এক্সপ্লোইট তৌবদু নত্তে।

'লৈলা' নুপী অমা ওইরবোই নীংলুই, ওইরমদ্রে, নোংলৈ-নুংশিৎ অমগী মমিং ওইরমলে। ইকুই কুইদনা শুনামীগী ৱারীনা মালেম থুংনা শন্দোক্লক্লবনি। ৱারী মচাসিদা Humorous taste অমা য়াওরম্মী। লৈলা লাকপগী মথোং মরম খণ্ডদনা মীপাইনরিঙৈ মরক্তা পিল্লিবা অঙাং অমা মখোংদা চে মচেৎ অমদা মমিং থাদুনা চফু অমদা হাপকৎখিবা, লৈলা লৈরিঙৈ মনুংদা মাইকৈ খণ্ডদনা তাওথোকখিবা ৱারী নুংঙাইহল্লি। খুনগৎপনা অমনা খুনগৎলবসু অঙাংদু মমা অশেংবদুনা লৌখি।

'শঙখিবা মচু' অনৌবা লেওনারদো-দা ভিঞ্চি অমগী ৱারীনি। মসিদসু মোনালিশা কৌবী অমসু ইনভোলফ তৌই। অনৌবা 'দা-ভিঞ্চি' অসি জেমসনি। ইউনিভরসিটি অমত্তদা তম্মীন্নবনা মরম ওইদুনা মোনালিশাগা খঙনৈ, উনৈ, নকসিন্নৈ। জেমসনা মোনালিশাগী ইমোসন ফাওবা ফোঙদোক্তুনা লাই য়েকই। লোইদি লোইশিন্দে। মোনালিশাগী লাইয়েক অদু লোইশিন্দনা মাঙহনখি। অদুবু মহাক্কী থম্মোয়দদি মোনালিশাগী মমি তাদুনা লৈহৌখি। ইচম-চম্বা ৱারীনি খন্থুরুরবদি Humorous side অমা উবা ফংই। পাখণ্ড মচাশিংগী নোক্লিংবা মখলগী Temparament অদুনি।

হন্দক মরক কন্না ঙাংনরকপা তাই 'Feminism'। ময়াং লৈবাক্তা ডাউরিগী প্রোব্লেম লৈবগী ৱারীসু সাহিত্যগী লৈচল কন্না ওইনরকখিবা তাপ্রে। 'লৌনম লাংদা' হায়বা ৱারীমচা অসি অউনপোৎকী তোরৈদা তাওথরক্তুনা ন্যায়গী মাইকৈরোমদা লেপখিবী থৌনাফবী অমগী ৱারী পুথরকপনি। অদুবু নুপীমচা অদু অচুম্বা অমগীদমক অমদি হিউম্যেন ইমোসনগীদমক হি অনী তোংলুবনা লৌনম লাংদা থুদুনা সহীদ ওইখি। 'খুদোল পোৎ' লৈপুংফমফমদা লীনবা নুংঙাইবা ৱারীমচা অমনি। মোটোর সাইকল লাকপা গেঙ খুৎপু অমা মোবাইল হেন্দ সেডকী মতেংনা ফাগৎখিবগী ৱারীনি।

'অরানবা লম্বী' হৌজিক চৎনরিবা ইডুকেসন সেষ্টেম অসিগী মনুংদা, ছাত্র মশাগী, গার্জিয়ানগী, হোষ্টেল ৱার্ডেনগী অমদি নাক-য়েৎকী corroalation ফজরক্তবদগী সিচুয়েসন অমদা ছাত্র অমগী পুক্নি মাঙখিবা য়াবগী মওংদা লৈরকপগী ৱারীনি। Realistic setting অমদা য়েকথোরকপা লাইয়েকনি। ৱাখল খন্থুবীহৌগদবদি অয়েংবা অমসুং পারিবা মীশক অদুনি।

'ৱারেপ' ৱারীমচা অসিসু ইজুকেসন সিষ্টেমলোমদা মমাই ওনশিল্লি। হৈখা পাম্বীনা চম্প্রা ওইনা মহে য়ান্দে। মচাশিংগী শিক্ষাগী লম্বেল খুতাক চুমদ্রবদি

লমফৈননা চৎখ্রগা মচাদু মাঙগনি। ৱারীমচাসি পাউতাক পীবা মখল অদুদি নত্তে। পোকত্রিবা অঙাং ফাওবগী তুংগী কেরিয়ার হান্না য়াৎথোকপদা, মমা মপা অনীনা কন্না য়েৎনরকপগী নোক্লিংবা থৌদৌ অমগী ৱারীনি।

অফবা জাৎ, অনেম্বা জাৎ - য়াম্না শাথিরবা Social classfication অমনি। মসিদা লোজিক চংদে, হিউমেনিটিগী ৱাখল মসিদা য়াওদে। হরিয়ানাগী পন্দিত শাগৈদা পোকপা হরিশনি। মহাকসু নিশা অসি চুবা মীশক অমনি। অসিনা মরম ওইদুনা জাট মচা অমগা মরী লৈনরুবগী মচানুপীবু মখুৎমক্লা হাৎখি। হরিশ কোন্না ঙাওরকখি। মাবু উরগা মীনা থৈদোক থৈদোক্তুনা চৎনখি। মসি 'থৈদোকপা' হায়বা ৱারীমচাদুগী শন্নপ্পা ৱারোলনি।

অরোইবা ' আকর্ষন' হায়বদি চিংশিনবা। মহাভারতকী কুন্তিগীনা আকর্ষন মন্ত্রনি। কুন্তিনা চিংশিনখিবনা দেবতাশিংনি। থাজ কৌবী লৈশাবীদুনা শীজিন্নখিবদি আকর্ষন মন্ত্র অদুমক নত্তে। মোবাইলগী মেসেজনি, ফোন্দা ৱারী শান্নবনি , নিপাদু লাকহনবনি। মতেং লৌবনি, লক্লবনি। অদুবু মহাক অতোপ্পা অমদা ময়ুম পাল্লি। নিপাদু অথাপ্পা পোষ্টিংদা লৈখিবদগী মপামদা হেক হেক লাক্তুনা লৈরকপদগী, কোন্নথংদদি শাউনরক্তুনা মপামদা অদুম লৈরবীনি। অইবনা থাজনা লাক্লবিখিবা 'মঙাল' কৌবা পাখঙদুগী ৱারী পরৈ অসুম অসুম হন্দোরক্তুনা মমৈথংদা মঙালনা থাজবু নুংশিখিবদুগী ওইবা অনুতাপকী মৈরি থাজদা চাক্লকখিবদু অপাবশিংদা পর্দা হায়দোক্লগা উহল্লকই।

পনখ্রিবশিংসি ৱারীমচাশিংদুগী মনুংগী পোৎচাকশিংদুনি। দরকার ওইরিবদি আর্ট অদুনি। কনাদগীসু কোপী তৌদনা মশাগী আর্ট শাগৎচরগা ওরিজিনেল ওইনা ৱারীশিং লীথরক্লিবসি থাগৎনিংঙাইনি। পুস্তিদা নাক য়েৎতা থোক্লিবা থৌদোকশিংদা মুন্না অসুম অসুম য়েংলকপনা মশাদা Inspiration লাক্লবদা ওইরক্লিবা ফিভম অদু মশাগী ওইবা আর্ট শাগৎলক্লবগী Basis অমনি। লেপ্তুনা প্রাক্তিস তৌরবদি হেন্না লুথবা প্লেন অমদা চংশিল্লগা হৌজিকমক অইবগী আর্টকী ফুদোরকফম ওইরিবা Basis অসিদগী হেন্না লুথবা ৱারীমচাশিং ইরকখিগনি হায়না থাজে।

তাং ২৯-০৫-২০১০ ইং।

শ্রী বি: কে: ৱাহেংবা

ৱাঙ্গোই।

# ৱাহৈ মঙা-তরাদং

নহা ওইরিবা অইবা ধনশ্যাম ৱাহেংবা মনিপুরী ৱারীমচাগী লমদা খোঙ থাংজিল্লকপদা ঙাইরিবা মীশক অমনি। মশক তাকপা লুরি, মগুন থাবা ৱারি। 'অৱায়বা মৌ' হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিগী মমাঙদা 'তম্না খুন্নৌগী ভূৎ' (২০০৮) ফোঙখ্রে। 'পিস্টোল অমৈ লোন' (২০০৯) মিংথোনবা শৈরেং লাইরিক অমসু থেংনখ্রে।

হন্দক মরকসি তেন্না তেন্না ইবা, ইচম চম্বা ৱারীমচাদা ৱারীমচা ওইনা উবা লাইরিক খরা থোরক্লি। কাংজম রাধাকুমারগী 'এসিয়াগী মঙ' হায়বা লাইরিক অদু পারুবদা ইশাসিদা ইনৌ নৌনা করিগুম্বা খরা খল্লুবগুম তৌই। "ৱারীগী থিমসু খরা নৌবা, শীজিন্নরিবা লোনসু লৈশি লৈথোন কয়া য়াওদবা ইচম চম্বা ওইনা তৌবা" ৱারীমচা ঙাক্তগী লাইরিক্লি। খল্লুদবা ঙমদে - 'সিবু ৱারীমচারা ! সুম সুম পাথরগা অনৌবা ৱারীমচাগী শক্লোন অমা উরকই - অনৌবা থিম, অনৌবা টেকনিক, অনৌবা পাউজেল। ধনশ্যামগী ৱারীমচাশিং অসিসু হান্নগী লীক্লমদগী খরা তোপ্পা উই। লীরিবা ৱারী, শীজিন্নরিবা লোন, পীরিবা পাউজেল পুম্নমক চমই। অদুবু সুম সুম পাথরুরগদি মহাক্কীসিসু ৱারীমচাগী অনৌবা মথেল অমা ওইবা য়াবরা হায়না লৌদবা ঙম্লক্তে। লীনিংলিবদু লীথোকপা, হায়নীংলিবদু হায়দোকপা - তৌবতদি চম্না, তোররিংবা পূকচেলদা। মহাক্কী চরিত্রশিং অশেংবা মালহল্লি। পীনীংলিবা পাউজেল লোৎশিন্দুনা থম্মী। অপাবনা খঙজরগনি হায়বগী মতানি। ৱারী লীবা হায়বসিমক্তবু ৱারীদু লীরগা লোইরে। ৱারীগী মরুমদা করি হায়নীংলিবা হায়বদুদি হায়দোক্লদে। মহাক্কী ৱারী অয়াম্বা মপাল লমগী সেটিংদা শাগৎপা ওইনা তৌই। 'খুৎশূমন' দা অইবনা দিল্লী, বিহারনচিংবা লমদা লৈরিবা থবক শূদুনা হিংলিবা মীওইশিংগী পুন্সি উৎলি। 'শঙখিবা মচু' দা মোনালিশাগী প্রেম, 'লৌনম লাং' দা অউনপোৎকী চৎনবীনা মচা নিংঙোল পোকপা মমা-মপা

কয়াবু মমিৎ তাঙহনবা, 'খুদোনপোৎ' তা হূরানবা ফাবগী অরাইবা প্লোট অমদি হরিয়ানা পুলিসকী হৈ-শিংবা, 'অরানবা লম্বী' দা মচা ব্বারকপা ঙমদবা মপা অমগী নুংগী চৈনাখোল, 'ব্বারেপ' তা মচাগী অপাম্বা খঙদনা মমা-মপানা শিনফম লেপ্পগী অমাঙবা, 'থৈদোকপা' দা জাৎ তিন্নদবা লৌন-লৈনবগী সমস্যা, ' আকর্ষন' দা থম্মোয় পান্দবী নুপী অমনা মশাগী ওইজবতা থিদুনা নুপাবু লৌনম লাং থাকল্লুবদগী মমৈথংদা নিংঙমদবগী মৈচাক ফংহৌবা, মিংথোল ব্বারী ওইরিবা 'অব্বায়বা মৌ' দা প্রিয়ানা তরুনবু নমথাক তৌদুনা অপঙবা শীরম্বা - ব্বারী কয়া অসিনা ইরায় লায়না অপাবশিংগী পূক্নীং চিংশিনবা ঙমগনি খল্লি। অইবনা মপাল লমদা থেংনরুবা ব্বাথোক-থৌদোক কয়াদা অয়াম্বা যুমফম ওইবা ব্বারীমচাশিংনি। থোক্তু-থোকখিবা মালহল্লি। ক্রাপ্টসমেনসিপকী অশোয়বা খরদি লৈতবা নত্তে।

নহা ওইরিবা অইবা অসিনা মখা তানা ইবগী লমদা লেপ্পা লৈতনা চংশিল্লক্কুনা মশানা মশাবু মীমাঙ থোকপা য়াবা অইবা অমনি হায়না তাকপা ঙম্নবা সাধনাগী লম্বীদি থাবা য়াদে। মহাক্কী হোৎনজমন লেম্না মাঙদবা ওইসনু।

তাং ০৪-০৬-২০১০ইং

অরিবম কুমার শর্ম্মা
প্রসিডেন্ট
রাইটরস ফোরম, মনিপুর

(VII)

# ৱাহৈ খরদং

" অৱায়বা মৌ" হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসি ঐগী অহুমশুবা লাইরিক্নি। মনিপুরী সমাজগা মরী লৈনবা থৌদোকশিং অমদি ভারতকী পাক-চাউরবা সমাজগী মচেৎ খরদং মসিদা য়েক্লবা হোৎনজরি। ৱারীমচা হায়বা কালা অসিবু পামজরুবনা সমাজ অসিদা থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক কয়া তারু-উরুরগা থম্মোয়দা ফাওরকপা ঈহুল খরবু ইতিং তিংনা ফোঙদোকচবনি। অপাবশিংগী থম্মোয়দা ৱারীমচাশিং অসিগী মহাও অমা পীবা ঙম্লবদি লাইরিক অসি পুথোকপগী মহৈ য়াল্লে হায়না লৌজগনি।

লাইরিক অসিগী মরমদা নৈন-ৱারোল খরা পীবীয়ু হায়জরুবদা হরাও-হরাওনা য়াবীরকখিবা ঐবু তাকপি তম্বীরকখিবা ওজা ইবুংঙো, এ: কে: শর্ম্মগী মফমদা অমদি ককা ইবুংঙো, বি: কে: ৱাহেংবগী মফমদা লমন তোনশিনজরে।

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা য়াম্না চাওনা পুক্লিং থৌগৎপিরকখিবা ঐগী মরুপ এল: সি: সুরজিৎকুমার, প্রসিডেন্ট-টি: ৱাই: এস: কে: গী মফমদসু লমন তোনশিনজরে। লাইরিক অসি পুথোকপগী থৌদাং লৌবীরিবা ইনাও মিলনগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

অতেনবা মতমগী মনুংদা লাইরিক অসি পুথোকপগী থৌদাং লৌবীখিবা নেন্সি প্রিন্টর, ৱাঙ্খৈ অমসুং এ:টি: প্রিন্টর, ইম্ফালবুসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

হৌজিক "অৱায়বা মৌ" হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসি অদোমগী খুৎতা শিন্নজরি।

তাং ০৭-০৬-২০১০ ইং।

অইবা

ধনশ্যাম ৱাহেংবা

# য়াওফম তাকপা

| ব্বারীমচা | | লামায় |
|---|---|---|


| | | |
|---|---|---|
| ১। | লানজব্রবা থব্বায়শিং | ১ |
| ২। | থাদোরকপা | ৮ |
| ৩। | অমুক হল্লকপা | ১৪ |
| ৪। | হিংগৎলকপা | ১৯ |
| ৫। | নুংশা থিবা | ২৩ |
| ৬। | ঐদি ঙসি চৎলগে | ২৮ |
| ৭। | লাইবক্লা কদোমদা | ৩২ |
| ৮। | তোবর্বান অনীগী ঈচেল | ৩৭ |
| ৯। | মিকপ থোক্লকপদা | ৪১ |
| ১০। | নংবুদি ঐনা কাউবা ঙল্লোই | ৪৬ |
| ১১। | লুপা মঙা | ৫০ |
| ১২। | অব্বায়বা মৌ | ৫৩ |
| ১৩। | ইনে লৈহাউগী মরল | ৫৮ |
| ১৪। | খুৎশূমন | ৬৩ |
| ১৫। | লৈলা | ৬৭ |
| ১৬। | শঙখিবা মচু | ৭২ |
| ১৭। | লৌনম লাংদা | ৭৭ |
| ১৮। | খুদোলপোৎ | ৮৪ |
| ১৯। | অরানবা লম্বী | ৯০ |
| ২০। | ব্বারেপ | ৯৭ |
| ২১। | থৈদোকপা | ১০৪ |
| ২২। | আকর্ষন | ১০৯ |


..................

# লানজদ্রবা থৱায়শিং

ঙসি পেরাডাইজ হোসপিটাল লিংখৎখিবগী মঙাশুবা মপোক কুমওন নুমিৎনি । ঙসিদি লাইয়েংবা লাকপা অনাবশিংদগী অয়েংমন তংখাইদমক লৌই। মপোক কুমওন অসি য়াওরনবা হোসপিটাল অসিদগী কান্নবা ফংখ্রবা মীওই কয়া বার্তন ফংবা ফংদবা থিদনা ঙরং-ঙরং তিল্লম্বনি। হৌজিক্তি থৌরম লোইশিল্লকপদগী তিল্লম্বা মীয়ামশিং অদু হন্নখ্রে। হোসপিটালদা লৈতবা য়াদবদগী অনাবা ১৪/১৫ অমদি ষ্টাফ খরদা মঙাইরে।

ইম্ফাল সহরগী অৱাং থংবা চৈরাও চীং মথক্তা হোসপিটাল অসি ইংনা চিক্লা ঙাম্লোইরি। হোসপিটাল অসি নুপী অমদি অঙাংগী লাইয়েংগীদমক থোইদোক্লা মমিং চৎপদা নত্তনা লম কোয়বশিংগী পুক্লিং চিংশিন্নিংঙাইশু ওইরি। ফমুং য়াম্লে লৈবা হোসপিটাল অসিগী ইংনা চিক্লা উরিবা নিংথিরবা শক্তম অমদি অকোয়বদা শাৎলিবা মখল-মথেলগী মচু কয়াগী লৈরাংশিং অসি পুক্লিং হুনিংঙাই ওইরি।

হোসপিটাল অসিদা লাক্লিবা অনাবশিংগী লায়নাশিং মচা খাইনা উৎপা চহি মঙাগী রেকোর্ডশিং কম্পাউন্দবনা নিংথিনা শেমলম্মী। হোসপিটাল অসিগী মকোক ডা: থোইবী, গাইনি স্পেসিয়েলিষ্টনা রেকোর্ডশিং অদু কুপ্না য়েংলি। মীরোল্লবী নুপী ওইবীশিংগী, পিক্লিবা অঙাংশিংগী, নিয়ম কাইনা মীরোলবনচিংবা কয়া-কয়ানি। পূম্নমকশিং অসিগী মনুংদা নিয়ম কাইনা মীরোলবগী মশিংনা খ্বাইদগী মকোক্তা লৈরি। চহি খরা অসিদা মসি অসুম অসুম হেনগৎলক্লি।

অঙাং কয়া ডাক্তর অসিনা হৈ-শিংনা মাঙহন্দুনা নুপী ওইবী কয়াগী ইজ্জৎ কনবা ঙমখ্রে। মসিদা চেন্নরিবা নুপা কয়াগীসু মমাই ঙাকখ্রে। লৈকাই - খুন্দা, সমাজদা ফিরুক খুন্নগদবা, ৱাথোক ওইরগদবা থবক কয়া ডাক্তর অসিগী মপান্না ইরায় লায়না কুপশিন্দুনা থমখ্রে।

নুমিদাং চাক তোক্লবা ম্তুংদা ডা: থোইবী নুংতিগী মতৌগুম্না হোসপিটালগী গেটলোমদা ঙাহৌ-ঙাহৌ কোয়থোরকই। গেটতা চৌকিদার মনি থেংনদুনা ব্বারি শানা-শানা চৎলম্মী।

- তা, মনিগী অঙাং অতোনবদু কমদৌরি ?

- মেডাম, মবুকপু ওম্থোক্লা ফপ্রে। অমনা লৌরবসু-অমনা লৌরবসু য়াই। কয়া কপকন্দে। শান্নদুনতা লৈ।

- কনা অমত্তদদি খঙহনদবা নৎত্রা ?

- খঙহন্দ্রি মেডাম। খঙহল্লরোই হায়নসু লেপ্লে। ইচানুপীদুগা ওম্থোক্লা নুংশিননা লৈখ্রে।

- ঐদি অঙাংদুনা থা শুনা মীওই মীতৌ ফনা পোক্লপদুদা করম্না মাঙহনগদগে খল্লুরবনি। নঙনা অঙাং নুপা অমা পাম্মী হায়না শোনবদুদা পীরবনি।

- মদুগীদমক মেডামগী লমন মপোক অসিমগী তোনশিল্লবনি।

- করিগী লমননো ? ঐখোয় অমত্তা ওইনা ইমুং মনুংগুম্না লৈমিন্নরিবসিদি ?

কোয়না অসুম লাকপদগী হোসপিটালগী মনিং থংবা খরা কুৎথবা মপা য়ৌশিল্লকলম্মী। মদু উরগা মনিনা হায়রকই,

- মেডাম, শ্বাইদা কুইনা লৈগুমসি। করি করিগুম্বদা অঙাং কপ্পগী মখোল হেক হেক তাই।

- অশুক চাওখৎলবা মতমসিদবু নঙনা ওইদবদা থাজরিবদু করিগীনো ?

- মেডাম, ইপা-ইপুশিংনা হায়নবা অঙাং থা শুদনা পোক্লগা শিবগী ফুমফমদা অহিং অথেংবদা হেক-হেক কপই হায়নবদুনি। মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমদা অঙাংনা কন্না কন্না কপ্পগী মখোল তাই। শোরেল খোংবা হায়বদুনি।

- অশেংবরনে নঙনা হায়রিবদুবো ?

- অশেংবনি মেডাম, অঙাং কপ্পগী মখোল হেক-হেক তাই। ঐনা টোর্চ কাপ্তুনা চংশিন্দুনা য়েংলুবদদি করিমত্তা লৈরমদে। অঙাং কপ্পগী মখোল অদু লাপ্পা অমুক হেক্তা তারকই।

- নঙনা হায়রিসি ঐদি কিবু কিশিল্লক্লে। অস্বাইদনিনে নঙনা অঙাং ফুমলিবসি।

- মানি, মেডাম। অঙাং মশিং খঙদনা ফুমখ্রে। হিংনা কয়া শিনা কয়ানি।

থেঙজিল্লক্লে হায়দুনা ডাক্তর থোইবী মাগী তুমফম কাদা লাক্লে। মনিনা ঙাইহাক্কী মমাঙদা হায়খিবা ৱাফমশিং হৌজিকসু মহাক্কী মকোক্তা ঙংদুনা লৈরি। মশানদি য়াদনা নমজা-নমথেকপিবদগী অঙাং ওইরকখিবা কয়া, পূক্নিং লাকশিনবা ঙমদবদগী অঙাং ওইরকখিবা কয়ানি। মতম অসিগী চৎনবী ওইরক্লিবা খুরক হাঙদনা ফংলিবা অরোনবা কাগী রেষ্টোরেন্ট কয়ানা মতম শুদনা নৎত্রগা শুনা পোকপা অঙাং কয়া লম্বীগী চিদাইদা, ফত্ত-হৌদি হুন্দোকফম কয়াদা তাদুনা লৈরম্বগী অচৌবা মরম অমনি। নোংচুপলোমদা শিৎপা নুংশিৎ ভারতকী মফম কয়া ফাওদুনা লাক্লগা মফমসিদসু থুংলরে। নুপা চামদা মরিফুতরা মাপল্লোম য়ু থকপা লৈবাক অসিদা সরকারনা পার্মিট পীদুনা য়ু য়োলহল্লবদদি লৈবাক ইরাং হৌরকই। লমচৎ মাঙহল্লক্লিবা অসিদদি কনানসু পুক্নিং চংদ্রি। করিগুম্বা পেরাডাইজ হোসপিটালদা নিয়ম কাইনা মীরোল্লবীশিংবু চংহন্দ্রবসু অতোপ্পা মফম কয়াদা চৎখিগনি। মখোয়না য়াম্না লায়না ক্লিনিক কয়া ফংখিনি। হোসপিটাল অসিনা ৱাথোক ওইরগদবা মীওইশিং অদুগী অৱাবা কয়া মনা-মনিল নাইহন্দনা কোকহনবা ঙম্লি। অদুবু মরাল লৈজদ্রবা জীব কয়া অদু হাৎপগী পাপ অদুদি কনানা পুগনি ? অঙাংগী মমানা নৎত্রগা মপানা নৎত্রগা মখোয় অনীমক্না নৎত্রগা ডাক্তরনা পুগদ্রা ? হীরম অসোমদা অসুম খনজিল্লুরগা ডাক্তর থোইবী করি তৌসিগে হায়বা খনফম খঙলমদে। মহাক্কী ৱাখল অতিয়াদা মনিনা হায়খিবা ৱাফম অমা খোঙ্খাং ওইনা য়ৈরকখি, “ মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতমদা অঙাংনা কন্ন-কন্না কপ্পগী মখোল তাই।”

ফনা য়াম্না থেঙজিল্লক্লে। তূমথগে হায়না কন্না হোৎনৈ অদুবু তূমথবা য়ারমদে। মহাক্কী ব্রাখলদা মনিনা হায়খিবা ব্রফম অমসু নীনদুনা লৈরি, " অঙাং মশিং খঙদনা ফুমখ্রে। হিংনা কয়া শিনা কয়ানি।"

মহাক্কী মপুরোইবা, হোসপিটাল অসিদা থবক তৌমিন্নরিবা ডাক্তর মনোজ দিল্লীদা তঙাই ফদবা থবক অমগী চৎথোকখি। মচা অনী মপান্দা লাইরিক তম্বগী লৈখি। অচিকপা কা মনুংদা মথন্তা ওন-ওন্দুনা তুমথনবা হোৎনরি। লাপ্তক্লা নোং খোংবগী মখোল তারকই। থোঙনাউগী পর্দা হায়দোকপা মচিদগী উরি, মরক মরক্তা নোংথাং কুপ্পা। লিরি লিরি শিৎলম্বা নুংশিৎ কন্না শিৎপা হৌরকই। অতিয়া ঈপাকসু তপ্পা-তপ্পা মমশিনবা হৌরকই।

নোংয়াই মতুং, ইংথরকপা মতম অদুদা উইরোল-উইরোল তুথরকপদা ঙায়রি। তূ হ্লমদাইদা লোনশিল্লম্বা থোঙনাউশিং নুংশিৎকী শাহুমদা মথং মথং হাংদোরকখি। মহাকপু থোঙনাউ লোনশিল্লমদ্রবরা হায়না চিংনহল্লি। থোঙনাউ লোনশিনগে হায়না হৌগৎলকপা মতম অদুমক্তদা মপান্দগী নুপী অমনা কপ্প-কপ্পদুনা হায়রকই,

মেডাম, ঐ ইচা পাম্মী। ঐগী ইচা ইখুত্তা শিন্নবীয়ু।

নুপী অদু উবদা ডা: থোইবী তু চুংলম্মী। ইথা থাজদনা মহাক্লা ঙসিগী থেঙলবা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা নোংলৈ নুংশিৎ মরকসিদা করম্না লাক্তুনা মচা নিররিবনো ? থা মরিরোমগী মমাংগী ব্রানি। নোংমা লৈশাবী অমগা পাখঙ অমগা লাকখি। লৈশাবী অদুনা নুপা ময়ুমদা চৎপা পাল্লম্মী। নুপা অদুনদি ফিভম অদুদা ময়ুমদা পুশিনবা পাল্লমদে। মমৈথংদা অঙাং উনরবা মতুংদা হিদাক কাপশিন্দুনা হাৎলগা ফুমজিনখি। নুপী মশানদি কন্না য়াখিদে। পোক্লবা মতুংদা শিরে হায়না নমথাক তৌবিখি।

মমাংগী থৌদোক অদু নিংশিংলুরবা মতুংদা থোঙনাউ অদোমদা অমুক হন্না য়েংলুবদদি নুপী অদু লৈরমদ্রে। থোঙনাউ অদু লোনশিনগে তৌবমক্তদা লাপ্তক্লা অঙাং কপ্পগী মখোল তারকই। হোসপিটালগী ব্বার্ড মনুংদা কপ্পা অঙাংগী মখোল ওইরবোই খল্লুই। অঙাং কপ্পগী মখোল অদু অসুম অসুম

নকশিন্না তারকই। কনাগুম্বী চাজেনবী অমগী অঙাং মশা ঙমদবা য়াওবদগী লাক্লিবরা হায়না খল্লুই। লৈ মরুমদগী য়াম্না পিক্লিবা নুপামচা অমা থোরক্তুনা কপ্প-কপ্পদুনা হায়রকই,

অস্তি, ঐবু হাৎপীগনু। ঐগী থৱায়দদি কনবীয়ু।

অসি হায়দুনা থোঙনাউ অদুদা চোংখৎলকখি। মতৌ অদু উবদা ডা: থোইবী অকি-তুজুংবা ফাওরম্মী। হুমাংনা মশা অদু পুংলুপ লুপ্লম্মী। থোঙনাউশিং অদু লোনশিন্দুনা পর্ডা খনজিল্লম্মী। অদুবু অমা লোনশিনবগা অমা হেক্তা হাংদোরকখি। মমৈথংদা থোঙ অদু মথন্তা অকনবা শাহুম অমগা লোয়ননা হাংদোরকখি। অদুগা মপান্দগী অঙাং মরি-মঙা চংশিল্লকখি। মীওই শুদ্রিবা খরা, মীওই শুরবা খরনি। মহাক্কী মখুত্তা অঙাং মশীং থীঙমদনা শিখ্রে। মখোয়শিং অদুগী আত্মানা ভূৎকী শক্লোন লৌদুনা লাক্লিবরা হায়না খল্লম্মী। অঙাং কয়া অমসু অঙাং ফুমফম ওইরিবা নাকল অদোমদগী মরী-মরী লাকপা উরম্মী। মখোয় খরনা ডা: থোইবীগী মখোঙদা কোনশিল্লম্মী। খরনা মখুত্তা য়াল্লম্মী। খরনা মরেংবান্দা কাখৎলক্তুনা তোংলম্মী। অঙাং কয়া অমনা থোঙনাউদগী মূনা-মূনা য়েংলক্লম্মী। অঙাং খরনা কপ্পদুনা হায়রম্মী,

- অস্তি, ঐখোয়বু হাৎপীগনু। ঐখোয়বু হিংহনবীয়ু।

অঙাং ময়াম অদুনা য়োমশিন্দুনা হায়রক্লম্মী,

- ঐখোয়বু কনবীয়ু। ঐখোয়গী ইরাল করিনো ? ঐখোয়গী ইরাল করিনো ?

ডা: থোইবী পাখৎতুনা হৌনা লাউরকখি,

- কনা কনা লৈবগে ? ঐবু অমুক্তা কনবীয়ো।

মহাক্না লাউবদু তারগা অঙাংশিং অদু য়াক্না-য়াক্না কপ্পদুনা চেম্হোকখিরম্মী। ডা: থোইবী পাখৎপগা লোয়ননা লৈমায়দা হাইথখিরম্মী।

জ্ঞান তারকপদা মপান্দগী থোঙ "কোক-কোক" থিল্লকপা তারম্মী। অদুগা কৌরক্লম্মী,

- মেডাম ! মেডাম ! কৈদৌরবগে ? থোঙ হাংদোকও।

অহানবদা থোঙ থিল্লকপগী খোঞ্জেল তাবদা পাখৎলম্মী। কৌরকপগী খোঞ্জেল তাবদুদদি চৌকিদার মনি অমদি ষ্টাফ নর্সকীনি হায়বা খঙবদগী পাখৎপা ফরম্মী। অদুম ওইনমক চিংননা হংলম্মী,

- কনানো ? মনিরা?

- মানি, ঐখোয়নি। মেডাম, থোঙ হাংদোকপিয়ু।

মনি অমদি ষ্টাফ নর্সনা চপ মান্ননা খুমলকখি। মহাক্না থোঙ হাংদোক্লম্মী। মপান্দা মনি অমদি ষ্টাফ নর্স অনী লেপ্তুনা লৈরম্মী। অদুগা হংলকখি,

নর্স ১বা - মেডাম, করি তৌবা য়াওরবগে ? য়াম্না কন্না লাউবা তাখি।

- ঐনা লাউদুনা কৌবদু তাবরা ?

মনি - তায়, মেডাম। মেডামনা লাউবগী খোঞ্জেল অদু তাবদা ঐ হায়ফেৎ তুমথরুবদগী ফুক হৌগৎতুনা লাক্লিবনি। লম্বীদা ইচল নর্স অনীসিগা থেংনদুনা লাকমিন্নবনি।

- ঙসি অহিংদি ওম্থোকপা হায়বদুনি। তশেংনা ঐ মঙলা তাইবংলা হায়বা খঙদে। ঐগী খুত্তা শিথ্রবা অঙাং কয়া লাক্নুনা মখোয়গী মথৱাই কনবীনবা হায়জরম্মী।

নর্স ২শুবা - মেডাম, মদুদি মঙ হায়বদুনি। য়াম্না হেন্না খনজিনবীরুনু।

- মখোয় ময়াম্না য়োমশিল্লকপা অদুদনি ঐনা পাখৎপদ গী লাউখিবদু। অঙাং ময়াম হাৎখিবা অদুগী পাপ্পা তম্নদুনা ঐবু ওৎলরিবরা হায়না নীংলে।

মনি- মেডাম, মদুদা লুনা খনবীরুনু। মেডামগী অরানবা করিসু লৈতে। অঙাংশিং অদুগী মমা-মপাগী অরানবনি।

- মনি, নঙনা হায়খিবা অথেংবা অহিংদা অঙাং হেক-হেক কপ্পী হায়বদুবু তশেংনা তাবরা ?

- মেডাম , মদু অশেংবনি। মশক্তি উদে মখোলদি তাই।

- ঙসাই চাক চারবা মতুং নঙগা ঙাইহাক ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলুরবা মতুংদা থোকখিবা থৌদোক্নি। ঐ তূমখিবরা তূমখিদবরা তশেংনা হায়বা ঙমদে। ঙসিদি ঐগীসিদা পুন্না লৈমিন্নরসি। ঐ ইথন্তা লৈবদা অকিবা পোক্লে।

ডা: থোইবীনা হায়বদগী মাগী কাদা মখোয় পূন্না লৈমিন্নরে। অহিং মমৈ ওইরক্লে। ডা: থোইবীগী ৱাখল অতিয়াদা অঙাংশিং অদু মশেং -মরাং ওইনা পাইদুনা শান্নরি। অরাপ্পদা অঙাং অমা লাক্লা-লাক্লা কপ্পগী খোঞ্জেল তারকই। নর্স অনীনা খোঞ্জেল অদু ৱার্ডলোমদগী ওইনা তারম্মী। মনিনদি হোসপিটাল মনিংলোমদগী ওইনা তারম্মী। ডা: থোইবীনদি মহাক্কী থোঙনাউ মপাদা মপান্দগী কপ্লকপা ওইনা তারম্মী।

আগষ্ট ৬, ২০০৮।

# থাদোরকপা

মমাঙগী ছুটি থোরকপদা লৈহৌবা খুন অসিগী ফিভম ফনা য়াম্না হোংলম্লে। চহি অমদা অসুক য়াম্না হোংলমগনি হায়বা থাজদে। লম্বীগী চিদাইদা উ পরেং পরেং হৌরম্লে। খুনগী ময়াইদা চেল্লিবা ঈশিংখোং নুংনা মপাল চনশিল্লম্লে।

ইমান্নবা মনি থবক অমগী থোরকপদা মখোয়গী থোঙ্গালদা থেংনরে। তোইনা উনবা ফংদবা নুংশিরবা ইমান্নবনি। লাইরিক তম্মিন্নরকপদগী খঙনরকপদুনা কাউথোক্লবা লাপথোক্লবা ঙমদবা ইমান্নবা ওইরকখি। চাক চাখ্রসি হায়দুনা ঐবু খাম্মী। মনিহোইগী ইমা উনগে হায়দুনা চাকশঙলোমদা পরপ পরপ চংশিল্লুই। নহালমখৈ উদবা চহি তরানীথোইরোমগী ওইগদবী নুপীমচা অমা ইমাগী মনাক্তা লৈরম্মী। মাবু করিগুম্বা মফম অমদা থেংনখ্রে হায়না খল্লি। নুপীমচা অদুনা ঐবু মিৎ কুপ্তবখৈ য়েংলকই। ইমাগা কৌনদুনা অৱা-নুংঙাই হংনরবা মতুংদা ঐনা হংলুই,

- ইমা, নুপীমচা অসিদি কনানো ? নহাল মখৈদি উদে।
- ঐগী ইপামলোমগী ইখুন মচানি। মরাইবক থিবদগী মপা লৈখিদ্রে। মখোয় মচিল-মনাও অহুম্নি, নুপী অনীগা নুপা অমগনি। মহাক্না অনীশুবীনি। মপা লৈখিদ্রবা মতুংদগী শেম্লোক লৈতবনা অৱাবা কয়া মায়োক্লবা হৌরকখি। লাইরিক-লাইশু তমহনবা ঙম্বদি লায়রদনা চরা অনী শুনা পীজবা ফাওবা ৱানা থোক্লম্মী। মখোয়গী অৱাবদু উবদগী ইমুংদসু মতেং ওইনবা য়োকচরগে হায়না পুরকপনি।

ইমানা নুপীমচা অদুগী মরমদা ৱারী তৌরকপা মতমদু ফাউবা নুপীমচা অদু ঐঙোন্দা মূনা-মূনা য়েংলকই। ঐনা মঙোন্দা হংলুই,

- ইবেম্মা, নঙগী মিংদি করি কৌই ?
- মেম্মী।

"মেন্মী" হায়বা মিং অসি তাবমক্তদা ঐঙোন্দা খঙনিংবা অমদি চিংনবা হেনগৎলকখি। মাঙলুরবা লংলা অমগী লংজিল উরকপগুম তৌরকখি। মখা তানা ঐনা হংলুই,

- ইমাগী মিংদি করি কৌই ?
- শখিতোম্বী।
- ববাগী মিংদি - ?

মিকুপ খরা তুমিন্না লৈরুরগা ব্রাহংগা লোয়নরবা পাউখুম অদু ইশানা ফোঙদোকলুই, "সনাজাওবা"! ঐনা চিংননা ফোঙদোকখিবা মিং অসিমক মহাক্লসু চপ মাননা মতম অমত্তদা হায়রকখি। ইমাদি ঐগী ইতৌ অদুদা অঙকপা পোক্লম্মী। হৌজিক্তি তশেংনমক খঙলে, চহি অনীগী মমাংদা রিমস হোসপিটালদা থেংনখিবদুনি হায়বা। অদুম ওইনমক খঙনিংনা হংলুই,

- রিমস হোসপিটালদা ঐখোয় থেংনখ্রে। নখোয় পাবা মেলেরিয়ানা নাবগী লাকপদা ঐখোয় ফমুং থংননা লৈমিন্নখিবদো ?
- মানি, কাকা।
- অদুগা নঙ দি কৌরক্তবা ?
- ঐসু হোসপিটালদা থেংনখিবা কাকাদুরা হায়না খল্লিবনিনে।
- কাকা হায়না হেক উবগা কৌরকঅদি খঙদৌবা। ঐনসু ইচা মেন্মীরা নত্তবরা হায়না খল্লুরে। ববা লৈখিদবদি কয়াম কুইরে ?
- চহি অমা হেল্লক্লে।
- ববাদি কৈদৌবদগী লৈখিদবনো ?
- চীংদা উ লৌবা চৎপদা গাড়ী ওম্ববদা লৈখিদবনি।

মহাক্কী তরাউ-তরাউবী মিৎ অনীদা পীগী ঈরা চেল্লকখি। মহাক্কী চিনবাল অদু ফৈনা-ফৈনা চিংদুনা পেবা হৌরকখি। মতৌ অদুনা ঐবুসু পিগী ঈরা চেলহনখি। অদুবু লোৎশিন্দুনা মহাকপু থেমজিল্লম্মী,

- ককা লৈরিসিদি। নঙগী করি ব্রাৎপগে ? ঐনা ছুটি থোরকপা খুদিংগী নঙগী ননাক্তা লাক্কনি। হন্দক থোরকপসিদা নঙগী করি লৈবীরম্মুগে ?

- কৈসু লৈবীনুদা। ঐগীদি ঐখোয় ককাগা ইবোক্কনা লৈবী।

মনি উনবা লাকপদা মরাইবক থিরবী অমগী শক্তমদা ইচানুপী মেম্মীসু উনবা ফংলে।

ইতৈমা শখিতোম্বীবু করম্না কাউবা ঙমগনি ? চহি অনীগী মমাংদা ঐ মেলেরিয়ানা নাবদগী রিমস হোসপিটালদা লাইকন্নখি। ঐ হোষ্টেলদা লৈদুনা ডি: এম: কোলেজদা তমখি। নোংমা লাইহৌ হৌদুনা নারম্মী। মেলেরিয়ানি হায়বা খঙলকপগা হোসপিটালদা নুমিদাংব্রাইরম এডমিসন তৌখি। হোষ্টেল কা থংনবদা লৈবা মরূপ মনিনা হিদাক-লাংথক লৈদুনা য়ুমদা পাউ পীদুনা তেংবাংখি। মহাক্না চৎথোক্তবা য়াদদুনা চৎথোকখিবা তানজাসু য়াওরম্মী। মতম অদুদা ঐ লাইহৌ কন্না হৌবদগী ইশাসি হুমাংনা পুংচোৎ চোৎখি। হুমাং শৌই হায়না ফি হায়দোক্লবসু ইংবনা থক-থক নীকখি। ঐনা ইমা পাবুং ঙাইদুনা খাঙখিবদু অব্রাবগী মশক্নি। মতম অদুদা ফমুং থংনবদা মেলেরিয়ানা নাদুনা হিপ্লিবা তামো সনাজাওবগী সেবা তৌবা লাকখিবী ইতৈমা শখিতোম্বীনা ঐগী হুমাং তৈথোকপিখি। নাবনা খাঙবা ব্রারবা ঐগী হকচাং ইতৈমনা নোইবীখি। ইতৈমনা ঐগীদমক্তা য়াম্না ব্রাবীখি। মতমদুদা ঐনা খনখি, ইমানা ইনাক্তা ফমদুনা হুমাংনা লুপ্লবা হকচাংদগী হুমাং তৈথোকপিরি। ঐগী খোং-খুৎ পুম্বা ইমানা নুংশিনা নানবীদুনা অনাবগী মৈচাক কোকহন্নবা হোৎনবিরি।

নাবা ফদুনা হোসপিটালদগী তামো অমদি ইতৈমা হনখ্রে। হোসপিটালদা লৈবা মতমদুদা মেম্মীসু মমাগী মতুং ইন্নদুনা লাকখি। ইতৈমনা হিদাক লৈবা, চাক থোংবা চৎখিঙৈদা মেম্মীনা মপাবু য়েংশিন্দুনা সেবা তৌখি। মরক-মরক্তা ঐগী ইনাক্তা চংলক্নুনা হুমাং তৈথোকপিরে। নাবা ফদুনা হোসপিটালদগী হল্লবা মতুংদা নোংমা ইতৈমহোইদা চৎলুগে খনখি। খন্ন-খন্না নোংমতা চৎলুদে। দিল্লীগী এইমসতা এম:বি:বি: এস: তম্বা চৎখি। হৌজিক্তি ইচানুপী মেম্মীসু থেংনরে। হন্দক্তি শোয়দনা চৎলুরগে।

মরূপ-মপাং খরা উনবগা য়ুমগী থবক-ইনখাং খরা হোৎনবগা মতমদি

নোংমা নোংমা হৌজিনখি। পাওথোক্কে খনবা থবক কয়া পাওথোকপা ঙমদনা হৌখিবসু কয়ানি। ইতৈমানা ইতেং পাংবিরম্বা মতমদুদদি নোংমতা ওইরবসু ময়ুমদা চৎতুনা অব্বা-নুংঙাই হংলুগে হায়না খনখি। ইতৈমনা চৎখ্রবা মতুংদদি নোংমা চৎকে নোংমা চৎকে খন্দুনা অসুম লৈখি। চৎপদি নোংমতসু চৎলুদে।

নোংমা নুংথিল অমা ফুক হৌগৎতুনা ইমাদা হায়রল্লগা ইতৈমগীদা চৎলুদোইনি হায়দুনা থোরকই। ইমানা ঙাইহাক উনরগা তন্না হল্লকউ হায়রকই।

মী অনী অহুমদা হং-হংদুনা লাকপদগী মমৈদা ইতৈমগী য়ুমদা থুংলে। মপান্দা থোঙ অমত্তমক পানবা তোঙানবা ব্রাইটিং রুম অমদা ফম্মী। কুইনা উনরুদ্রবা মতুংদা থাজদনা উনরবা অদুদা ইতৈমা য়াম্না হরাওখি। ইতৈমগী অব্বা-নুংঙাইগী মরমদা ঙাইহাক ব্বারী শান্নে। পুন্সিগী খোংচৎতা কনানা ব্বারী মপুং ফারমদনা পুম্নমক থাদোক্লল্লগা চৎখি। কনা অমনা সমাজগী মীনোক-মৈশাগী তিংখং-তুম্বৌ মরক্তা পুন্সি পম্বুং য়ৌনবা হোৎনরি। তামো লৈখিদ্রবা মতুংদগী তাম্মোহোয়গী ইমুংনা ইতৈমবু মপামদা চৎহনখিবা পাল্লম্মী। পীক্লবা য়ুমফম অমগীদমক তত্তনা নিংঙাই শংদানবা থোকপগী ব্রাফম ইতৈমদগী তারম্মী। কুইরবগী তুংদা উনবদুদা হাউবা হাউতবা শৌগ্রীদা ওইরবসু থোংদুনা চাক চামিন্ননবা অয়ুক্তা লাকউ য়াদ্রা হায়না ইতৈমনা নুংঙাইতবা ফোঙদোরকখি। ঙাইহাক ব্বারী শান্নরবা মতুংদা থিন্দোকপিরগে হায়দুনা হৌগৎলকই। ঐনা মাং থাদুনা থোঙজিল কাম্বোক্কে তৌবা মতমদুদা কনাগুম্বা অমনা থোঙ খংথিন থিংজিন্দুনা মপান্দগী থোঙ লোনশিল্লম্মী। অদুগা মপান্দগী লৈকাই, লৈকাই হুরানবা চংলে, হুরানবা চংলে হায়না কন্না-কন্না লাউবা নুপী অনীখক্কী খোঞ্জেল তারক্লম্মী। নুপী অনী অদু ইতৈমগী মনেমগা মচলনুপীগনি হায়বা ইতৈমনা হায়বদগী খঙলে। ইতৈমগা ঐগনা থোঙ হাংদোক্লবা ফনা কন্না হায়জরম্মী। অদুবু কনা অমত্তনসু তাবিরমদে।

ঙাইহাক্কী মতুংদা মী অতোপ্পা কয়াগী মখোলসু তারক্লম্মী। ইতৈমগী খোঙথাং খুদিং মিংচৎ থিহন্নবা হোৎনরিবা মনেম অমদি মচলনুপীগী লাংদা ঙসিদি থুবা তারবরা ? লৈকাইনা করি বিচার তৌগদৌরিবা ? ওইরক্লিবা ফিভম অদুদা ঐ হুমাংনা পুংচোৎ চোৎলম্মী। ইতৈমদি শাওবনা মৈ হৌরম্মী।

মতম খরগী মতুংদা থোঙ হাংদোরক্লম্মী। মপান্দা লৈকাইগী ইমা-ইবেননা মশীং য়াম্না মীওই কয়ামরুম তিন্দুনা লৈরম্মী। নুপী মগা-তরুক চংলক্কুনা ইতৈমা অমদি ঐবু মরাল লৈরবা নাম্থোক্কুনা চেনখ্রগদবা মীগুম খুৎ পাইদুনা ফারম্মী। অদুগা নুপী অমনা হায়রকই,

- লমচৎ নাইদবা, নাইদবী অনী অসি কৈন্যা কৎথোকপীরসি।

ঐনা ময়ামদা হায়জরম্মী,

- ইমা ইবেন পুম্নমক, ঐদি ইচম চম্না ইতৈমা উনবা লাকচবনি। তামো লৈরিঙৈদা হোসপিটালদা অব্বা-অনা তেংবাংনদুনা খঙনখিবী ইতৈমনি। ঐগীদি ইমা শকপী ইতৈমনি। ময়াম্না লান্না লৌবীগনু।

ইতৈমনসু মখা তারক্লম্মী,

- ইমা, ইন্দোল, ইচিল-ইনাও পুম্নমক ঐখোয়বু লান্না লৌবীগনু। মখোয় তামো লৈখিদ্রে তাবদা চুম্না হংবা লাকচবনি।

অমনা হায়বা অমনা তাদ্রবা মীয়াম অদুদা ইতৈমা অমদি ঐগী মরক্তা লৈনরিবা শেংলবা মরীবু কনানা খঙবীগনি ? ইতৈমগী মনেম অমদি মচলনুপীনা কন্না য়েৎতুনা ঐখোয় অনীবু অরানবা তাহল্লম্মী। ইতৈমগী মনেমনা হায়রম্মী,

- হৌজিক মৈরা পাইবী ময়াম্না মখোয় অনীবু কৈন্যা কৎথোক্লবা ব্রারেপ লৌবীয়ু। অদুগা ঙসি ফাওবগী মনুংদা য়ুম অসি থাদোক্লগা চৎহনখিগদবনি।

কুম্মে য়েংবগী হৈনবীনা লাইচুরবা কনানা কনাবু চুম্না নত্রগা লাননা ব্রায়েন্দুনা চৈরাক পীরিবরা হায়বা মুন্না খন্থদ্রবা মীয়াম্নি। মখোয়গী মফমদা ঐগী চন্নবা ব্রাহ্মেগী অর্থ য়াওদে। ইতৈমগী মিৎকী পিরাং অরেম্বনি। মনেম অমদি মচলনুপীনা লৌতুনদুনা ইতৈমগা ঐখোয় অনীবু কৈন্যা কৎলম্মী। ইরাল লৈতে হায়না শেংদোক্লবা ব্রাহ্মে অমত্তং ফোঙদোক্লুবদা করেম-কথাইনবা, তাবা ঙমদ্রবা ব্রাহ্মেগী নোং হৈথরকপা নত্তনা থম্মোয়বু ঈংহনবা অশেংবা অচুম্বা ব্রাহ্মেগী নোংলিক অমত্তা য়াওরমদে।

নুমিদাং ওইশিল্লকপদগী তিল্লম্বা মীয়ামশিং অদু মথং মথং হন্নখিরম্মী।

ঐ হায়ফম তৌফম খঙলমদে। ফুম্বংনবা ব্রাখলনা অশাবা মূর্তিগুম ইমুংদা চপ লেপ্তুনা লৈরম্মী। ইতৈমনা ইনাক্তা চংশিল্লক্তুনা হায়রক্লম্মী,

- ইতৈমগী ইবুংঙো, মপুরোইবা লৈত্রবী তোল্লবী নতৈমগা থেংনরুবদগী নহাকসু মিংচৎ থিরেদো। নংদি অঙাংনি, নংদি ঐগী ইচানি। নং পংথগনু, ব্রাখল ফুম্বংনগনু। নংদি তুংগী আশা য়াম্না লৈরি। মমিৎ তাংলবা সমাজ অসিবু নহাক্না উহন্নবা হোৎনরকউ। নহাকপু ঐনা মমা অমা ওইনা মোৎলবা সমাজ অসিগী লাংদগী থাদোক্লবনি। হৌজিকমক নহাক চৎখ্রো। ঐ লম্বী তাকপিগে।

অসি হায়দুনা খ্বাংচেৎ চেৎনা শেৎচিন্দুনা ফৈরা মথক্তা লৈরম্বা থাঙ্গোল অমা চেৎনা পাইশিল্লম্মী। অদুগা মনিং থোঙলোমদা চৎপা হৌরম্মী। ঐনা ইতৈমগী মখোঙ শোক্লা খুরুমদুনা হায়রম্মী,

- ইমা, ঐ চৎলগে। নহাক নচাশিংগীদমক হিংখো। লান্না লমজিংবীরবা সমাজ অসিবু চুমথোক্লবা হোৎনরকখো।

ওক্তোবর ১২, ২০০৮।

# অমুক হল্লকপা

নজমা মপুরোইবা মুজিবুরগা লোয়ননা লৌবুক্তা থবক শুরি। মখোয়গী চাউরবা চুগী লৌবুক্তনি। মতম চানা ঈশিং চলহৌদ্রবদি চুগী পোখোক ফবা ৱাৎকদৌরিবনি। চুনা মপুং ফাদুনা য়ান্দ্রিঙৈদা য়ামদ্রবদা মরি-মঙারক ঈশিং চলহৌনবা হোৎনবা হায়বসি চু থারিবা লৌমীশিংগী তৌদ্রবা য়াদ্রবা অমনি। মৈ লাক্লিঙৈদা লৈনুংদগী ঈশিং চিংখৎতুনা ঈশিং মতম চানা থাজিন্নবা মখোয় অনীনা কন্না হোৎনরি। ঈশিং মফম খুদিংদা য়ৌহন্নবা খোংলম হন্দুনা ৱানা হোৎনরি। লৌমী অমা ওইরবদি ঈশিংগীদমক গুহা অমা তৌবা হায়বসি তঙাই ফদ্রবনি।

লৌবুক অসিগী শরুক খরনা গেহু থারি। খরনা হঙ্গাম হুল্লি। লৌবুক অসিগী মপান্না মখোয়গী ইমুং-মনুং নুংঙাইনা হিংলি। নজমা মচা অহুমগা মকুবোক অমদি মপুরোইবগা লোয়ননা নুংঙাইনা ইংনা -চিক্লা পাল্লি।

নজমা মুজিবুরগী অনিশুবী নুপীনি। মুজিবুরগী অহানবা নুপী অদু নাদুনা লৈখিদ্রে। নুপী অদু লৈখিদ্রবা মতুংদা নজমাবু নিকাহ্ শোন্দুনা লৌবনি। নজমা লৈশাবী ওইনা মুজিবুরদা নিকাহ্ শোল্লকপা নত্তে। মহাক ফরুক কৌবা নুপা অমদা ময়ুম পাল্লুরে। ফরুক্কা মহাক্কা মত তিন্নরমদে। অদুনা নুমিৎ খুদিংগী নিংঙাই-শংদানবা থোক্লম্মী। করি করিগুম্বা মতমদা ফরুক য়ু থকচিল্লগা য়ুমদা হনজিল্লম্মী। অদুগা নজমাদা খৎনবা হৌরম্মী। করিগুম্বদা নজমাবু য়াম্না থিনা ফুরম্মী। ফরুক্কী কা হেনবা মতৌ অদুদা ফরুক্কী মমা-মপানা মতম অয়াম্বদা ঙাঙদুনা লৈরম্মী। ফরুক্কা তৌবা থবক অমত্তা শিংথানরমদে। তশেংনমকসু ফরুক শুনিংদবা মতম অয়াম্বদা স্বার শান্নদুনা, ৱারেম শুদুনা লৈগনবা মীনি।

নিকাহ্ শোল্লবা মতুংদা মমা-মপানা মহাকপু তোঙান পীজরবনি। অদুবু শুনিং-নোম্নিংদবনা চানবা ফাওবা লৈতদুনা চরা হেনবা তারম্মী। মখোয়গী মতৌদু উরগা মমা-মপানা মতেং তৌবীরম্মী। করিগুম্বা নুমিৎ খরনি থবক শুদুনা পৈশা ফংলবসু অহাওবা চাথোক্তুনা নুমিৎ খরনিদা হেক্তা লোইথোক্লম্মী। নোংমদি ফরুক য়ু য়াম্না থকচিল্লগা লম্বী থুংনা হাই-হাইদুনা

লাক্লম্মী। নজমানা মহাকপু ইমুংদা পুশিন্দুনা চাক পিজরম্মী। ইনছাং হাউতে হায়দুনা খরা চাবা হৌরগা লাক্কুনা লংথোক্লম্মী। মতৌদুদা শাওদুনা নজমানসু মচিল থিদুনা ঙাংলম্মী। নজমাবু মচিল থি হায়দুনা খোঙনা কাও-কাওদুনা ফুরম্মী। কপ্প-লাউনবা তাবদগী ফরুক্কী মমা-মপাসু চংলক্লম্মী। ফরুক্না নজমাবু থিনা ফুবদু উবদা মপানা মহাকপু ফুরম্মী। মী খ্বাইদৌনা শু-নোমদুনা শেল তান্নবা হোৎনদে, ইমুংদা লাক্লগা খৎনবা হৌদুনতা লৈ হায়না থিনা ঙাঙলম্মী। নহালমখৈদি মমা-মপানা ঙাংবদা কয়া খুন্নমদবনি ঙসিদি করি খল্লুরবনো খঙদে, খুন্নকই,

- ইশাগী নুপী ব্বারকচবদা নখোয়গী নথৌ করি লৈবগে ? ফুগে পেন্না ফুগে। নঙদা য়ুমসিদা লৈবীরনু।

অসি হায়না হায়না নজমাবু কাওবা অমুক হৌরক্লম্মী। ফরুক্কী মপা অদু মৈ হৌনা শাউদুনা হায়রকখি,

- নঙ ঐগী ইচা নত্তে। ইমুং অসিগা করিসু থোক্নদ্রবনি। ঙসিদগী ইমুং অসিদা অমুক হন্না চংলক্কনু। চৎখ্রো চৎলু।

অসি হায়দুনা ফরুকপু তাম্থোরক্লম্মী। অহিং থেংলক্লবদা ফরুক্কী মমানা ফুরুকপু থোঙ্গালদগা লৈরিদরা হায়দুনা য়েংবা থোরক্লম্মী। অদুবু লৈরমদে। য়ুম্লোন-কৈরোন্নবগীদা, নক্লবা মমান্নবগীদা হংলুবসু লাক্কে হায়রকখি। নোং ঙাল্লগা হল্লক্কনি খনদুনা মমাদু য়ুমদা হনজিল্লকখি। অদুবু নুমিৎ অদুদগী ফরুক য়ুমদা অমুক হনজিল্লকখিদ্রে।

নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা হল্লক্কনি খন্দুনা নজমানা মপুরোইববু ঙাইরম্মী। অদুম ওইনমক ফরুক লাকপা কৌবা লৈরমদে। ফরুক্না য়ুম থাদোক্লগা চৎখিবা মতুং চহি অমা ফাওবা ফরুক্কী য়ুমদা লৈরন্নবা মতুংদা নজমাবু মমানা মপামদা পুখিরম্মী। ওল্লকপা চহিদা নজমাবু মমা-মপানা শীন্দুনা মুজিবুরদা নিকাহ শোন্দুনা থাজরকখি।

ফরুক শিরন্নগনি হায়না মীয়াম্মা লৌনবা হৌরকখি। মতমনা অসুম হৌখিদুনা মীয়াম্মা মহাকপু নীংশিংলুদ্রে। মহাক্কী মশক উখিদবা চহি তরা শুরক্লে।

হৌজিক্তি নজমা খৎন-চৈনবা য়াওদনা নুংঙাইনা হিংলি। মহাক্কী অৱাৎপা অমত্তা লৈত্রে হায়না খনজবা ওল্লম্মী। চাউরবা চুগী লৌবুক অদু ঈশিং চনশিনবা লোইরগা মপুরোইবগা য়ুমদা হল্লকখি।

নোংমা নুংথিল অমা নজমা উইরোল উইরোল তুমথবা হৌরকপদা মপান্দা মশক খঙদবা মীওই অনী লাকই হায়না মচানুপা অহল শাহিলনা তল্লম্মী। কনানো হায়দুনা মপান্দা থোরক্লম্মী। মপান্দা ৱাং চাউরবা নুপা অনী লেপ্তুনা লৈরম্মী। নুপা অনীদু নজমাগী শুমাং মতোন্দা শান্নরিবা মচাশিংগী কুম্মৈ য়েংদুনা লৈরম্মী। নজমানা হংলমই,

- কনা উনবীগদবা ?

নুপা অনীদু মমায় লৈশিল্লকপদা নজমা ঙকপনা থল্লম্মী। শিগ্রে হায়না খল্লুবা ফরুক ওইরম্মী। মহাক্কী শক্তম অদু হান্নদগী ইহোং হোংলমদে। খেন্নবা হায়ববু হান্নদগী মশা খরা থাগৎলল্লে। মহাক্না খুল্লকই,

- ঐনি, ফরুক্নি। নহাকপু লৌবা লাকপনি।

ফরুক্কী ৱাফমদু তাবদা নজমা মীপাইবা পোক্লম্মী। অদুগা য়ানিংদবা উৎতুনা খুল্লকই,

- ঐদি নঙগা খাইনবা কুইরে। মুজিবুর রহমন্দা নিকাহ শোন্দুনা ইচা অহুম পোক্তুনা ঐ হৌজিক লৈরিবনি।

- ঐদি নঙগা খাইনখিবা লৈতে। নঙ ঐঙোন্দা অমুক হল্লক্কদবনি।

- মদু ওইথোক্তবনি। ঐদি ইপুরোইবা অমদি ইচা লৈরবীনি। নঙগুম্বা মথোং হুক্তবা অমদা অমুক হল্লকপা ওইথোক্তবনি।

- ঐ লংফৈদা পৈশা তানবা চৎলুবনি। হৌজিক্তি ঐ হল্লক্লবনি। ঐ কনাগুম্বী অতোপ্পা নুপী অমগা অমুক নিকাহ শোনখিবা লৈতে। নঙগীদমক নিকাহ শোন্দনা লাখিবনি। নঙ অমুক হল্লক্কদবনি।

- নহাক মফমসি থাদোক্তুনা চৎখিবনা অফবা ওইগনি। ঐ নহাকপু নশক খঙদে। ইপুরোইবা য়ুমদা লৈরম্লবদি নঙক পাইদুনা ইল্লগা তাম্থোকহল্লমগদবনি।

- নহাক ঐঙোন্দা শোয়দনা হল্লক্কদবনি। ঐ ইমামদা ব্রাকৎকনি। নহাক্কা খাইনখিবগী অইবা চে অমত্তা লৈতে। ঙসিগীদি ঐ চৎলগে।

নজমা মঙগুম্না থোক্লম্মী। মহাক মজিবুরবু থাদোক্লুনা চৎলগদ্রা খনবদা লৈতাফম খঙলমদে। মহাক ফরুক্কা অমুক হন্না লৈমিন্নবদি লায়রদনা খনবা ফাওবা ঙমলমদে। ফরুক্কা ইমামদা ব্রাকৎলবসু মহাক্কা য়েৎকনি হায়না শেম শারম্মী। ফরুক্কা য়ুম থাদোক্লুনা চৎখিবা নুমিৎতা মপামদা চৎনবা হায়খিবা অমদি লৈমিন্নরিঙৈদা য়াম্না ওৎ-নৈখিবা কয়া ঙসিদা থোকপগুম মমিৎতা শং-শং উরম্মী। শাংলবা চহি কয়া অসিদা মহাক্কা কদাইদা করম্না লৈরকপা কনানা খঙবা ঙমগনি ? মহাক কনাগুম্বী নুপী অমগা য়ুম পানমীন্নরম্বসু য়াই। মচা ফাওবা লৈরম্বা য়াই। মহাক্কা তশেংনা খৎন-চৈনদনা শেন তানবা চৎখিবা অমদি ঈ-পাও ফাওনদুনা লৈরকপা ওইরম্লবদি নজমা য়ুম অমুক পাল্লমলোই। মুজিবুরদা লৈদুনা মচা অহুম লৈরবা, ফরুক্তা লৈরম্বা মরী পুম্নমক খুমজিনখ্রবা ইতিহাসকী চেনা ওইরক্লবা মতম অসিদা ইথা থাজদনা মোংলরবা অসিদা নজমা অঙকপা অমদি পাখৎপা পোক্লম্মী। হৌজিক্তি মহাক ফরুকপু নীংশিংবা ফাওবা পামদ্রে।

নোংমা ইথা থাজদনা ফরুক্কা ব্রাকৎপগী মতুংইন্না সহরগী ইমামনা নজমাবু কৌরক্লম্মী। মীয়াম্না ইমামগী ব্রা খুদিংমক লৌরম্মী। নজমাগী মতাংদা করি বিচার তৌগদবা হায়বা তাননবা মীওই কয়া তিল্লখি। মতম অমদা ভারত্তকী পাকিষ্টান তোখায় তাখিবা মতমদা হিন্দু নুপী কয়া ভারতলোমদা চেল্লকপদা মুসমালশিংনা ফারম্মী। মুসমাল নুপী কয়াসু হিন্দুশিংনা ফারম্মী। ইমুং মনুংগী থবক্তা শিজিন্নবা কয়া, নুপী ওইনা লৌদুনা ময়ুম পানমিন্নবা কয়ানি। মচা য়াওদুনা ইংনা চিক্লা পানবা হৌরকপা মতমদা লৈবাক অনীগী সরকারনা নুপীশিং অসি মাগী মাগী মরমদমদা থিন্দোক্লবগী থৌরাং অমা পায়খৎলকখি। মতম অদুদা মশানা য়ানিংনা কয়া য়ানিংদনা কয়া মাগী মাগী মরী-মতা য়েংনদুনা হন্নখিরম্মী। থৌদোক অদু নীংশিংদুনা মীওই কয়ানা ব্রারী শান্নরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা ইমাম থোরক্লম্মী। ময়াম্না ইকাই খুম্নবা উৎতুনা সলাম তৌরম্মী। ইমামনা হায়রকই,

- নজমা ফরুক্তা অমুক হল্লক্তুনা লৈমিন্নগদবনি। মহাক ফরুক্কা খায়নখিবা লৈতে। ফরুক্লা মহাকপু হল্লকপা পাম্বা মতুংইন্না মহাক শোয়দনা হল্লক্কদবনি।

ইমামগী ব্রাফমদু তাবদা নজমা করিগুম্বা অমা হায়নবা ফুক হৌগৎলকই। মতমদুদা ইমামনা অশাউবা মিৎয়েংনা খানা য়েংলকখি। নজমানা হায়রকই,

- ঐদি মুজিবুর রহমানদা নিকাহ শোন্দুনা ইচা অহুম লৈরবীনি। ঐদি - ।

নজমা মখা তারকপা ওমদনা ইমামগী অশাউবা মিৎয়েংদা ব্রাম্বদুনা লৈমায়দা তুখিরম্মী।

ওক্তোবর ১০, ২০০৮।

# হিংগৎলকপা

নোং ঙাল্লক্লে। ইম্ফাল সহর ওইদুনসু মহাবলি উমং ময়া ওইবনা পোম্বী-চেক্লা কয়াগী খোঞ্জেল তাবা ফংই। খরা লাপথোক্লবদি তাবা ফংদে। নুংতিগী মতৌগুম মীওই কয়া ইম্ফাল তুরেল তোবর্বান্দা চাং নাইনা হকচাং শাজেল ওইনা চৎলি। নুপীমচা নুপামচা খরসু ত্যসন চৎনবা উই।

তোবর্বান মখা ঈশিংলোমদা ওন্থদুনা হূই অমা য়াম্না হৌনা হৌনা খোংলি। অচৎ-অওক পুম্নমক মখাদা করিগুম্বা অমা লৈরমাল্লে খন্না খন্না মাগী মাগী চৎকদবদা পূক্লিং লুপ্নরি। অনকপদগী হূই অমা অনীসু থোরক্কুনা হান্নগী হূই অদুগী মনাক্তা লাক্কুনা খোংলরি। মতৌ অদু উবদা ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলম্বা অহল খরা মখাদা কুমথরকই। তোবর্বান মখাদা মী অশিবা অমা তাদুনা লৈবা থেংনরে। মনাক নকপদা লৈবা মীওই কয়াসু থোরক্কুনা য়েংলরি। ঙাইহাক্কী মনুংদা তোবর্বান অদু মীনা পুমথল থনখ্রে। মীওই মরি-মঙা কুমথখিদুনা অশিবা অদু তোবর্বান মথক্তা পুখৎলক্লে। অশিবা অদু মশক খঙননবা মীয়াম অদু হোৎচিন্নরকই। অশিবা অদুগী মমায় অদু মশক খঙবা ঙমদনবা মীহাৎপশিংনা মৈ থাদোক্লম্লে। অশিবা অদু নুপানি। চহি কুন্থুমঙারোমগী লেংগা ওইগনি। কুলৈ কুচুনি। অমুবা মচুগী খোংগ্রাউ অমা শেৎলি। ক্রিম মচুগী টি-সার্ট অমা লিৎলি। মখোঙদু করিমত্তা তোংদে। লুখমদা ঈ থোকপগী মফম অমা লৈরম্মী। নোংমৈনা পানবা মানবা দাকফমনি।

কনাগুম্বা খরনা পাউ পীবদগী ইম্ফাল ৱেষ্টকী পুলিস লাক্লে। পুলিসনা অশিবা অদু মশক খঙদোক্লবা অমদি মীহাৎ অদুগী মতাংদা হেন্না খঙননবা পোষ্ট মোর্টেমগীদমক পুদুনা চৎখ্রে। অশিবা অসিগী পাউ মথং-মথং শন্দোকখিদুনা ইম্ফাল সহরগী মফম অয়াম্বা য়ৌখ্রে।

চিংনবা ইমুং-মনুংগী মীওইশিংনা হোসপিটালগী মোর্গতা লাক্কুনা য়েংনরি। অশিবা নুপা অদুগী ৱাং-চাউবা, কুলৈ কুচু, শেৎলিবা ফিরোল অদু য়েংলগা ইমুং অমগী মীওইশিংনা মখোয়গী মীনি হায়না তাক্কুনা অশিবা অদু পুখ্রে। ইমুং অমনদি মখোয়গী মী ওইরমগদ্রা হায়না চিংনরবসু শেৎলিবা

ফিরোল অদুনা করিমত্তা হায়বা ঙল্লমদে। অশিবা অদুগী মশাদা অতৈ মশক তাকপা য়াবা ঘড়ী, যন্ত্র, লিক্লচিংবা করিমত্তা য়াউরমদে। মহাক্কী মমায় অদুতা নত্তনা মশম ফাওবা মৈ থাদোকপদা য়াওরম্মী।

অশিবা নুপা অদু মখোয়গী ইমুং-মনুংনা পোৎলোইদুনা শোরাৎ শোনখ্রে। অশিবা নুপা অদু কনানা কমদৌনা হাৎখিবনো হায়বগী ওইবা য়াবা চিংনবা মীশক অমদি লৈরম্মী। ইমুং-মনুংনা হায়বা মতুংইন্না পুলিসনা মী হাৎপগী কেস অমা রেজিষ্টার তৌদুনা চিংনবা মীশক অদু ফারম্মী।

হৌখিবা থা অমগী মমাঙদা নুপা অদুগা য়ুমলোন্নবগা নীংঙাই শংদান্নখিবা অমা লৈখি। মদুগী ৱাহৌ করিসু নৎত্রবসু মমৈদা অঙম তান্নবদগী চাউথোরকখি। অশিবা নুপা অদুগী মমিং কুমার কৌই। কুমারগী হেক থংনবদা মনিগী য়ুম লৈ। নোংমা কুমারনা য়ুমগী ফত্ত-হৌদি মপান্দা হৈদোক্লম্মী। মনিনা মাগী লমদা করিগী হৈজিল্লিবনো খরা হন্দোক্তুনা কুমার মশাগীদা হৈজিনবা য়াদরা হায়বদা কুমারনা ফ্রং শাউগৎতুনা মখোয় অনী খৎনখি। মমৈদা ইমুংদগী থাং ফাওবা পুথোক্লদুনা য়ান্নগে তৌনখি। তশেংবদি ফত্ত-হৌদি হৈদোকফম অদু য়ুম্বু অনীগী হেক তাইনফমদা লৈবনি। কুমারনা ফত্ত-হৌদি হৈদোকপদা মনিগী লমদা হেনজিল্লুবনি। খজিক খজিক ঙাংনরম্বদগী হেনজিন্নরক্তুনা হাৎনগে ফাওবা তৌনরকখিবনি।

মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অসিদা য়ুমফম ওইদুনা মনিবু মীহাৎপগী মরাল শিদুনা জেলদা থল্লম্মী। মনি মহাক্কী মথক্তা শীরিবা মরাল অদু ঙাকথোকচনবা উপাই লৈরমদে। মহাক্কী খুৎ য়াম্না শোল্লম্মী। শেল-থুম মরাং কায়রমদে। মনিগী অমত্তং য়াওজবী মচলনুপী, মনিগী নুপী অমদি পিক্লিবা অঙাং অনীনা মনিগী মায়োক্তা লৈরিবা মরাল অদুদগী ঙাকথোক্লবা হোৎনবদা নোপ্না থোক্লম্মী। হৌজিক্তি মনি জেলদগী থোরকপা ঙাইদুনা ৱানা হিংবা নত্তনা উপাই লৈত্রে।

কুমারগী মীশি অমদি মনিদা শীরিবা মরাল অদুদা মীওই কয়ানা মাগী মাগী মত ফোঙদোক্লরম্মী। অদুবু মমৈদা কোর্টনা পিরকপা ৱায়েল অদুদা লোইশিনবা নত্তনা অতোপ্পা লংলা লংজিন অমত্তা পুথোকপা ঙল্লমদে।

মতমনা অসুম অসুম হৌখিদুনা চহি অহুম ফাজিল্লক্লে। নোংমা ইখঙ

খঙহৌদনা পটনা পুলিসনা ফেক্স অমা মনিপুর পুলিস ডিপার্টমেন্টতা থারকখি। ফেক্স অদুদা ইরি, " কুমার কৌবা ইম্ফালদগী নুপা অমা নোংমৈ মরু কয়াগা লোয়ননা করবার তৌরম্বদগী ফারে। কুমারনা হায়বগী মতুংইন্না মহাকপু শিখ্রে হায়না লৌদুনা মহাকপু হাৎপনি হায়বা নুপা অমা কোর্টনা মরাল পীদুনা হৌজিক জেলদা লৈরি। কুমারনা মাগা নুংঙাইনদবা নুপা অমা হাৎলগা মশাগী ফিজোল শেৎচিন্দুনা কুমার মশামক শিবা মালহন্দুনা লোৎখিবনি।" ৱাফম অসি অঙকপা ওইনা থোক্লম্মী।

কুমারগী ইমুং-মনুংনা কুমারগী মথৌ মঙম নিংথিনা পাংথোকখ্রবনি। অদুগা হৌজিক্তা নোংমৈ মরু করবার তৌরম্বগী পটনা পুলিসনা ফারে হায়না পাউ থারক্লি। অমরোমদা কুমার হাৎপগী মরালদা মনি জেলদা লৈরকপা চহি অহুম শুরক্লে। পাউ অসি ফেক্স ওইনা মনিপুর পুলিসতা য়ৌরক্লবসু তশেংনমক কুমার কনানো, মহাক্না কনাবু করি মরালগী হাৎখিবনো হায়বগী অকুপ্পা মরোল খঙবা ঙমদ্রি। অদুম ওইনমক মহাক্কী মমা মপাগী মমিং, মহাক্কী ৱারী কয়া অদুনা মীয়াম্না চিংনরিবা কুমার অদুনি হায়বা খঙলবনি।

মনিগী ইমুং-মনুংনা মনিবু জেলদগী থাদোকপীনবা ৱাকৎচে অমা পীরম্মী। চেরোল অদুদা হায়রিবদি, " মনি মরাল লৈতে। মনিনা হাৎলি হায়রিবা কুমার হিংদুনা পটনা পুলিসতা লৈরি। মরম অদুনা মরাল লৈতবা মনিবু খুদক্তা জেলদগী থাদোকফম থোক্লে। সি: আর: পি: সি: (ডি ক্রিমিনেল প্রোসিদুর কোড) কী মতুংইন্না কুমারগী মথক্তা মী হাৎপা অমদি অতোপ্পদা মী হাৎপগী মরাল শিবগী মরালদা থবক লৌখৎপিনবা কেস অমা রেজিষ্টার তৌরম্মী।

মীয়ামগী পূক্লিং চিংশিন্নিংঙাই ওইবা ৱাফম অমনা কুমারনি হায়না পোৎলোইখ্রবা অশিবা নুপা অদু কনানো হায়বসিনি। পটনা পুলিসনা থারকপা ফেক্স মেসেজদদি ৱাফম অসিগী মরমদা কুপ্পা য়াওরমদে। নোংমা কুমারগী ইমুং-মনুংনা কুমারনি হায়না য়ুমদা পুনবা থৌরাং তৌবা মতমদা অশিবা য়েংবা লাকখিবা ইমুং অদু অশিবা অদুগী ইমুংনি। কুমারগী ইমুংনা মখোয়গী মীনি হায়না লৌখিবা, শেৎলম্বা ফিজোলগী মান্নদবা অদুনা মখোয়দা মখোয়গীনি হায়না চিংথোক্তুনা য়েংবগী তাঞ্জা ফংখিদবনি। মীয়াম্না খঙবা ৱাফমদি কুমার চহি কয়াগী মমাংদগী মোরে করবার তৌরকখি। ম্যানমারদগী পুরকপা পোৎশিং

মনিপুরগী মপান্দা থাদোকই। অদুগা মপালদগী পুরকপা পোৎশিং ম্যানমারদা থাজিল্লি। করবার অসিগীদমক মহাক নুমিৎ কয়ানি য়ুমদা হল্লক্তবসু য়াওই। করি করবার তৌরিবনো হায়বদুদি অয়াম্বনা খঙদে। অশেংবদি কুমার দ্রক অমদি নোংমৈনচিংবা আইননা য়াদবা পোৎ-চৈ করবার তৌবা মীনি।

কুমারগা করবার তৌমিন্নরম্বা মীওইশিং কাঙলুপ অনী থোক্লা কায়রম্মী। করবারগী হিসাবতা য়ানদবদগী কায়খিবনি। নাকল অনীমক অমনা অমগী মথক্তা লমন খুম্নবা শীংনদুনা লৈনরম্মী। কাঙলুপ অমগী লুচিংবনা কুমারনি। অতোপ্পা কাঙলুপ অমগীনা চন্দ্রমোহোননি। নোংমা তাঞ্জা চাবা নুমিদাং অমদা চন্দ্রমোহোনবু কুমারনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎলম্মী। মীহাৎ অসিদগী থৈদোক্লবা অমসুং করবারগীদমক মপান্দা চহি খরা লৈনবগী খুদোংচাবা ফংদুনা কুমার লোৎখিবনি। মহাক্লা মশাগী ফিজোল চন্দ্রমোহোনদা শেৎচিল্লম্মী। অদুগা মশক খঙদবমখৈ চন্দ্রমোহোনবু মৈ চুশিল্লবা মতুংদা তুরেলদা থাদরম্বনি। কুমারনা মশামকপু শিখ্রে হায়না মীয়ামদা খলহনবা পান্নম্মি। অমরোমদা মহাক্কী মরাল মনিদা থংজিন্নবসু খল্লম্মী। নুমিৎ অদুগী অহিংদা কুমার ইম্ফাল থাদোক্তুনা চৎখিরম্মী।

মনি জেলদা লৈখিবদগী মনিগী ইমুং-মনুং য়াম্না ৱানা লেল্লম্মী। মনি কোল সেন্টর অমদা থবক তৌরম্বনি। মহাক্কী মতেংনা য়াম্না নুংঙাইবমক নৎত্রবসু ইমুং-মনুং খরা কোম্না হিংলম্মী। মনিনা জেলদা লৈখিবদগী শেঙ্গোক লম্বী লৈতবনা মহাক্কী নুপী শখিতোম্বী খ্বাইরম্বন কৈথেলগী মচি অমদা মনা-মশিং য়োন্দুনা ইমুং-মনুং পুনবা হোৎনরম্মী। পীক্লিবা মচা অনীগী লাইরিক লাইশু তম্বা লেপহন্দনবা হোৎনবসু তারম্মী।

চহি অহুমগী মতুং অসিদতা কুমার শিদ্রি হায়বা খঙলকপনি। তাঞ্জা অসিদা ইম্ফাল ৱেষ্টকী এস:পি: ট্রেনিং অমগী মপান্দা লৈখি। কুমারসু ইম্ফালদা থুংলদ্রি। মনিবু থাদোক্লবা পুলিস ডিপার্টমেন্টতগী ওর্ডর লাকপা লৈত্রি। কুমার অমদি এস: পি: ইম্ফালদা য়ৌরক্ত্রিবা ফাওবদি মনি জেলদা লৈখিবা তারি।

ডিসেম্বর, ২৭-২০০৮।

# নুংশা-থিবা

বন্দ, ষ্ট্রাইক, মীহাৎ-মীপুন কয়াগা লোয়ননা চহি অসি লোইশিল্লক্লে। চহিসিগী ঙসিনা অরোইবা নুমিৎনি। চহিসিদা থমখিবা আশা খরদি থবক ওইনা পাংথোকখ্রে। ইচানুপা থোই ইম্ফালগী খ্বাইদগী ফবা স্কুল অমদা এলেবেন ক্লাসতা মিং চনবা ফংলে। মমাংগী চহিদগী খরদা ওইরবসু হেন্না মখোয় পাবগী থাগী তলবতগী শেল তুংশিনবা ঙম্লে। লাক্কদৌরিবা চহি অসিদদি ইচা থোইবু মনিপুর পুম্বগী ওইনা টুয়েল্ভ ক্লাসতা মকোক ওইহনগে। ইচা তোম্বীবুসু মবুংগী স্কুলদা মিং চলহনগে।

মখোয় পাবসু মচাশিংগী খনবদা ঙাইহাক্তা পোত্থাবা নত্তে। সরকারগী পিক্লবা ক্লার্ক মচা অমনা ইমুংগী খরচ পুনবা অদুগা চাউখৎনবসু হোৎনবা হায়বসি তরাই-তরাইবা ওইশিল্লক্রে। পোৎ -চৈগী মমলনা নোংদোল পক্লা ৱাংখৎলক্লে। ওফিসতগী হল্লক্লগা ইংখোল-শম্বল য়েংশিনবা, লৌ মতম চানা পান্নবা হোৎনবা তৌবা য়াবা থবক অমত্তা মহাক্না থাদোকপা লৈতে।

ওল্লক্লিবা সমাজগী য়াওলসিদা ইচাশিং অসিনা কদোমদা চৎখিগদগে খনবদা অৱাবা অমা ওইরক্লি। ইচাশিংবু ঐখোয়না পাম্বা লম্বীদা চিংদুনা পুনবা হোৎনদবা য়াদবনি। নিশা চাবগী লাইচৎ অমা কন্না শন্দোরক্লিবা অসিদগী কন্নবা হোৎনদবা য়াদবনি। সরকারদগী হৌদুনা লন্নাই এসোসিয়েসন কয়ানা নিশা থিংনবা কন্না হোৎনরক্লি। অদুবু হন্থবদি খক লৈতে। মমাংথোঙদগী ফংদ্রবসু মনিংথোঙদগী অদুম মফংই। লৈকাইগী মৈরা পাইবীদা ঐসু য়াওদুনা নিশা থিংবা থোক্লিবনি। নিশা চাবা অমত্তা তোকখিবা থেংনদ্রি। মশীং হেনগৎলকপদনি। মসিদা পুকচেল শেংনা হোৎনবা অমদি অমত্তা ওইবা হায়বা অমা চংই। মসিদি উদ্রি। ফনা কন্না হোৎনরবসু অমদা নৎত্রগা অমদা হোদুনা হেক্তো লৈরম্মী।

মখোয় পাবনা থোঙ হাংদোরকপদা ঐ ৱাখল অমদা লৈরম্বদু লৈথোরকই। নুমিদাংগী চাক থোংবা লোইদুনা থোই অমদি মখোয় পাবা হল্লক্লগা চামিন্নগে খন্দুনা ঙাইরকপনি। মখোয় পাবা চংলক্লুনা হংলকই,

- চাক চানরবরা ?
- চানদ্রি, ময়াম শুরগা চাগে হায়দুনা ঙাইরিবনি।
- থোই হনজিল্লক্লবরা ?
- হনজিল্লক্ত্রি।
- হৌজিকপু কদাইদনোনে ? নিংথমথা মতমগা ওইরে, লমজাউ সরক্তা লৈরম্বা মী অয়াম্বা চংনখ্রে। কদাইদা চৎকনি হায়রম্বগে ?
- হায়রমদেনে। চহি লোইবগী চাকচা-হৈজানবা য়াওখ্রজাৎলা।
- চান্নগে হায়রসু ঐখোয় সিদা চান্নরু লাও হায়য়ু। ঐসু য়াওনি।
- কদাইদগী নহা মরক্তুদা।
- মদু হায়নুনে। চম্না চাক চামিন্নবদবু নহা-অহল হায়বা লৈব্রা ? চাক চান্নবগী মিংদা নিশা থক চারম্লবদি কমদৌনি ? মদু য়েংশিনহৌদবা য়াদবনি।

ঙাঙনা ঙাঙনা মফি হোংদোকপা চংখ্রে। ইচা থোই মমান্নবা কনা-কনাগা লোয়নরি, কনা-কনানা করি চা-থকপগে হায়বা ঐসু য়েংশিল্লিবনি। ইচাগী মগুন্দি মমা ঐনা খঙই।

ইচা থোই পোকপদা ময়াম পুন্নমক হরাওনখি। ষষ্টি নুমিৎতা ময়াম্না মাগী মাগী অপাম্বা বর কয়া পীরম্মী। কনানা ডাক্তর, কনানা ইঞ্জিনিয়ার, কনানা ওফিসার - কয়া কয়ানি। ঐখোয় তামোনা ফাগী তৌদুনা হায়খি,

- ইবেম্মা, অথৌবা অমদি পোক্লে। মৈরা পাইবী অমসু ফংবা ওইজৌ।

‘ নত্তে, নত্তে নহাক আইন্না য়াদবা মী ওইখিবা য়ারোই। নিশা চাবসু ওইখিবা য়ারোই। ইচাদি লৈবাক্কী সেবা তৌগদবা অচৌবা মী অমা ওইগদবনি’ - (ঐগী থম্মোই)।

নোংমা নুমিদাং অমনি, নিশা চাবনা অসুম অসুম য়ামখৎলক্লুনা য়ুম্লোন্নবগী মচা ফাওবা য়াওরক্লবদা ইমা -ইচা ঙাঙনখিবদু,

- ইমা, মসি পুন্নমক সঙ্গদগী থোকহনবা ঙাক্তনি। ইমান্নবশিংগী মরক্তা নিশা চাবা য়াওরক্লবদি মঙোন্দগী লাপথোকপা তাই। ঐখোয়গী ইমান্নবশিং মসিগী মতাংদা তোইনা ব্বারী শান্নে। ঐখোয় খরা লুনা তিন্নবা তরুক্কী মনুংদা

অহুমদি য়ু থকই। অতে নিশাদি শিজিন্নদে। য়ু থকপদুসু নোংমা-ফাদোক্কী ব্বানি।

- নোংমা-ফাদোক্তগী ওইরক্কদৌরিবনিনে। মখোয়না তৌবদগী নখোয়সু য়াওরক্কদৌরিবনি।

- মখোয়না তোঙান্না লৈজবা মতমদা থকচবনি। ঐখোয়দা নোংমতা হৌরক্লোই। হৌরকপসু ঙম্লোই। মসি ঐখোয়গী খঙনজবনি।

করিসু লৈতবা পেন্দবা অমদগীসু নিশা চারকপা কয়ানি।ফি হোংদোক্লদুনা মখোয় পাবসু ব্বাইটিং রূমদা চংলক্তুনা ইনাক্তা ফম্লরে। অদুগা হায়রকই,

- নচাদুবু মোবাইল পায়খিবরা ?

- পায়খিবনি। তৌদুনা অমুক্তা য়েংবীয়ু।

- হৌজিকসি য়াম্না লুরেকো। মোবাইল অমগীসু নোংমৈ শৎতোকপা কিনদ্রে। চুম্না মোবাইল অদু লাক্লগা চৎখ্রোদনা। মদুদসু নত্তে, ফুসু ফুরম্নিবনি।

- হোয়নে। মোবাইল মমল য়াম্বদি চৎথোকপদা পুনদ্রে হায়নে।

- মমাং লৈকাইগী অঙাং অমা নহাল নুমিদাং চাক তোক্লগা সরক্তা ঙাহৌ-ঙাহৌ থোক্লুবদা নোংমৈ পায়বা অনী কারদগী কুমথরক্লগা মোবাইল লাকখ্রেয়ে। ফুসু ফুবিরগা উপ্রাকনা হিপহল্লগা থম্লম্মে হায়নে।

ব্বারী শানা শানা থোইদা ফোন তৌদুনা য়েংই। শুইচ ওফ তৌদুনা থম্বদগী পাউ ফাউনবা ঙমদ্রে। থেংজিল্লক্লদুনা লাইরিক পারিবী ইচা তোম্বীদু কৌদুনা চাক চামিন্নরে। চাক তোক্লবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা অমুকসু য়েংলুই। মতমদু ফাউবা শুইচ ওফ তৌরম্মী। মহাক্কা তিন্নবা মমান্নবশিংদগী পাউ লৌই। মখোয়দি ময়ুম ময়ুমদা লৈনরম্মী। ইচা থোইগী মমান্নবা রাজকুমারখক্তংদি পাউ ফাউনদে। মখোয় পাবগা লোইননা রাজকুমারগীদা চৎনবা থোরকই।

নোংমা নোংমগী লৈবাক্কী ফিভম অসি শোকচিল্লক্লি । সরকারগী কর্মচারিশিংনা তলব লৌদুনা য়ুমদা হল্লকপা কিনরে। হাৎলবা মতুংদা মরাল শিবা চৎনবী ওইরক্লে। অঙাংগী মনাদগী সনা থৎপা, মী ফারগা পৈশা তানবা, গাড়ী লাকপা খুরক হাংদনা থোকচিল্লক্লে। মমাংগী চহিদগী চহি অসিনা খ্বাইদগী

মীশি-মীনা থোকপা চহি ওইরক্নি। মসিদগী ফগৎলক্কদৌবগী ফিভমসু উবা ফংদ্রি।

রাজকুমারগী য়ুম য়ৌশিল্লক্লে। মহাকসু হনজিল্লক্ত্রি। মাঙ্গোলদা মমা-মপা অনীমক মচাবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মখোয়গা লোইননা কৈথেল্লোমদা থোরকই।

থেংজিল্লক্লে, পুং তরামাথোই তারক্লে। হল্লক্কদরা হল্লক্কদরা খন্না ঙাইরকপনি। অদুবু হল্লকপা কৌবা লৈতে।

‘ইবুংঙো, নঙবু জ্ঞান ফনা য়াম্না তারে হায়না খনবনি। করিমত্তা তারমদ্রে। চৎথোকপদগী থেংখ্রবসু পাউদদি খঙহল্লকউদনা। লৈবাকসিগী ঙসি ওইরক্লিব ফিভম অসিবু করিমত্তা খঙদ্রবরা’ - (ঐগী থম্মোই) ?

য়ুম্লোন-কৈরোন্নবা খুন্দা কুম্মে-হরাও তৌবসু তাদে। মোবাইল অমা পায়খিবদুসু শুইচ ওফ তৌদুনা থম্মী। মীনা লাকখ্রবরা করিনো খঙদে।

তাল্লকসিদা মৈ মুথোকখ্রে। মমগা মম্বনে করম্না হল্লক্কদৌরিবনো ? থোইগী মপাদি মচাবু জ্ঞান তাদে, মতম চানা হনজিন্নি খঙদে হায়না শাউনা-শাউনা ঙাংলি, চৈরি। রাজকুমারগীসু অদু মঙাই। মমা-মপানা ৱারি। ঐ করিনো তৌগদবা খনফম খঙলক্ত্রে। পিনা মিৎসি থুমজিল্লকই। ইচাগীদমক্তা খনবদা ৱাবনা থম্মোইনুংদা কপ্লম্বদগী মপান থোক্লুরমাল্লে। মখোয় পাবানা শাউনা ঙাংলকপদুদা ভাব তারকই,

কপ্পু, পেন্নবা কপ্পু। নচা জ্ঞান তাদবা লৈরবদি কপ্পা তাবনি।

কপ্পা নত্তনা করি উপাইদি লৈরি ? অসুম্না থোক্লক্কনি হায়বদি কনানা খঙগনি ? মসিরা ঙসিগী মমা-মপা ওইবশিংনা মচাশিংগীদমক্তা ৱাজবা হায়বদো ?

তাঞ্জা অসিদা মখোয় পাবগী মোবাইল ফোন খিংলকপগী মখোল তারকই। খঙবগুম ফম্লবদগী মহাক ফুক হৌগৎলম্মী। ঐখোয় পুম্নমকসু ফুক-ফুক হৌগৎতুনা মখোয় পাবগী মোবাইলদা মিৎয়েং থম্লম্মী।

'কনাগী ওইরমগবা ? ঈশ্বর ইবুংঙো, ইচা থোইনা তৌরকপা ওইহনবীয়ু। ইচা থোইনা তৌরকপা ওইহনবীয়ু' - (ঐগী থম্মোই)।

হল্লো ! থোই নৎত্রা ?

মখোয় পাবনা চিংননা হংলম্মী। তাঞ্জা অসিদা নেট ব্লার্ক ফংদদুনা পাউ ফাউনবা ঙম্লমদে। হন্না হন্না হোৎনরম্মী। অদুবু পাউ ফাউনরমদে। মিহুলগী খোঞ্জেল অসুম অসুম য়াংখৎলকই।

লমদম অসিদা হিংবা য়াম্না লুশিল্লক্লি। করম্বা মতমদা কদাইদা সরকারগী ফোর্সকা লালহৌবগা নোংমৈ কাপ্নগদবা - কনানা হায়বা ঙমগনি। মফম অমদা হেক্তা ওইথোকপা য়াই। কনানা লালহৌবনো, কনানা সরকারগীনো, কনানা শাজিন্নবনো হায়বসু মশক খঙদ্রবা মতমনি। করিসু লৈতবা মরম অমগীসু মী হাৎপদা চিংনরক্লে।

ইচা থোই কদাইদা লৈরমগনি ? মহাক করিসু থোইদোকপা থোক্লমলোইদ্রা ? মহাকপু করি তৌথ্রবনোনে ? ব্লাখল কয়া অসিনা লৈতাফম খঙহল্লমদে। মওল-মওল খল্লকই। নুংশা-থিবদি অসুম অসুম হেনজিল্লকই।

জানুয়ারি ২, ২০০৯।

# ঐদি ঙসি চৎলগে

শাংলবা চহি ৪০ অসি কনাগীসু মতেং য়াওদনা ইতোমতা শূজ-নোজদুনা হিংলক্লে। হৌজিক ঐগীনি হায়বদা নুংশিরবা ঐগী হূই তুতু নত্তনা কনাসু লৈত্রে। মহাক্লা ঐবু নুমিৎ খুদিংগী য়ুমদা হনজিল্লকপদা মমৈ ফেৎ-ফেৎ হায়রদুনা তরাম্না ওকপী। ইশাগী চহি ৮০ য়ৌরক্কুনা পুক্লিং হকচাং পুম্নমক তপ্না-তপ্না শোনজিনবা হৌরক্লে। পিক্লবা ঐগী খাঙপোকশঙ অসি থাদোক্কুনা চৎপা নত্তনা করিদি তৌনি ? ইশানা তানজদুনা হিংনবা হোৎনবদা ব্বারক্লে।

মতম অমদা মমা অদুনা লৈরিঙৈদদি হাউরবসু হাউত্রবসু অরৈবা খরনা হরাউ-হরাউ চামিন্নরম্বনি। অনা-অয়েক য়াওরকপদা ঈশিং য়াওম অমত্ত ওইরবসু পিথকপিনবা লৈরম্মী। হৌজিক্তি করি চারি করি থক্লি হায়না হংবীনবা কনাসু লৈত্রে। খাঙবা য়াবা খাঙদুনা কনাদসু হায়জদনা শাংলবা মতম অসি লেলক্লবনি। ইচা নুপা অহুমনি। মহৈ-মশিং তমহন্দুনা মমান্নবগা মায়োক্লবা ঙম্নবা হোৎনবীখিবনি। মতম অমদা ঐনা খনখি, ইচা -ইমৌগী, ইশুশিংগী কুম্মে য়েংদুনা লেনবা হৌরগে।

ইচাশিংদা লন-থুম য়েঙ্খোকপীখিবা চহি অদুদগী ইচাগী মনাক্তা লৈনা লৈনা লমলানবা অমগুম ইশানা ইশাবু খনবা হৌরকখি। ইচা অতোনবগা কোন্নদুনা চহি মঙা লৈমিন্নরবা মতুংদা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মমা অদু লৈখিদ্রে। নাবদগী নুমিৎ হুমনিদং ফমুংদা হিপ্তুনা লৈখি। মহাক্লা লৈখিদবা মিকুপ অদুদগী সংসার অসিদা ইথন্ত ঙাইরবগুম খনখি। ওল্লকপা চহিদা ইচা অতোম্বা অদু ইম্ফালদা য়ুম অমা শাদুনা লৈখ্রে। ঐবুনা হান্নগী য়ুম অদু শঙনবা শিন্নরম্মী। মরক মরক্তা লাক্কুনা ইমুংগী পোৎ-চৈশিং পুদুনা চৎখি।

নোংমা ইচানুপা অহল মনিজাও ঐবু উননীংই হায়দুনা চংলকখি। অদুগা হায়রকখি,

পাবা, ইনাওনা ইংখোলসি ঐঙোন্দা য়োল্লবনি।

- ঐঙোন্দদি তাক্কেনা।

- পাবদা তাক্কবরা ? ইনাওগী মিংদা লৈবদুদা তৌরি ওইরিনি। পাবনা ইনাওগা লৈমিন্নরকপগী লৈমিন্নরকপা মাগী মনাক্তা চৎলগা লৈমিন্নগেরা নৎত্রগা ইংখোল অসিগী মচি অমদা লৈগে হায়রবসু লৈয়ু কায়দে।

- য়ুম অসিদদি কনা লৈগনি ?

- কনাসু লৈরোই। মসিদি শিদোক্লগদবনি। পাবনা ইংখোল অসিদা লৈগে হায়রবদি থোঙ্গাল ময়া অশোমদা ওইনা লৈয়ু।

নুমিৎ অদু ঐ পুক্লিং য়াম্মা নুংশিখি। নুমিৎতুমক্কী নুমিদাংদা ঐ ইচা অতোম্বগীদা য়ৌখি। ইচানা ঐবু অতিথি অমগুম্না ওকখি। ঐনা ইংখোলগী ৱাফম হৌদোকখি,

- নয়াম্বদা নহাক্না ইংখোল য়োল্লবরা ?

- য়োল্লে। য়ুমসু য়াওনা য়োল্লবনি। পাবগী লৈনবগীদি তাদদা হায়নরম্লবনি, পাবগী য়ুম্ফম মচা অমা পিনবা হায়দুনা।

- য়াইদা য়াইদা। ঐদি নংগীসিদা লৈরবসু কায়দে।

- পাবগীদি তাদনা য়ুম মচা অমা পাখল ওইনা শাবীনি হায়বনি। য়ুম শীবগী তিন অরেম-অপানা শাবা য়ানি পৈশা তিংলুবগী মথৌ তাদ্রে।

- ইচাগীসিদা লৈহল্লোদনা ?

- পাবা, মসিদদি য়াম্না চিল্লি। অহাংবা কাবু অমত্তা লৈতেনে।

ঐবু লৈহনবগী ৱাফম নাথৈদুনা মখা তারকখি,

- পাববু চাক চারক্লবরা ? খরা ঙন্না লাক্লবদি ফগদৌবা। ঐখোয়দি চাক চানরে।

- য়ানিদা লাংলুরনু।

- চাক অমুক লাংবদা থেংলনি। অনকপদা হোটেল লৈবনি, ঐ পৈশা পীগে।

- য়াইদা, ঐগীসু য়াওরি।

- গাড়ী ফরক তারনি। ঙসিদি অহিং লেকখ্রো।

- হোয়দা হোয়দা।

ঐ চাক চারুখিগে হায়দুনা থোরকখি। অরাম-খৌরাংবদি অমত্তা পোকখিদে। গাড়ী পার্কিদা পরপ-পরপ লাকখি। অরোইবা বসতি মিকুপ খরগী মমাঙদা চৎখিরল্লে। ধর্মশালাদা অহিং লেক্লগা নোংঙাল্লগা হনখ্রগে হায়না খল্লুই। চৎপমক্তি চৎলুদ্রে। চাক চারুবা শাদুনা ইচাগী য়ুমদা চংখি। অহিং অদুমা মিকুপ অমা ফাওবা তুম্বা য়াখিদে ।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা অঙাং ওইরিঙৈদগী লোয়নরকপা লৈকাইগী মরুপ মনিগীদা চৎতুনা মৌবী ব্রাগী ফক্লোং শাবা য়াওবা হৌখি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা থবক অসিনা ঐগী হিংনবগী লম্বী ওইদুনা লাকখিবনি।

ঙসিদগী চহি মরি-মঙারোমগী মমাংদা নোংমা ইথা থাজদনা ময়াই লৈকাইগী রাকেশ ঐবু উনগনি হায়দুনা লাকখি। মরম হংলুবদা অহল ওইরবশিংগী য়ুমদা লৈনবা মিং চল্লনবা হায়বা লাকপা ওইরম্মী। মহাক্না হায়রকখি,

- খুরা, লুপ অসিগী পান্দমদি য়েংশিনবীনবা কনাসু লৈত্রবা অহলশিংবু থমদুনা সেবা তৌবনি।

- ইবুংঙো, ঐগীদি ইচাশিং লৈরি।

- খুরা, খুরাগী ইচাশিং লৈরি হায়বদনি। মখোয়নদি য়েংশিনবীদে। অদুনা হায়জবনি।

- ঐ হৌজিক ইতোমতা হিংবদা করিসু য়াদেদা। ঐ মিং চল্লোইদা।

- করিগুম্বা খুরানা ঐখোয়গী ইতেং পাল্লবদি খুরাগীদমক মতম চুপ্পদা থোঙ লাওনা হাংদুনা থল্লি।

- য়াইদা, ঐগীদমক থোইনা ব্রাবীরুনু।

- খুরাদা হায়জনিংবা অমনা মচা-মশুশিংনা অহল ওইরবশিংবু য়েংশিনবীদনা ইহ্মোক্তুনা থম্বীবা হায়বসি আইন্না য়াদে। খুরানা আইনগী মতেং পাম্বীরবসু অঙম্বা মতেং পাংজগনি।

-  ঐ কনাদসু হায়রোইদা। ঐদি ইতোমতা লৈজগে।

ঐনা য়াদবদগী রাকেশ চংখি।

হৌখিবা নুমিৎ খরনি লাইহৌ হৌদুনা লাকখি। ঙরাংদগী খরদা ফরকপদা ঙাইরি। হকচাং ঙম্লক্তবা মতমদদি ইবুংঙো রাকেশনা হায়খিবা 'খুরাগীদমক মতম চুপ্পদা থোঙ লাওনা হাংদুনা থম্লি' হায়বদু হন্না হন্না নীংশিংলকখি। মহাকপু ইমিংতা তোইনা উরকখি। ঙসিদি মহাক্না লাক্তুনা ঐবু লৌরগনি। ইতোমতা ওইরবদি ইশানা অদুম চংলবসু য়াবনি। পোংয়োম মচা অমা য়াওবসিদা পন্দুনা লৈরবনি। ঐগী ইনাক্তা লৈদুনা ঐগী ব্রারী শান্নফম ওইরকপা তুতু অসিনা কনাগা লৈহৌগদবা ? মহাকপু কনানা চাক পিজগনি ? মাগা লোইননা লৈজগে হায়বদা য়ারক্কদরা ? নুংশিরবা খাঙপোকশঙ নহাকসু ঐনা চংখ্রবদি নথম্তা লেপ্তুনা লৈবা ঙমগদ্রা। ঐদি ঙসি চংলগে।

ফেব্রুয়ারি ৬, ২০০৯।

# লাইবক্লা কদোমদা

মোরে লম্বীদা গাড়ী চেল্লক্তবা ঙসিগা থানা নুমিৎ ১০ নি শুরক্লে। মীয়াম্মা হয়েং হাংলক্কদরা হয়েং হাংলক্কদরা খন্না ঙাইরকপনি। হাংলকপা কৌবদি লৈত্রি। লালহৌবা কাঙলুপ অমনা থাগী পীগদবা টেক্স খঙচাউ চাউনা হায়রকপদগী গাড়ী চেনবা কাঙবুনা লেপখিবনি। লম্বী অসিদা চৎতুনা করবার তৌজবা মীওইশিংদি অৱাবগী মশক্লি। লালহৌবশিংদা টেক্স পীদ্রগনা পোৎ-চৈ লৌহৌবা নৎত্রগনা গাড়ী লোকখাদা ইন্থবা অমা শোয়দ্রবনি। করিগুম্বদা ড্রাইভর ফাবা নৎত্রগা হাৎপা ফাওবা য়াওরিবনি। লালহৌবা কাঙলুপ খরদি সরকারগা সিজ-ফাইয়র তৌনরিবনি । মসিনা মীচমশিংদদি করিসু কান্নবা ফংহন্দে। হেন্না ৱাহনবতনি। লালহৌবশিং অসিনা ফোংনা ফোংনা সিফাইগী মমাংদা টেক্স ল্লৌরক্লি । লম্বীসিদা চৎপা মীওইশিংনা মতম চানা হল্লক্ত্রগা য়ুমদা লৈহৌবা ইমুং-মনুংনা ৱারি।

উমা মোরেদা পোৎ-চৈ লৌবা চৎখিবা মপুরোইবা রোবিন্না বেঙ্ক একাউন্টতা পৈশা হাপলকউ হায়রকপদগী হাপলুই। রোবিনবু মোরেদা কুইনা পনথদুনা লৈহন্নিংদে। লম্বীদা ইরাং তোইনা থোকপদগী শেনিং লৈতনা করবার তৌরুবা খজিক খজিক্তা ফংজবা শেন্দোং মাঙদুনা তোক্লি। লম্বীদা মীশি-মীনা তোইনা থোকচিল্লকপা উরু-তারুরগা মপুরোইববু মোরে চৎপা লেপ্তুনা অতোপ্পা লম্বী অমা য়েংহন্নীংই।

রোবিননা মশাগী ইংখোল য়োম্থোক্তুনা টাটা শুমো অমা লৈরগা মোরে লম্বী চেনবা হৌরকখি। মহাক অহানবদা ময়ুমর্গী থোঙ্গালদা ফুরিৎ-খোগ্রাও তুদুনা য়াম্না চম্না লৈজরম্মী। মখুন্দা তৌবা ওইবনা ইমুংগী চান-থক্লবা পুবদগী হেন্না শেল তুংশিনবা করিমত্তা ঙল্লমদে। উমানা কন্না হায়মনবদগী শিংজমৈ বজারদা দুকান অমা ভরাদা লৌদুনা থবক তৌবা হৌরকখি।

মহাক্কী দুকানগা হেক থংনবদা মোরেগী পোৎ-চৈ য়োনবা দুকান অমা লৈ। দুকান অদু নোংমতা মীথোক ব্বাৎতে। মোরেদগী পুরকপগা নুমিৎ নীনি হুমনিদা হেক্তা লোইখি। দুকান অদু উরুরগা নোংমা উমানা রোবিন্দা হায়রম্মী,

- ঐখোয়গী তেক-তেক তৌদুনা পৈশা তানবসিনা মী ওইনা হিংবা ঙম্লরোই। খরা নুংঙাইনা হিংনবা লম্বী অমা থিসিবা।

- কৈদৌসি হায়রিনো ?

- ঐখোয়গী দুকানসি মোরেগী দুকান ওহ্লোক্লসি।

- মীগীদি মশা চৎলগা পোৎ লৌরুবগী শেন্দোং ফংলিবনি। চৎপা ঙমদ্রবদি ঐনা তৌরিবসিগা অমহানিদা।

- ঐনা দুকান ফম্লগা নংনা পুরকপা য়াইনা।

- অহানবা হৌদোকপগী য়ামদ্রবদা লুপা লিশিং য়াখ্রে-হুমফু পায়দ্রবদি নুংঙাইরোইদা। কদাইদগী পৈশানো ? মীগীদি মশাগী গাড়ীদা চৎতুনা পোৎ-চৈ লৌরুরিবনি। চম্লা অদুম লৈখিসিদা।

উমানা রোবিনবু তুংলোমদগী চেৎনা কোনশিল্লম্মী। ওই থংবা চুবা অদুনা রোবিনগী মনঙ্গলদা নৈর-নৈরদুনা হায়রকখি,

- পৈশাগীদমক্তা করিগী অদুক য়াম্লা ব্বারিবনো ? থবক মওং চুম্লা তৌরবদি তাম্লগা লায়না ফংবা ঙম্বপোৎনি। খরসু নুংঙাইনা হিংসি কৈদৌগে ?

- করম্লা পৈশা লায়না ফংগদৌরিবনো ?

- ঐখোয়গী ইংখোলসি য়োহ্লোক্লসি। মসিগী পৈশানা টাটা শুমো অমা লৈসি। অরেম্বা পৈশাদুনা দুকানগী পোৎ-চৈদা থাদরসি। পৈশা তাম্লগা মফম চাবদা ইংখোল অমা অমুক লৈসি।

- ঐখোয়না কদাইদা লৈদৌরিবনো ?

- দুকান অসিগী মথক্কী কা শীজিন্নদবা অসিদা লৈবা য়ানি। ভরাসু হোঙনা পীবা য়াগনি।

- ইংখোলসু য়োম্থোক, হয়েং শেল মাঙলদি মথোং চারোইদা।

উমানা নুমিৎ খুদিংগী ঙংমনবদগী রোবিন ইংখোল য়োনবদা তারম্মী। ইংখোল য়োন্দুনা মোরেগী দুকান ফম্বা হৌরকখি। পিক্লিবা মচা অনীবু অনকপা স্কুল অমদা মিং চনবীরম্মী।

চহি খরা দুকান ফমদুনা লেল্লক্লে। দুকান ফম্লকপদগী উমা নোংমা ফাদোক চা থক্লম্বদু নোংমদা অহুমদগী তাদনা থক্লক্লে, কোম ক্বাদগী হেন্না চারমদবদু জারদা নৎত্রবদি চারক্লে। সিনেমা অহোংবা খুদিংগী য়েংলক্লে। অনৌ-অনৌবা ফি-রোল শেৎ চারক্লে। ইমুং-মনুং পুন্না পুন্না কোয়বা তোইশিল্লক্লে। শা-ঙা নোংমা ফাদোক লৈরগা থোংদুনা চাবা নৎতনা মখুৎনা থোংলগা চারক্লে। হোটেলদগী চানিংবা লৌ-লৌদুনা চারক্লে।

নুমিৎ তরামঙানি লম্বী থিংলুরবা মতুংদা হাংলকপদগী রোবিন থোরকখি। মোরে চৎপা তোক্লুনা ইম্ফালদগী লিলোং ফাওবা পেসেনজর পুবা হৌরকখি।

নোংমা শিংজমৈ বজারগী লম্বী ময়া নকপা দুকানশিং লম্বী পাকথোক চাউথোকহন্নবগীদমক তকখায়নবগী চেরোল অমা সরকারনা থোরকখি। মদুদা তকখায়বদা য়াওগদবা মফমশিংদগী পোৎ-চৈ লৌথোকখিনবগী অরোইবা তাং মথং থাগী তরামঙা ফাওবা পীরম্মী। মীওই খরনদি মমাংদসু তকখাইনি হায়রগা ঙমদদুনা তোকখিবনি, হন্দকসু ঙম্লোই হায়না শন্দোক্লম্মী। মীওই খরদি পোৎ-চৈ হোন্দোকপা হৌনরম্মী।

উমানা ফল্লিবা দুকান অদুসু তকখাইবদা য়াওগদবশিংগী মনুং চল্লম্মী। হৌজিক মখোয় কদাইদা অমুক হোংগনি? মফম চাবা দুকান ফংবা ঙমগদরা হায়না থিবা হৌরম্মী। মফম চাবদি অমত্তা ফংবা ঙম্লমদে। নোংমা নোংমা হৌখিদুনা অরোইবা তাং তরামঙা লোইখ্রে। তাং তরাতরুক্কী অয়ুক পুং ৭ তারকপদা পুলিসনা খোইরেন মশা পাইরক্লে। লম্বী মপান্দা লৈবা দুকানশিং, য়ুমশিং তকখায়নবা দোজর, জে:সি:বি: নচিংবা পুরক্লে। পুলিসনা অরোইবা

ওইনা পোৎ-চৈ লৌথোকখিনবা পুং ৯ ফাওবা শাংদোক্লম্মী। মতম অসিদা হান্না হাংদুনা লৈরবা দুকান অমা অনী থুগাইদুনা তকখায়বা হৌরম্মী। নাকল অমদগী নুপী কয়ানা থিংনবা হোৎনরম্মী। অদুবু মশিং য়াম্লবা পুলিসশিংনা উপাই অমত্তা লৈহল্লদে। মীয়াম্না মাগী মাগী য়ুমগী, দুকানগী পোৎ-চৈশিং হোন্দোকপা হৌরক্লম্মী। উমা অমসুং রোবিনসু পোৎ-চৈশিং ট্রক অমদা হাপকৎতুনা খুল্লক্তা ভারাগী কা অমদা হোংলকখি।

রোবিন তৌরু তৌরুবা থবক খুদিংদা মপা চুম্লক্তবদগী ব্রাখল নুংঙাইরমদে। উমাগী থৌশিলদগী ইংখোল য়োনখ্রে। শেল তানবদি লাইরদনা হেন্না মাঙশিল্লক্লে। দুকান ফম্লিঙৈ পৈশা খরা খরা থোক্লম্বদুসু উমানা নুংঙাইবা পাম্বদগী অমত্তা তুংশিনবা ঙমহৌদ্রে। চাথোক থক্তোক্তুনা, কোইবা চৎতুনা লেল্লুরে। হৌজিক্তি পেসেনজর চেল্লিবা গাড়ী অসিতা মঙাইরে। মসি য়োল্লবসু লাখ অনী শুনা ফংলরোই। ইংখোল অমা লৈনবগী তৌরকখিবা আশাদি উশিল্লক্রে। ব্রাখল নুংঙাইতবদগী রোবিন অনাবা অমা ওইরক্লে। কুচু কুমেন ওল্লক্লে।

নোংমা অনাবা হেনজিল্লকপদগী রোবিনবু হোসপিটালদা পুখৎলম্মী। ঈ টেষ্ট তৌবদা এইদস ওইরম্লে। ডাক্তরনা নুমিৎ নীনিদগী হেন্না হিংলরোই হায়না উমাদা খঙহল্লক্লে। কান্নরোই হায়বা খঙবদগী য়ুমদা পুথরক্লে। মোরে চৎপদগী লায়না অসি পক্লকপনি হায়বা উমানা খঙলে। হৌজিক্তি পুম্নমক হৌখ্রে। কনাদা করি মরাল শীরগা করি কান্নবা ফংগনি ?

হোসপিটালদগী পুথরকপগী নীনি শুবদা রোবিন লৈখিদ্রে। রোবিনগী লায়না-লায়ওংদু উমা অমদি ভরাগী য়ুম্বু অনী অদু নৎতনা কনা অমত্তনা খঙলমদে।

ঈ টেষ্ট তৌদ্রবসু লায়না অসি উমাদসু শোয়দনা পক্লমগনি হায়বা খঙলে। মরম অদুনা য়ুম্বুনা উমা মমা মচাবু মহাক্কী ভরাগী কাদা লৈহনবা পাম্লমদে। রোবিনগী শোরাৎ মতুং নোংমা য়ুম্বু অদুনা য়ুম অদু থাদোক্তুনা চৎখিনবা উমাদা হায়রম্মী। উমা তঙাই ফদনা অতোপ্পা খুন্দা ভরাগী য়ুম অমদা

লৈবা হৌরকখি। ঙসিতদা উমা খঙলে, শাগৎলুবা আশানা কদোমদা লাইবক্লা কদোমদা তম্লম্বা। হেন্না নুংঙাইগনি খন্দুনা থাংলুবা মহাক্কী খোঙথাং কদোমদা থাংলম্লবা ? শেন্দোং য়াম্না পান্নুবদগী মপুরোইববু লাপ্না থারুবা পুন্সি কেম্নবা ওইরম্লে। ইংখোল চৎখ্রে। মশাগী মখোঙদা শিংজঙনা য়ানজরে। পুন্সিগী করবারদা শেল্লেপ মাঙদুনা হনবা তারে। মচা অনীগা কয়াম কুইনা করম্না হিংগনি ? অঙাং অনী অসিগী লাইবক্লা কদোমদা ? অসুম খনজিল্লুরগা উমা নিংঙমদবা পোক্লক্লে। মচা অনীবু চেৎনা কোনশিন্দুনা মিৎলুদগী পিরাং অরেপ্পা লৈতনা শিম্বুরকই।

ফেব্রুয়ারি, ২২-২০০৯।

# তোববর্না অনীগী ঈচেল

হন্দক্কী রামচরন অমসুং বালা অনীগী লুহোংবা অসিদি য়াম্না নুংঙাইবা অমনি। মশাগী চহি ৪৬ শুরবা মচা অনী লৈরবা রামচরননি। অদুগা বালানা মশাগী চহি ৪৫ শুরবী লৈশাবীনি। নুংঙাইরিবা খ্বাফমদি মখোয় অনীগী পুন্সিদা মঙফাওনখিদ্রবা মঙলান অমা মঙফাওনরকখিবা অসিনি। পুন্সি ঈচেলগী হিদেল তাফম অমদা মথন্ত থম্বীরম্লবী বালাগা করম্না অতোপ্পা হিদেল অমদা রামচরনগা অমুক থেংনখিবগে হায়বসিনি।

রামচরন অমদি বালাগী চহি মতাং, রামচরনগী মচাশিংনা চাউশিল্লকপা অদুনা মরম ওইরগা মখোয় অনীদি চম্না লুহোংলে হায়না লৈকাই খুনগী মমাঙদা থোকহনবা অদুতং পাল্লম্বনি। বালাগী মমা-মপানা কন্না হায়মনবদগী মীয়াম মমাংদা চাউনা লুহোংনবা তৌরকপনি। রামচরনগী য়ুমলোমগীনা মচানুপা মনিনা ফৈগাক ফৈনা লেপ্তুনা লৈকাইগী অহল-লমনশিংগা তান্নদুনা মপাবু লুহোংনবা শীল্লি। মচানুপী আশাসু মবুংগী মতেং পাংলি। অহল-লমনশিংগা তান্নদুনা কোইচেল চেন্দুনা হোৎনরি। চাউরবা মখোয়গী য়ুমজাও অদুদা মমা য়াওদনা পূক্লিং নুংশিনা চহি কয়া লেল্লক্লবা মতুংদা ঙসিদি মমা লাক্কদৌরে। মমাবু উজবা ফংজরগনি। মমা য়াওদবগী অৱাৎপা অদু কোক্লগনি। অহল-লমনশিংনা হায়নবা নুপী য়াওদ্রবা য়ুম অদু য়ুম নৎত্রবনি হায়বদু ওইদুনা লাকখিবনি। ঙসিদি মনি অমদি আশা মচিন-মৌপ্পা অনীগী নুংঙাইরবা নুমিৎনি।

রামচরন অমদি বালা কোলেজ অমত্তদা তম্মীন্নরকখি। নহা ওইবগী মপুং মরৈ ফারকপা মতাং য়ৌরকপদা থম্মোই থম্মোই তিন্নখি। কোলেজ তম্বা লোইশিল্লকপা মতম অদুদা প্রাইমারি ওজাগী থবক কৌরকখি। বালা থবক খল্লকখি। অরাপ্পা লম অমদা থবক তাখি। অমরোমদা অহল-লমনশিংনা মচাশিংবু ময়ুম -মকৈ পালহন্নিংবা তাঞ্জা হায়বদু য়ৌরকখি। লুরিবদি বালাগী অহল-লমনশিংনা বালাবু ইনাক-কৈরাক খুনবা নুপা অমদা থাজবা পাল্লম্মী। মতম অদুদা রামচরনদি য়ুম্ফম অমগা লৌ মচেৎ অমদগী হেন্না লৈরমদে।

সরকারগী থবকসু ফংলমদে। মীগী মমল লন-থুম্না সরকারগী থবক্না লেপ্প রবা মতমসিদা রামচরন্না বালাবু ফংবগী আশা লৈরমদে। লৌ-ইংখোল মরাং কায়না লৈবা ইমুংতনা অপান্বা মৌ ফংবগী চৎনবীগী ঈচেল অমা সমাজ অসিদা চেল্লক্লি। বালাবু ফাইরেনগী মরিনি পানবদা লুহোংনবা শিল্লম্মী।

বালাবু মমা-মপানা নুপা অমদা থাজনবা শিনবগী পাউ রামচরনসু তারম্মী। মখোয় অনী য়ুম্বানমিন্নবগী আশা মমি শামলকখি। রামচরনগী মপানসু রামচরনবু ময়ুম পালহন্নবা শীনবা হৌরকখি। রামচরনগী মমাদি মহাক পোকপা হাক্তক্তা লৈখিদ্রে। লাইরিক লাইশু নিংথিনা হৈবী নুপী অমগা বালাগী লুহোংবা নুমিৎতা লুহোংনবা শীল্লম্মী।

মতম্না কনাবুসু ঙাইবীদে। লুহোংবগী নুমিৎ য়ৌশিল্লক্তুনা রামচরন লুহোংখ্রে। বালাগী লুহোংবা নুমিৎশু ঙসিনি। মহাক্কী মরমদা রামচরন্না খল্লুবা পামদ্রে। মহাক্না করি তৌখ্রবা ? কদাইদা চৎখ্রবা ? রামচরন্না কদোমদা লাক্লবা ? কনানা খঙগনি মীনা খনবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়বদুনি। বস ষ্টেন্দদা বস ঙাইনা ঙাইনা ৱারী ঙাইহাক তিন্নরুবনি। বস লাকপগা মাগী মাগী লম্বীদা চৎনখিগদবনি। কনা অমনা হান্না চৎখি, কনা অমনা ঙাইদুনা লৈহৌই। অদুগা তোঙান-তোঙানবা লম্বীদা খাইদোক্লদুনা চৎনখি।

চহি অনীরোমগী মতুংদা প্রাইমারি টিচরগী অৱাৎপা কৌরকপদা রামচরনসু খল্লকখি। সরকারগী থবক মচা অমা ফংবদগী রামচরনগী ইমুং-মনুংগী ফিভম ফগৎলকখি।

অৱাবা শংবাই নুংঙাইবা লাইতং হায়বদুনি। রামচরনগী মচানুপা মনি অমসুং মচানুপী আশা ফংলবা মতুংদা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা রামচরনগী মপা লৈখিদ্রে। মপা অদু মশুশিংগী কুম্মৈ পেন্না য়েংজবা ফংখিদ্রে। রামচরনগী নুপীশু নারক্লম্মী। মনাক নকপদা প্রাইমারি হেলথ সেন্টর অমদা তান্নদুনা হিদাক কয়া চারবসু ফগৎপদি ইঙম ঙল্লমদে। নোংমা সহরদা পুখৎতুনা য়েংহল্লুবা মতমদদি ব্লদ কেন্সরনি হায়বা খঙলকখি। অনাবগী ফিভম য়াম্না হেনজিল্লম্লে। অনাববু ৱাখল নুংঙাইনা থম্বীগদবা, চানিংবতা পিজদুনা থমগদবা মতম ওইরক্লম্মী।

নোংমা নোংমা হৌখিদুনা অনাবগী অরোইবা পুংফম লাক্লে। মীচিক

মীরাওখোল তাদ্রবা থেঙলবা অহিং অমদনি। মিপুম খুদিংমক মাগী মাগী ময়ুমদা নুংঙাইনা খোল্লেন তুমখুন তান্নখ্রে। চেক-মোক লাউনখিদ্রে। অদুবু রামচরনগী ইমুংদদি শেৎন-খাইনবগী মীকপ-মীরাউখোন্না নিল্লি। মমাগী নুংশিবা খঙহনবা হৌরম্লগা নোংদম্বা মানা করিগী অমুক শেৎতুনা পুখিবা ?

মমা লৈখিদবা মতম অদু মনি চহি ১১ অদুগা আশানা চহি ৭ তমক ঙাইহৌরিবা মতমনি। মশুং মমান্নবা, মমান্নবী কয়ানা মমাগী মফমদা ওইনজবা কয়া উরুরগা লোন্না লোন্না মিৎলুদগী পিরাং শিন্থখি। ময়ুমদা হল্লক্লগা মমাগী থব্রাই য়াওদ্রবা ফোটোদা য়েংদুনা খোঞ্জেলদি থোক্তনা থম্মোইগী ওইবা ব্রাহং চাম্মা চাম্মা হংদুনা লাকখি। মচাশিংগী মতৌ উরুরগা রামচরনগী থম্মোই হেন্না শোকখি। অদুবু করি উপাইদি লৈরি ? মচাশিংবু মমা লৈতবগী অব্রাৎপা অদু খঙহন্দনবা অমদি পেম্থোক্লা লৈহন্নবা হোৎনরম্মী।

চহি খরগী মতুংদা রামচরনগী থবক মফম হোংলকখি। মহাক্কী খুন্দগী কিলোমিতর খরদমক চৎলগা লৈরম্মী। মহাক্কী অনৌবা থবক মফম অদুদা অহানবা ওইনা নোংমা চৎলম্মী। ইথা থাজদনা স্কুল অদুদা মতম অমদা খঙনখিবী বালাসু ওজা ওইদুনা লৈরম্মী। হান্নদগী খঙনরবসু রামচরন্না বালাবু খঙনদবগুম থৌশারুদে। তশেংবদি মহাক বালাবু থেংননিংদবনি। মহাক উরগা রামচরন ইকাই-হংগোইবা অমদি শাউনিংবা পোক্লম্মী। বালানদি রামচরনবু অহানবা উবমক্তা ঙক্লা থাজদবা অমগা লোইননা য়েংলম্মী। ঈচেল তিন্নদবদগী তোঙান-তোঙানবা মাইকৈদা চেন্থদুনা পুখ্রবা পুন্সি অনী ঙসিদতা অমুক থেংনরক্লি। অদুবু মায়োক্লবা তোবর্বান ব্রাংমা ব্রাংমা ওইদুনা কৈদৌঙৈদা তিন্নরোইদবা পুন্সিনি। করিগী ঙসি অমুক নোংদম্বা মানা উন্নহল্লিবনো ? পুন্নমক কান্নদবনি, অরেম্বনি, উন্নরমদবনা হেন্না ফবনি হায়না রামচরন্না খল্লম্মী।

বালাগী লুহোংবা নুমিৎ লেপখিবগী পাউ তাবদগী রামচরন্না বালাগী মরমদা করিমত্তা তাবা পামখিদে। বালা লুহোংখ্রবরা, মহাক করম্না হিংলি হায়বা রামচরন্না খঙলমদে। তশেংবদি বালানা য়াদবদগী বালাগী লুহোংবা কায়খি। বালা লুহোংখিদে। রামচরন লুহোংখ্রে হায়বা খঙলবসু লুহোংউ হায়বা য়াখিদে। মমা-মপানা কয়ারক হন্না থেমখি। অদুবু য়াবা কৌবা লৈখিদে। চহি খরা লৈরগা বালানা অতোপ্পা নুপা অমদা লুহোংবা পামখি। মদুদনা মমা-

মপানা য়াখিদে। মমা-মপা অমদি বালাগী মরক্তা মত খেন্নবদগী বালা লুহোংদনা লাকখি। মমৈদা বালা লুহোংলরোই হায়না লেপখি।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা বালা লুহোংদ্রি হায়বা রামচরন্না খঙলক্লে। বালানসু রামচরনগী নুপী লৈখিদ্রে হায়বা খঙলক্লে। বালা উরগা রামচরন্না হৈনেরমদবা, নাথেদুনা চৎনবা হোৎরম্বা পুম্বা তপ্না তপ্না ফরক্লে। পুম্সিগী অন্না-নুংঙাইগী মরমদা মচাগী মরমদা ন্নারী শাবা হৌরক্লে।

বামচরন্না মচাশিংগী বার্ড-দে থৌবম নোংমতসু পাংথোকখিদ্রি। অদুম ওইনমক বালানা কন্না হায়বদগী আশাগী মপোক নুমিৎতা আশা অমদি মবুং মনিগী বার্ড-দে পাঙথোক্লম্মী। নুমিৎ অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা বালা অমদি মখোযগী স্কুলদা ওজা ওইমিন্নবী মমান্নবী সিমাগা বার্ড-দে য়াওবা লাকখি। বালানা মনি অমদি আশাগীদমক নিংথিরবা ফিরোল কয়া লৈদুনা খুদোল তমখি। তাঞ্জা অমা লৌদুনা সিমানা রামচরনগী মচাশিংদা বালা কনানো হায়বা কুপ্না লীদুনা তাকখি।

মতুংদা রামচরন খঙহন্দনা বালানা ছুটি লৌদুনা লোন্না লোন্না লাক্কুনা রামচরনগী মচাশিং উনরম্মী। বালাগী নুংশিবনা রামচরনগী মচাশিংগী থম্মোই জয় তৌরম্মী। রামচরন অমদি বালা অনীগী মরী অসি বালাগী মমা-মপানসু তারক্লম্মী। মখোয় অনীবু নুংশিবীবা কয়ানা শীনবীদুনা মখোয় অনীবু লুহোংনবা থৌরাং তৌরকখি।

ঙসি লুহোংবা নুমিৎনি। কনানা মনেম শক্কুনা বালাবু নুংশিনা কোনবীদুনা ইমুংদা পুশিনবীগনি? মহাকপু কনানা তরাম্না ওকপিগনি? য়ুমলোন-কৈরোন্নবশিং কনানা কনানো, উরগা করি তৌগদগে হায়বা কনানা তাকপিগনি? পুন্নমক কুম্মে য়েংবা পাম্বা লৈকাই খুনগী মীওই কয়াগী ন্নাহংনি।

লুহোংবা লোইরদুনা নিংথিরবী কৈন্যা অমগী শক্তমদা বালা য়ুম্নাক-শাগৈ থাদোক্কুনা রামচরনগী য়ুম তম্না লাক্লে। রামচরনগী শুমাং য়ৌরক্লবদা বালাবু মচা মনি অমদি আশানা মখুৎ পাইদুনা কোনশিল্লগা ইমুং তম্না পুশিনখি। ন্নাংমা-ন্নাংমগী তোবর্বান অনী মচা ওইবগী নুংশি ঈচেলনা শমদুনা অমত্তা ওইনা তিন্নহনপ্রে।

মার্চ ১০, ২০০৯।

# মিকপ থোক্লকপদা

হন্দক মরক্তি রাকেশ অমদি মনিহল মতৈ-মনাও ঙংখৎনবা তোঁইশিল্লক্লে। য়ুম্লোন-কৈরোন্নবনা তারগা মতৈ-মনাওনি ঙাইহাক লৈরগা ইংথজখিনি হায়না লৌনরম্বনি। অদুবু ইংথবা কৌবা লৈরমদে। রাকেশনা য়ুমদা হল্লকপা মতমদা হেক হেক ঙংখৎনবা হৌরকই।

অরাপ্পা মহাক্কী য়ুমদগী ওফিসতা হংগৎ-হন্দা চৎপদু নুংঙাইতে, অঙাংশিংসু ইম্ফালগী অকবা স্কুলদা তমহন্নবা হায়দুনা ভরাগী কাদা লৈরম্মী। অনকপদা লৈফম ফংদবদগী ওফিসতগী কিলোমিটর মরী লাপ্পা মফম অমদা লৈরম্মী। খরা নক্লা লৈরে হায়বদনি রাকেশনা য়ুমদা হল্লকপদি হান্ন-হান্নগীগা অমহানি। ময়াম্না চান-থক্লুবা লোইদুনা তুম্বা চংনবা মতমদা য়ু তপ-তাবমখৈ থকচিল্লগা হেক হেক হনজিল্লম্মী। অয়াম্বা মতমদা চাক্কা অমত্তা চাদবমখৈ ফমুংদা চুমদ্রি চংদুনা তুমখি। চহি খরগী মমাংদদি মনিহলনা মাবু হেক-হেক ঙাইরগা চাক চামিন্নরম্বনি। রাকেশনা চাক চাদবা তোঁইশিল্লকপদগী হৌজিক্তি ঙাইদ্রে। মচাশিংগা চাক লোইরকপগা চাথোক্লে। করিগুম্বদা থেঙজিল্লকপদগী তুম্লিংলক্লুনা মনিহলনা তুমথরবা মতুংদা হনজিল্লকপসু য়াওরম্মী। করিগুম্বদা থোঙ লোনশিল্লগা তুম্লম্মী, করিগুম্বদনা লোন্দনা তুম্লম্মী। রাকেশ তুমিন্না চংলক্লুনা চাক চারগা নৎত্রগা চাদন্না তুমখিবা কয়ানি। মনিহলগী তুম্বা থুগাইদুনা খৎনবা হৌরবা কয়ানি।

রাকেশকী মচানুপা অমগা নুপী অমগা লৈ। মচানুপা অদুদি স্কুল চৎপা হৌরে। মচানুপী অদুদি হৌদ্রি। মচাশিংবু মীগা মীমান্নবা হিংহন্নবা মনিহলনা কন্না খল্লম্মী। মপাগী লমচৎ শাজৎ অসিদা মচাশিং অদু কদোমদা থোক্লগদবা হায়বগী ৱাখলদা ৱারম্মী। রাকেশকীদি মদুগী ৱাখল লৈরমদে।

রাকেশনা ফাইয়ার সার্বিসতা থবক তৌরকপদগী অচৌবা অওনবা অমা লাকপা হৌরকখি। মমাংঙৈদদি কুম্মৈ হরাওদা মরক-মরক্তা য়ু থকপদগী হেন্না অতৈ মতমদা থক্লমদবনি। হৌজিক্তি নুংতিগী থক্লক্লে। য়ু থক্লবদি লৈবা

ঙমশিল্লক্লে। য়ু থকমনবদগী মমাই কামখৎপা হৌরক্লে। মহাক্কী নুপীগা নে-না তানা ৱারী শান্নরক্তবা কুইরক্লে। রাকেশকী লমচৎ-শাজৎ অসি চুমথোক্লবা মনিহলনা কন্না হোৎনরম্মী। অদুবু অরেম্বদা তাদুনা তোক্লম্মী। নিংথিনা ঙাংনবা য়ারক্তবদগী মনিহলসু ৱা ঙাংদবা হৌরক্লে।

রাকেশনা লৈরিবা ভরাগী য়ুম অসিদা মীওই কয়া অমসু তোঙান-তোঙানবা লমদগী লাক্লুনা লৈরি। কুইনা লৈমিন্নরকপদগী কনানা করি তৌরি, কনাগী পুন্সিদা অওনবা লাক্লিবগে হায়বা লোইনা নৎত্রগসু খরা খরদি খঙনবা ঙাক্তনি। ভরাগী য়ুম অসিমক্তদা য়ুম্বু সুরেন্দ্রসু লৈরি। মহাক নুপী অনী লোল্লি। মীয়ামগী মীৎয়েদা নুপী অনীমক নুংশি চান্নরা লৈবা ওইনা উৱি।

নোংমা রাকেশনা ওফিস কাখিঙৈদা সুরেন্দ্র মনিহলগী মনাক্তা লাকখি। রাকেশকা তোইনা খৎন-চৈনবগী মরমদা হংলম্মী। মপুরোইবা রাকেশকী মফমদা ৱারৌনা, পেন্দনা লৈরকপী মনিহলনি। মহাক্কী নুংঙাইতবা অদু কনাদসু ফোঙদোকচনবগী তাঞ্জা ফংলমদে। মনিহলনা মহাক্কী অৱাবা অদু খঙবীবা মীশক অমনি খন্দুনা মহাক্কী পেন্দবা, নুংঙাইতবা পুম্নমক অমত্তা চিখদনা তম্লম্মী। সুরেন্দ্রনা ভরাগী য়ুমদুগী য়ুম্বু ওইবগী মথক্তা য়ুমলোন্নবা অমা ওইনা মনিহলগী অৱাবা অদু হংবীরবা অদুদা মনিহলগী অৱাবা অদু খরা য়াংবগুম খল্লম্মী। সুরেন্দনা রাকেশ অমদি মনিহলগী মরক্তা তপ্না তপ্না লাপথোরক্লিবা মরী অদু নিংথিনা হান্নদগী খঙলর্বনি। অদুম ওইনমক মনিহলগী মনাক্তা চংলকপা য়ানবগী তাঞ্জা অমা লৌরকপনি। মতুংদা মরম অমা নৎত্রগা অমা লৈহন্দুনা সুরেন্দ্রনা মনিহলগী মনাক্তা লাকপা হৌরকখি।

নোংমসু মীরক-তাল্লক য়েংলগা সুরেন্দ্র মনিহলগী মনাক্তা লাকখি। থোঙজিল মপালদা লেপ্তুনা রাকেশকী মরমদা হংলরে,

- রাকেশতি কমদৌরি ?
- তাদা, হান্না হান্নগীদু মঙাই।

মনিহলনা মোরা অমা পুথোক্তুনা মখা তারকই,

- ফিদা শোমদা লেংশিনবীয়ু।

সুরেন্দ্র চংশিল্লক্তুনা ফমই। কৌশিল্লকপা ঙাইদুনা মপান্দা লেপ্তুনা লৈরম্বনি। মনিহলনা মখা তারকই,

- ফনা কন্না য়ুদু নুংতিগী থকপদু তৌবীরনু হায়জবনি। হায়মন্দুনা হৌজিক্তি চোকথরে।

- ইবেম্মা, নংদি খরা ৱাবা তারেদো। অদুবু নংদি নহা য়াম্না ওইরি।

- তাদা, নহা ওইদুনা কেদৌনি? হৌজিক্তি ইচা অনীসু লৈরে। মাগা লৈমিন্নবসি চাসি মরু হুন্দোকসি মতোং হায়বদু তারবনি।

- অদুক ৱানা লৈদৌ শরুক লম্বী অমা য়েংহৌরোদনা?

- হৌজিকপু কনানা পাম্বীগদোইনো?

- ইবেম্মনবু পান্নবদি মী য়াম্না লৈনি।

- তোক্লসিদা তাদা। ৱারিসি অমরোমদা চৎস্ত্রে।

- ফরে ফরে, মুন্না খঙ্গৌ ঐখোয়সু ফত্তবা মীদি নত্তেহে।

সুরেন্দ্র চৎস্ত্রে। মনিহল ৱাখল চরাংননা লৈহৌই।

রাকেশকা মনিহলগা অথেঙবদা হেক হেক খৎন-চৈনরম্বদু তাখিদ্রে। তশেংবদি ঙ্গান তান্নরকপদগী নত্তে। মনিহলনা তুমিন্না লৈখিবনি। রাকেশতি মহৌশাগী মহৌশানি। মখোয় অনীগী মরী তপ্না তপ্না অসুম লাপথোরক্লি। অমরোমদা সুরেন্দ্র অমদি মনিহলগী মরী তপ্না তপ্না নকশিল্লক্লে। অহানবদা য়ুম্বু অমদি মাগী ভরাগী কাদা লৈবা মীগী মরী ওইরম্বনি। হৌজিক্তি অমনা অমবু উরগা ৱারী শারগা অৱা পোত্থাফম ওইরক্লে। অমনা অমবু নোংমতা উহৌদবদা অৱাবা হায়বদু ওইরক্লে। য়ুম্লোন-কৈরোন্নবা কয়াগী মফমদদি মিৎ নাবা হায়বদু ওইরক্লে। করিগুম্বদা রাকেশনা অহিংদা দ্যুতি তাবদগী হল্লক্তবসু য়াওরম্মী। মতম কয়া রাকেশনা ৱারী শাবা হৌরকপগী পাউখুমতমক মনিহলনা পীদুনা লাকপনি। ঙসিদি ইথা থাজদনা নুংশিনা হংলকখি,

- মোই পাবুং, অহিংদা দ্যুতি তাগদবা লৈরবদি খঙহনবীরম্মু।

- করিগীনো?

- হল্লক্লোইদবা লৈরবদি চাক তানা থোংগনি। চাক চজিক ওইনা মাঙদুনা

তোকপসু তৌররোইদনা। খরা ঙন্না পোখাগে হায়বসু য়ারে। মোই পাবুং হল্লকখিনি খন্দুনা থোঙ লোন্দনা থম্বসু নুংঙাইতে। হল্লকখিনি খন্দুনা ৱানা হেক হেক ঙাইরগা হল্লক্কবা কয়ানি।

হায়গে হায়গে। নঙদা ইংনা লৈয়ু।

রাকেশ চৎখ্রে। ঙসি মনিহলনা ৱারী শাবা হৌরকপদুদা মনিহলনা মহাকপু নুংশিরি হায়না লৌরম্মী। মনিহলনা মতম কুইনা ৱা কয়া ঙাংদনা লাকখিবা অদুদি ওইনজরিবনি হায়না খল্লম্মী। মহাক্না ওফিসতা অহিংগী দ্যুতি তাখিবা নুমিৎতা মহাক্কী ইমুংদা কনানা দ্যুতি তাহৌগদবা হায়বদুদি রাকেশনা খঙলমদে।

নোংমা তোলব ফংবা নুমিৎনি। রাকেশনা ওফিস ছুটি ওইবগা থোরক্কুনা চাউরবা পোরোম অমা লৈরগা হল্লকখি। ময়ুম য়ৌরকপদা মচানুপী তম্ফা কপ্পুনা লৈরম্মী। মবুং থোইথোইনা কপ্পা থেমদুনা লৈরম্মী। মনিহলদি লৈরমদে। মচানুপা থোইথোইদা রাকেশনা হংলমই,

- ইবুংঙো, ইচা তম্ফা কপ্লিদি কৈদৌরে ? নমাদি লৈত্রা ?

তাঞ্জা অদুদা নাকলদগী সুরেন্দ্রগী নুপী অতোনবী পরপ-পরপ চংলক্কুনা হায়রকই,

- ইবুংঙো, রাকেশ ! ইনাওদি ঐখোয়গী কাদা লৈবীরগা য়ুমসু কাইহল্লগে খল্লেনে ? নয়ুম পাল্লগা নুপীবু হন্না য়েংদবদগী হৌজিক্তি করি থোকএ ? ফরেনে।

- করিনো ইতৈমনা হায়বীরিবসিবো ? ঐ ভাব তাদ্রে।

- তারোইয়ে, নংদি তারোইয়ে। মনিহল হায়বী লমচৎ নাইদবীদু মীনা হায়নবা নয়াম্বদুনা পুদুনা চৎখ্রে। ফরেনে হৌজিক্তি ?

রাকেশ তুম্লুবদগী অহৌবা অখাক-অরাউ লাকপদা মীকপ খঙথোক থোক্লপগুমই। মখুৎনা য়ান্দুনা পুরকপা পোরোম অদু চেরং খাউগা লোয়ননা লৈমায়দা নানথদুনা তাখিরম্মী। মচা তম্ফানা মপা উরগা চেনশিন্দুনা কপ্না কপ্না কোনশিল্লমই। মচানা কপ্পুনা কোল্লিবদু মহাক্তি খঙলমদে। ঙাইহাক লৈরগা ভাব তারক্কুনা মচাবু চেৎনা কোনখৎলমই । অদুগা ফমুংদা ফমথরমই।

থা খরগী মমাংদগী মনিহলনা মহাক্লা থেঙনা হনজিল্লকপা খুদিংদা ইশৌ লাংলম্বদগী তুমিন্না লৈখিবা, মচাশিংগী, ইমুংগী ব্বারী হেক হেক হৌদোক্তুনা শারম্বদগী লেপখিবা পুম্নমক তপ্না তপ্না রাকেশ ভাব তারক্লে। থেঙলবা অহিং কয়াদা মনিহলনা মহাকপু তুমদবমখৈ ঙাইদুনা লৈরমখি। মতম অদুদা রাকেশ য়ুগী নিশাদা লুপ্তুনা হনজিল্লকখি। মতম অদুদা মহাক্লা খনখি, মনিহলগীদমক মহাক্লা ঙম্বমখৈ তৌরি। চাবা থকপা ব্বাৎহন্দ্রি। দরকার ওইবা শেল মখুত্তা শিন্নরি। মশাগী অপাম্বা ফি-রোল লৈহন্দুনা শেৎ চাহল্লি। মসিদগী হেনবা নুপা অমনা মাগী নুপীগীদমক তৌবা য়াবা থবক অমা লৈত্রে। ঙসিদতা মহাক ভাব তারক্লে। লন-থুম খক্তনা মী অমবু মনীং থুংহনবা ঙমদে। পুক্নিংগী শান্তিসু ফংহনবা তাই। পুক্নিংগী ওইবা অপাম্বা, খৌরাংবা কোকহল্লবতা পুক্নিংগী শান্তি ফংগনি। মনিহলনা মপুরোইবা অমদগী ফংফম থোকপা অপাম্বা অদু ফংখিদে। মহাক্কী অপাম্বা অদু রাকেশনা খঙবা ঙমখিদে। ঙসিদি মতম অদু নাম্থোকপ্রে। মহাক্লা মিকপ থোক্লকপদা মনিহলদি চৎখিরমলে।

মার্চ ২৮, ২০০৯।

# নঙবুদি ঐনা কাউবা ঙম্লোই

নোং হেক ঙাল্লকপদগী অয়ানবা উজাউশিং মথং মথং চিংথোকপদা লিনপু ব্রাবনা নুংশা থবেৎ থবেৎ হোল্লি। মমান্নবা খরগা ইরোই অহুমগী মতেংনা ব্রানা হোৎনদুনা উশিং অসি চিংথোরকপনি। চীংগী উরক্তগী উজাউশিং অসি চিংথোরকপা তরাই তরাইবা থবক নত্তে। মিকুপ অমতং চেকশিনহৌদবদা উনা নন্দুনা থৱাই মাঙবা নৎত্রগা পুন্সি চুপ্পা শোইনাইদুনা লেনবা য়াবা মফম কয়ানি। অদুগা থবক মতেং পাংলিবা ইরোই অসিসু মাঙবা য়ারিবনি। চীংগী অতোং-অকুৎ মরক্তগী শক্তিমান গাড়ী চঙলকপা য়াবা মফম ফাওবা চিংথোরক্লিবনি। গাড়ী লাক্লগা গাড়ীদা অমুক হাপকৎকদৌরিবনি। নুমিৎ চপ-য়ুংখৎলক্লে। থেঙলে হায়দুনা চাক চাফমদা হন্নরক্লে।

লিনপু গেলমোন খুন্দগীনি। মসিদা লাক্তুনা উ চিংবা য়াওরবা থা মরি মঙা শুরক্লে। মরক মরক্তা ময়ুমদা হেক হেক চৎলি। লম্বী-থোং ফত্তবনা নুমিৎ খুদিংগী চৎপা ঙমদে। অয়ুক লৌরাং অমা চংই। হঙ্গৎ হন্দা চৎপদা অদুমক নুমিৎ কোন্নে। গেলমোন খুন ময়াই ওইরপ্পা চাউবা খুননি। মফম অসি ঈশিং-নুংশিৎ ফবা মরম্না লৈবা নুংঙাই। অৱাংবা চীংদা লৈবা খুন ওইবনা অকোইবদা লৈবা দৃশ্যশিং মিৎ পেন্না য়েংবা ফংই। খোংশাই কাঙলুপ্পা নম্না তাবা খুন অসিদা করিগুম্বা থৌদোক অমা থোকপদা য়ুমথোং খুদিংদা পাউ হেক্তা য়ৌই। কনাগীদা করি থোক্লি হায়বা হেক্তা খঙনৈ। খুনসিগী অৱাৎপা অমত্তংদি লম্বী -থোং ফত্তবা অসিনি। চুড়াচান্দপুর বজারদগী কিলোমিটর তরা ফানা লাপত্রবসু গাড়ী চেনদবনা চথোক চৎশিন্দা অৱাবগী মশক্লি।

চাক চারিঙৈদা গাড়ী দ্রাইভর লাকতুনা হায়রকই,

- লিনপু, চোংবোই মশা ঙমদবা ঙসি হুম্নি শুরে। ঙরাং নখোয়গী খুন্দা উ চিংবা চৎপদা হায়রকপনি।

- য়াম্না কন্না ঙমদবরা ?

- কন্না ঙমদবা মাল্লি। ঙসি গাড়ী থোকপদা বজার ফাওবা য়াওহৌরো।

লিনপুগী মিৎতা মাগী নুপী চোংবোই উরকই। য়ুমদা মমাগা মচলনুপীগা মখোয় অহুমদনি লৈহৌবা। মনাওনুপাদি ইম্ফালদা লাইরিক তম্বগী লৈখি। মহাক্কী খুন য়ৌবদা নুমিৎ শোইদনা তারগনি। হয়েংমক সিভিল হোসপিটালদা পুখৎতুনা য়েংহনগে খল্লি।

লিনপু চোংবোইগী মরমদা খন্না খন্না লাকপনা নুমিদাংদা ময়ুম য়ৌরক্লে। চোংবোইগী মনাক্তা পরপ পরপ চংশিল্লুই। চোংবোই মেলেরিয়ানা নাদুনা ফমুংদা থক থক নিক্তুনা লৈরম্মী। মচিন্দা লিনপুবু শোন-শোন্দুনা নাহেরমই। লিনপুনা চোংবোইদা হায়রমই,

- চোংবোই, ঐ লাক্লে। নঙদি নশা য়াম্না কন্না ঙল্লমদ্রেনা ?

- উম, ঐ য়াম্না ব্বারে।

- হয়েং নঙবু শোইদনা সিবিল হোসপিটালদা পুদুনা য়েংহনগনি।

- হয়েং ঐবু করম্না পুগনি ?

- মদুগীদমক্তা নঙ করিসু ব্বারুনু। হয়েং বজার থোক্কদবা উ চিংবা গাড়ী লৈবরা য়েংগে। ফংদ্রগনা সাইকলদা ইন্দুনা পুগনি।

- খুন্থক্কী কাকাদগী হিদাক খরা লৌরগা চাবনি। হৌজিক্তি লোইখ্রে। ঐ হিংগনি হায়বা থাজদ্রবনি। নঙ লাকপা ব্বানা ঙাইরকপনি।

- নঙ করিসু তৌরোইদা। হয়েং ডাক্তরদা য়েংহল্লগা শোইদনা ফরগদবনি। করি চানিংই ?

- করিসু চানিংদে।

- করি তৌরকউগে ?

- হকচাং অসি নাবনা খাঙবা ব্বারে। অমুক্তা নানবীরক্কেরা ?

লিনপুনা চোংবোইবু নানবীরম্মী। মহাক্না চোংবোইবু চহি অনীগী মমাংদা লুহোংদুনা লৌরকপনি। লিনপুগী মমা-মপানা ময়ুমদগী মচাক-মথুম পুদুনা চৎলগা চোংবোইগী য়ুমদা চা লোন্দুনা চোংবোইগী ইমুং-মনুংবু

পীথকখি। অদুগা চোংবোইবু মমৌ ওইজগে, মচানুপীগুম লুনা তৌবীগনি হায়দুনা হায়না-শিংনরগা মখোয় অনী লুহোংলকপনি।

নোং ঙানবগা চঙাং অমা থল্লগা চোংবোইবু পোদুনা লিনপু হোসপিটালগীদমক খোঙশাল্লকখি। সাইকলদা পুনবা থৌরাং তৌরম্বনি। অদুবু চোংবোইগী অনাবা হেনজিল্লকপদগী সাইকলদা ফম্বা ঙম্লমদে। ঙাইহাক ঙাইহাক পোত্থাদুনা লাকপনা নুমিৎ য়ুংখৎলকপা মতমদা হোসপিটালদা থুংলম্মী। মতম অদুদা চোংবোইগী ফিভমদি য়াম্না হেন্না শোকচিল্লমই। ব্রা-লাঙ ঙাংবা ঙম্লমদে। কন্না নাহেদুনা লৈরম্মী।

ঙাইহাক ঙাইনরবা মতুংদা ডাক্তর লাক্তুনা চোংবোইবু য়েংলমই। হিদাক লৈরুনবা লিনপুদা হায়রল্লগা থোকখিরম্মী। লিনপুনা চোংবোইগী মখুৎ পাইদুনা হায়রমই,

- চোংবোই, ঐ হিদাক লৈরুখিগে। নঙ হিদাক চারগা ফরনিয়ে।

চোংবোইনা লিনপুগী মখুৎ পাইশিল্লগা থল্লম্মী। লিনপুনা মখুৎ অদু তপ্পা থাদোকহন্দুনা হিদাক লৈবা চেন্না চেন্না চৎখিরমই।

চোংবোই নাহেবা লেপ্লমদে। শ্বর হোনবদা ইফুন ফুনবগুম য়াম্না ব্রানা হোনবা হৌরক্লমই। লিনপু হিদাক পুদুনা লাক্লে। চোংবোই নাহেবগী খোঞ্জেল অসুম অসুম তপথরক্লম্মী। মদু ফগৎলকপদি নৎলমদে। মুৎলমদাইগী থাউমৈনা ঙানবগুম্বনি। মহাক শ্বর শাংনা হোনবা হৌরক্লমই। ঙাইহাক লৈরগা অরোইবা শ্বর অমা শাংনা হোল্লল্লগা চপ লেপখিরমই। লিনপু পুম্নমক অদু মিৎ কুপ্তবমখৈ য়েংলমই। চোংবোইবু চেৎনা কোনশিন্দুনা খোঞ্জেল নিক্লা কৌরমই, " চোংবোই !" মহাক্কী মিৎলুদগী পিরাং শিন্থরকখি। মহাক্কী খোঞ্জেল অদু তাবদা মনাক নকপদা লৈরম্বা মীওই পুম্নমক মঙোন্দা ওনশিল্লক্লমই।

হৌজিক্তি মহাক য়ুমদা হনবা নত্তনা করি অমুক তৌরুনি? শাংলবা অতোং-অকুৎ নাইরবা চীং লম্বী অদুদা চোংবোইবু অমুক পুদুনা হনবা তারি। অয়ুক অঙনবদা চাঙাং অমা থল্লকপদগী ময়াদা ঈশিং মরিক অমফাওবা

তারক্লিবনি। চুড়াচান্দপুর বজারদা লৈবা মমান্নবা অমদগী সাইকল লৌরুদুনা চোংবোইবু পুনবা শেম শারমই। বোরা খাউ অমদা হাপচিন্দুনা চেংনা পুনশিল্লম্মী। সাইকলদা বোরা খাউ অদু হাপ্লগা তপ্লা তপ্লা হোসপিটালদগী ইস্থোরকই। অদুগা হায়রকই,

- চোংবোই, নঙবু ঐনা কনবা ঙমদ্রে। নঙদি ঐগী শুমাঙ মতোন্দা লৈরোন চনগনি। নুংতিগী নঙবু য়েংদুনা লৈগনি। নঙবু মতম চানা লায়েংহনবা ঙমদে হায়দুনা ঐবু ঋারৌগনু। নঙবুদি ঐনা কাউবা ঙম্লোই।

এপ্রিল ১০, ২০০৯।

# লুপা মণ্ডা

নুমিৎ য়ুংখৎলক্লে । লৌবুক্তা লৌরাং শুরম্বা, লৌ লিংলম্বা খুনজা পুন্নমক থবক থাদুনা ময়ুম মাইকৈ পাংনরক্লে। ঙসাইমখৈ কোইনা চৎতুনা থরোই খুল্লম্বী তোম্বীঙৌসু ময়াম্না ময়ুমদা হন্নবদু উবদা হন্নবা থৌরাং তৌরক্লে। অয়ুক অঙনবদগী লৌবুক্তা কুন্নকপনি। খাউ মচা অমা থনকোক তৌনা থরোই খুল্লদুনা মচিল চেৎনা পুনশিল্লগা মকোক্তা থোংগৎতুনা হল্লক্লে।

নহা ওইরিঙৈদদি মহাকসু খুৎলং চৎতুনা য়াম্না কন্না শূ-নোমদুনা হিংলকপনি। মশাগী চহি ৭০ শুরক্লবা মতমসিদি মহাকপু খুৎলং চৎনবা কনানসু হায়বিদ্রে। লৌ-শিং পানবা মতমদা থরোই খুন্দুনা ঙা ফাদুনা য়োল্লগা হিংনবা হোৎনরি। লৌ-শিং পানবা লোইশিল্লকপা থরোই খুনফম ঙা ফাফম লৈরক্রবা মতমদদি অৱাবা ওইরম্মী। মাবু নুংশিবীবা ইমুং কয়াদা চৎতুনা য়ুমগী থবক ইন্‌খাং শূবা হেক হেক চৎলমই। করি করিগুম্বদা মীগী ৱাই শিৎপা, ইংখোলগী নাপী শেংদোকপা, কোল-লিক ফেংবা, ৱাই তৈবনচিংবা তৌরমই। মহাক্কী চহি মতাং অসিদা কনাগুম্বগী ইমুংদা ওইরল্লবদি মচা মশুশিংগী কুম্মৈ য়েংদুনা পোত্থাদুনা লৈরগদবনি। অদুবু মহাক্কীদি কদাই ? মহাক মথন্তনি। মহাক্কী কনাসু লৈতে। মহাক্না কোইনা চৎতুনা নোংমগী চারা তান্নবা হোৎনদ্রবদি কনানা চানবা পিবীগনি ? পুন্নমক মহাক্না শূ-নোমজদুনা হোৎনজবা তাবনি।

মহাক্কীসু লৈরমই মপুরোইবা অমদি মচা। পুন্নমক মহাকপু থাদোক্লল্লগা চৎখ্রে। মহাকপু পাক চাউরবা সংসার অসিদা মথন্তা থম্বীরল্লে। তোম্বীঙৌগী মপুরোইবনা লৈখিদবা মতম অদুদগী মচানুপা নরেন্দ্রগা মখোয় অনীদমক তরক তরক হিংবা হৌরকখি। নরেন্দ্র পাখণ্ড ফারক্লম্মী। মহাক শূ-নোমদুনা মমাবু মতেং পাংগে হায়বগী ৱাখল লৈরমদে। নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা কোইচৎ চৎতুনা লৈরমই। খুলগী নহা খরগা করিগুম্বদা কৈথেলদা, করিগুম্বদা খোঙনাং মখোঙদা ফমদুনা, লমজাও সরক্তা চাদুনা লৈথোক্লম্মী।

পিল্লিরৈঙদগী হৌনা অমত্তা পোকপা মচানি হায়দুনা মমা মপানা মঙোন্দা অকনবা ব্রাহে অমত্তা হায়রমদে। মচাগী অপাম্বতা তৌহল্লম্মী। নরেন্দ্র য়ু, গঙ্গা, গুলিনচিংবা অমত্তা থারমদে। নিশা খুদিংমক চারমই। নিশা চানবা শেলনা মমা মপাদগী লৌরমই। মপা লৈখিদবদগী মহাক্কী খরচ পুম্নমক মমানা হুল্লম্মী। মমানা পীদ্রগনা ইমুংগী পোৎ -চৈ য়েপ্পুনা পুরক্লগা য়োম্ছোক্তুনা নিশা চারমই। মমৈদদি য়ু থক্ত্রবদি লৈবা ঙমদবা মীশক অমা ওইরকখি। মহাক্লা হনজিল্লকপদা চাক লোইরমদবা তাঙ্গা থোক্লবদি মমাদা অকনবা ব্রাহে-ব্রাতা শীজিন্নদুনা ঙাংলমই। করিগুম্বদা মমাদা খুৎ থাবা ফাওবা য়াওরমই। মচাবু নুংশিনা তৌনিংবতা তৌহনদুনা নোংমতা অথিংবা য়াওদনা চাউনবা য়োক্লপগী মহে ফংলে। মচা চাউরগা মহে চাগনি হায়দুনা য়োক্লকপনি। মচা চাউবা ঙাইরকপনি। ঙসিদি মচা চাউরক্লে, মপুং-মরৈ ফারক্লে। মমানা মচাগী মফমদা থমখিবা আশানা কদোমদা, মচানা কদোমদা থুংলক্লবা ?

মতম অমদা তোম্বীঙৌবু নুংশিবীবা কয়ানা মচা অসি নিশা চাদুনা মাঙগদৌরে, মতম চারিঙৈদা ব্রারক-ব্রাতেমহৌদুনা থিংহৌনবা হায়বীবা য়াওরকখি। মতমদুদা তোম্বীঙৌনা ব্রাখল খম্বদদুনা মচাবু নিশা চাই হায়না করিগী পাউথোকপিরিবনো হায়না ময়ুমদা চৎতুনা ব্রাফংনখি। মচাগী ফত্তবা পাউ মীনা হায়রবদা অমত্তা মহাক্লা লৌরুবা লৈতে। অহোইনদুম পাউ হায়বীররিবা অদুগা খৎন-চৈনবতা ওইরমই।

নোংমা নরেন্দ্র য়ু থকচিল্লগা লম্বী থুংনা হাইর হাইরদুনা য়ুমদা হনজিল্লকখি। মচাবু উরগা তোম্বীঙৌনা কোনশিন্দুনা ইমুংদা পুশিল্লমই। মচাবু পিজনবা চাক-ইনছাং পুথোরক্লমই। নরেন্দ্রদি ব্রা-লাঙ অমত্তা ঙাংদনা ফমুংদা চুমদ্রি চংশ্লে। মমানা চাক চানবা হায়বগা অমত্তা তারমদে। হায়বদা খুম্মল্লক্তবদগী তোম্বীঙৌসু তুমিন্না ফমুংদা চংশ্লে। নুমিৎ অদুদা তুমথখিবদগী নরেন্দ্র অমুক হন্না হৌগৎলকখিদ্রে। নুমিৎ অদুদগী তোম্বীঙৌ মথস্ত নাইতোম তানা হিংবা হৌরকখি ।

তোম্বীঙৌ ময়ুম য়ৌবগা থরোই খাউ অদু থাদুনা চাক থোংনবা ঈরুজরম্মী। ইরোম্দুনা চানবা আলু অনীখক ঙারি খরগা চাক্তা হাপচিন্দুনা

থাংগৎলে। শম্পোৎ খোইফমদগী ফারকপা ফাবৌ-ঙা খরা ঙৌদুনা চাগে তৌবদা থাউ লৈরমদে। চাক য়াইশিন্দুনা থন্নন্নগা মোমপাক মখাদগী লুপা মঙা চৎপী শেল ময়েক অমা পুদুনা থাউ লৈবা থোরকই। লৈরক মচিন্দা ফোপ হাদুনা শাবা দুকান অমখক লৈ। তোম্বীঙৌ পরপ পরপ লাক্নুনা লুপা অমগী বেরী অদুগা লুপা মরিগী অচাথাউ লৈরমই। পৈশা পিগে হায়দুনা মখুৎ তিংথোরকপদা খুরক্তগী নাম্বুদুনা তাখিরমই। অদুগা উবাক অনীগী কারক্তা চংখিরমই। তোম্বীঙৌনা থিবা য়াবা থিরমই। অদুবু ফংবা কৌবা লৈরমদে। মমৈদা তোম্বীঙৌনা দুকান মপু সনাজাউবীদা হায়রকই,

- ইবেম্মা, পৈশা নাম্বুদুনা তাখিবদগী থিবা খঙদ্রে। নুমিদাং কৈথেলদগী হল্লক্লগা পীরগে।

- ইনে, নুমিদাং ওইনা লৌবিরোনে।

- ইবেম্মা, শোয়দনা পীগে। নুমিদাং থরোই য়োল্লগা পীগে। থাউগা বেরীগসি পীবীরো।

- ইনে, কোন্না পৈশা লৈরগা লৌবীরো।

অসি হায়দুনা হানজিল্লুরবা অচাথাউ অদু তিন্দা অমুক হৈজিনখিরমই। তোম্বীঙৌ উপাই লৈরমদে। অদুনা তপ্লপ্না হায়রকই,

- ফরে, ফরে। লিক্লিদু পীবীরো।

তোম্বীঙৌ অচাথাউ লিক্লি অহাংবদু পুরদুনা দুকান্দগী তপ্না তপ্না থোরকখি।

এপ্রিল ১৬, ২০০৯।

# অৱায়বা মৌ

মহিপালপুরগী ভরাগী কা অমদা প্রিয়ানা লৈরকপা চহি অমা ফারক্লে। থবক থিবা ওইনা মহাক দিল্লীদা লাকপনি। নোর্থ দিল্লীদা লৈবা ক্লিনিক অমদা চহি অহুমলোম থবক তৌরম্লবা মতুংদা মফম অসিদা লৈবা লন্নাই হোসপিটাল অমদা হোংলকখিবনি।

প্রিয়া মশক মতৌ চঙখোল্লি, চুং ফিরাল চাই। নর্সকী ট্রেনিং ফংলবা মতুংদা সরকারগী ওইরবসু লনাইগী ওইরবসু থবক অমা তৌবা পাম্লম্মী। মমা মপানদি মহাকপু লাপ্না থবক তৌহনবা পাম্লমদে। মহাকপু মযুম-মকৈ পালহনবা পাম্লম্মী। মমা মপানা মহাকপু মযুম পালহন্নবা নুপা অমগা হায়না শিংনবা ফাওবা হৌরুরবনি। প্রিয়ানা য়াদবদগী তোকখিবনি। থা মঙা-তরুক লৈরগা মযুমদা হেক হেক চৎলম্মী। মযুমদা ছুটি লৌদুনা থোকপা খুদিংদা মমা মপানা মযুম পান্নবা থেল্লমই। অদুবু প্রিয়ানা য়াদদুনা তোক্লম্মী।

প্রিয়ানা মহিপালপুরদা হোংলকপা নুমিৎতা তরুনগা অহানবা ওইনা থেংনরমই। তরুন রোহতক্তগীনি। মহাক দিল্লীদা থবক অমগী লাকপদা প্রিয়াগা থেংনরুবনি। প্রিয়াগী নিংথিরবা মায়থোংনা তরুনবু শুমহৎলম্মী। মহাক্কী ইরাং পুরবা মিৎয়েংগী ঈরৈদা তরুন ঈরাক্লরমই। নুমিৎ অদুদা তরুন্না প্রিয়াবু অনৌবা ভরাগী কা ফাওবা থিল্লক্লমই।

তরুন প্রাইভেট কম্পনি অমদা থবক তৌরমই। মহাক্না প্রিয়াবু লুহোংবা পাম্লমই। অদুনা নোংমা ৱাফম অসি প্রিয়াদা হৌদোক্লম্মী,

- প্রিয়া, ঐখোয় অনী লুহোংনবা তৌরসি। নহাক্কী করি মত লৈবগে ?
- ঐসু ৱাফম অদু খল্লিবনি। ঐদি থবক তৌদনা লৈবদি হৈনরোই। সরকারগী নৎত্রগা লনাই ওইরবসু থবক অমদি তৌবা পাম্মী। থবক তৌবা পাম্বদগী ঐ মফম অসিদা লাকখিবনি।
- মদুদা ঐ য়ানিংদবা করিসু লৈতে। নহাক্কী অপাম্বদু অদুম তৌ য়াই। থবক অমা তৌবা হায়বসি য়াম্না ফৈ।

-     ৱাফম অমনা ঐগী ইমা পাবুংনদি য়ারক্লোই।

-     নহাক্লা য়ারবদি করিসু কাইদে। হৌজিক্কী মোর্ডন সোসাইটি অসিদা অহল-লমন খক্তদা শিন্নবা চুমদে।

-     অউনপোৎকী ৱাফমদি - ?

-     করিগী অউনপোৎনো ? ঐ অউনপোৎ পামদে। ঐনা পাম্বদি নুংশিবদুনি।

-     অশেংবগী ?

-     অশেংবগী।

নোংমা প্রিয়ানা মমাগী মফমদা তরুনগা লুহোংনবগী ৱাফম খঙহল্লম্মী। মমা মপানা য়াম্না কন্না য়ারমদে। মখোয়না হায়ন-শিংনবা নুপাদা লুহোংনবা খঙহল্লম্মী। নুমিৎ অদুদগী প্রিয়ানা মমা মপাগী মফমদা লুহোংনবগী ৱাফম অমুক হন্না হৌদোক্লমদে।

মমান্নবগী লুহোংবা অমা য়াওরুরবা মতুংদা নোংমা তরুন প্রিয়াগী মনাক্তা চংলকখি। মতম অদু প্রিয়া দ্যুতি লোইরগা হল্লকপদা ঙাইরি। য়াম্না চোকথনা য়ৌরক্তুনা ঙাইহাক পোত্থারগা চাক থোংগে হায়না থৌরাং তৌরমই। মতম অদুদা তরুন চংলকখি। অদুগা হায়রকই,

-     প্রিয়া, চাক চারবরা ?

-     চাদ্রি, ইথা থাজদনা কমদৌনা য়ৌরকইবনো ?

-     লুহোংবা অমা য়াওরুরগা লাকপনি।

-     ঐসু হৌজিক্তা হল্লকপদা ঙাইরি। ঙসিদি ৱাবনা লোইরে।

-     ৱাদনবা ঐখোয়দা লৈরসিদনা ?

-     নখোয়দা লৈরবদি ৱাবা ফগদরা ?

-     নঙনা থবক হল্লকপদা চাক লোইদুনা লৈরমগনিদনা ?

-     নঙনা থোংদোইরা ?

-     ইমাহোইনা, ইচলনুপীহোইনা থোংগনি। মখোয় লৈত্রগনা ঐনা থোংবা তারেদনা মমৌ ইবেম্মগীদমক।

- অওইবগীরো ?
- অওইবগীনিনে। থবক চৎপা য়াম্না ৱারগা থবক থাদোক্লো। ঐগী য়ুমদা নুংঙাইনা লৈররো।
- অশেংবগী ঐবু নুংঙাইনা থম্বীগদরা ?
- য়াম্না নুংঙাইনা রানী অমা ওইনা থম্বীগনি।
- অদুদি নঙনা নিংথৌ তারেদনা ?
- নৎত্রবদি করিনো ?

নুমিৎ অদুদগী হৌনা মরক মরক্তা তরুন প্রিয়াগী মনাক্তা লাক্লম্মী। অদুগা অহিং লেক্লগা হেক হেক হনখিরম্মী। য়ুম্লোন-কৈরোন্নবনা মমিৎ খানা খানা য়েংবা য়াওরম্মী। কনাগুম্বনা হংলবা য়াওরগনা লুহোংনবা ৱা তান্নবা লাক্লিবনি, অয়ুক নুংথিলদদি থবক চখোক্লবনিনা নুমিদাং নত্তনা ৱারী শান্নবগী মতম ফংদে হায়না খুল্লমই।

তরুনগী মমা মপানা প্রিয়াবু পাল্লমদে। অদুনা নোংমা মমা-মপাশিংবু খঙহন্দনা প্রিয়া অমসুং তরুন কোর্ট মেরিজ তৌরমই।

থা মরিগী মতুংদনি। নোংমা তরুন্না প্রিয়াদা হায়রমই,

- প্রিয়া, ঐখোয়গী কম্পনি মনাক্তা প্রাইভেট হোসপিটাল অমা শাগৎলক্লে। মসি থাদোক্লগা মদুদা ওইনা তৌরো।
- চহি খরা য়েংখিসি।
- ননাক্তা অসুম লৈনিংই। অদুবু কম্পনীদগী মসি তান্না নুমিৎ খুদিংগী লাকপসু ৱাই।
- অদু ওইরগনা নহাক্কী কম্পনীগী থবক্তু ওইনা থাদোক্লো। দিল্লীদা তৌনবা হোৎনসি। থবক ফংদ্রিবা মতম খরা অদুদি ৱারসু ৱানা খাঙমিন্নসি।
- ঐগী সেলরিসু পংনেম নেম্বা নত্তে। মাঙহন্নিংদদুনা তৌবনি।
- অৱাবা খরদি মাইয়োক্লবা তাবনি। দিল্লীদা থবক্কী অৱাৎপা লৈতে। তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরগা লোইরে। ঐদি হান্নসু হায়জখিবদুনি, থবক তৌদনা লৈবা হৈনদে।

- ফরে অদু ওইরগনা দিল্লী মনুংদা থবক ফংনবা থিবা তারেদনা।

তওাই ফদনা তরুন কম্পনীগী থবক থাদোকপা তারমই। অদুগা নক্লবা মফমদা থবক থিবা হৌরম্মী। তরুনগী বেঙ্ক একাউন্টতা মখোয় অনীগী পৈশা তুংশিল্লম্মী। ওল্লকপা চহিদা কার অমা লৈরগা টেক্সি চেলহনগে হায়না খন্নরম্মী। টেক্সিনা অমদি মখোয় অনীনা তাল্লকপা পৈশানা টেক্সি মশীং হেনগৎহন্নবগী থৌরাংসু খন্নরম্মী।

নোংমা তরুন মহাক্কী ময়ুমদা লৈরিঙৈদা ভারাগী কাদগী প্রিয়াগী ফোন লাকখি।

- ঐ য়ুমদা চৎতবা য়াদবা অমা লৈরে। ইমা য়াম্না কন্না নারে। য়াম্না থুনা হল্লক্লবা হোৎনগে।

- য়ৌবগা ফোন তৌরকউ।

প্রিয়া চৎখিবা নুমিৎ তরানি শুরক্লে। দিল্লীদগী চৎখিবদগী পাউ অমত্তা ফাওনবা ঙল্লমদে। তরুন মহিপালপুরগী ভরাগী কাদা লাক্লম্মী। প্রিয়াগী কা অদুদা নুপা অমা লৈরম্মী। তরুন্না হংলমই,

- প্রিয়া লৈবরা ?

- প্রিয়া হায়বদি ?

- কা অসিদা লৈবী নর্স অদুবুনি।

- অতোপ্পা কাদা ওইরমগনি। মসিদি ঐগীনি।

মুন্না য়েংশিল্লুবদা প্রিয়াগী মমাঙদা লৈহৌবা পোৎ-চৈ অমত্তা উরমদে। কা ওন্নরবরা হায়দুনা হন্দোক্লুনা য়েংলম্মী। অদুবু কা অদুদি চুল্লম্মী। তরুন য়ুম্বুগী মনাক্তা পরপ পরপ লাক্লম্মী। য়ুম্বুনা তরুনদা হায়রকখি,

- প্রিয়াদি চৎখ্রে।

- কৈদৌঙৈ হল্লককনি হায়রম্বগে ?

- মহাক্তি হল্লক্লরোই। কা থাদোক্লুনা চৎখ্রবনি। অদুনা অনৌবা মী নহালদগী থল্লবনি। নঙগা ৱারী শান্নদ্রা ?

- শান্নে, ময়ুমদা মমা কন্না নাই হায়দুনা চৎখিবনি।

- অদুগা মসিদা করিগী থিবা লাক্লিবনো ? মসিদি ভরাগী কানি। অমনা চৎখিবগা অমা অমুক লৈহনবা তাবনি। (য়ুম্বুনা নোকমি-নোকমি তৌদুনা মখা তারকই।) দিল্লীদদি মাগুম্বী য়াম্না লৈবনি। অমা অমুক থিয়ু ফংজনি। মখোয় অদুনি অব্রায়বা মৌ হায়বদু। কনানা খঙগনি নংনা লৌদ্রিঙৈদা কনাগুম্বা কয়াগী ওইরম্বসু য়াই।

য়ুম্বুগী ব্রাদু তাবদা তরুন ইকাই-নুংশি য়ান্নরম্মী। মহাক্কী বেঙ্ক পাস বুক অমদি চেকবুক অনীমক প্রিয়ানা কা থাদোক্তুনা চৎখিবদগী মফম খঙলমদে। বেঙ্কতা চৎতুনা মহাক্কী একাউন্ট অদু য়েংলুবদা বেলেন্স লুপা চহুমখক্তা য়াওরম্মী। অহেনবা লুপা লাখ অমগা মখায়দি য়াওরমদ্রে। মদু প্রিয়ানা তরুনগী সহি শাদুনা লৌথোকখিবা ওইরম্লে।

প্রিয়ানা হায়রম্বা মহাক্কী লৈফম অদু কোইথি থিদুনা চৎলুবদদি প্রিয়া কৌবী নুপী অমত্তা খুন অদুদা লৈরমদে। মহিপালপুরদা লৈরগা লন্নাই হোসপিটালদা থবক তৌবী নুপীসু অমফাওবা য়াওরমদে। তরুন ভরাগী য়ুম্বুনা হায়খিবা ৱাহৈশিংদু নীংশিংলকই, " মখোয় অদুনি অব্রায়বা মৌ হায়বদু।"

মে ০৬, ২০০৯।

# ইনে লৈহাউগী মরল

ইনে লৈহাউ ঙসাই নুংথিল তাল্লক্তগী মনিহলগী ইমুংদা ফমদুনা ৱারী শারি। মচিল ঙাইহাক্তা তুমিন্না লৈতে। কোম ক্না ময়োম অমদগী মতপ অমা লোইবগা মতপ অমা খাই খাইদুনা চাই। মনিহলদা মতপ অমা লানশিল্লি। করিগুম্বদা লোইশ্রগনা অঙাং থারগা লৈহল্লুই। বেরিসু থক্কল্লি। চৎখোকপদা বেরি মপুন অমগা মৈখেৎকা কয়া থাদে।

মরল মথুম লৈবদা ইনে লৈহাউ হায়রগা খুনগী মীয়াম্না খঙনৈ। তশেংবদি মরলশিং অসি মাম্মা চাউতোন্না উ শুরগা তানজবনি। খুনগী মীওই কয়াদা ইনে লৈহাউগী পৈশা চাইথোক্লুনা লৈ। থা ফারকপগা শেন্দোয় খোম্বা হেক হেক চৎলি। মনিহলনা অচিনবা অমগী শীজিন্ননবা পৈশা খরা ইনে লৈহাউদগী থা তরুক্কী মমাঙদগী লৌখি। ইনেগী য়াম্না ফবা অমনা পৈশা হায়রুবদা হেক্তা পীগল্লি। তৌবতবু শেন্দোয়দি মতম চানা পীদবা য়াদে।

শেৎতোক চাথোরকপদা ইনে য়াম্না পকচৈ। মফি -মরোল তরু-তরুনা শেৎ চাই। মঙক্তা সনাগী লিক, নাদা নায়িন কয়া থাগনদে। কুল্লে-কুচুনি ময়ায় ওইরপ তৌনা ৱাংই। মশা ফুল্লপ তৌনা উই। নোইবা মক্তি নত্তে। নহা ওইরিঙৈদা মশক ফজবদা মমিং হায়ফেৎ লৈরকখিবী ইনেনি। হৌজিকশু চাং পংহন হন্তবা নৎত্রি।

ৱারী অশুম শারম্বদগী থেঙজিল্লক্লে। নুমিদাং চাক চানবা মতম ওইরক্লুনা মনিহলগী ইমুংদা ইনে লৈহাউ চাক চারগা ময়ুমদা হল্লক্লে। থেঙলক্লবা চাক তোক্লবা মতম অদুদা ইনেনা হনজিল্লকপদা মাম্মা চাউতোন ইনেবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। ইনেনা হায়রকই,

ঐদি চাকক্তা করিমত্তা চানিংদ্রে। ঐগীদি থোংলুরনু। মোই মাম্মগীদা থোংবীরো।

- ইথন্তগী ওইরবদি ঐসু থোংলরোইগে।
- হুইদ্রোমগী য়ুম শাবগী পৈশা কয়া ফংলক্লবা ?
- লুপা লিশিং অনীথক ফংলক্লে। শে পায়শিল্লু।

থবক ফরক তাবদগী লোইশিন্নবা হোৎনবদা চাউতোন খরা থেঙখিরম্মী। থবক শুরুবগী বানা হনজিল্লকপনি। য়ুম য়ৌরগা চাক লোইদুনা লৈরমগদ্রা হায়রগা চাক থোংনবা হায়রকপা অদুদদি চাক লাম্বগা কাউখিরম্মী। ঈশিং গ্লাস অমা থক্লগা ফমুং চংলমই। অশুম্না নুমিদাং মীগীদা থবক চৎলুরগা হল্লকপা কয়া চরা হেন্দুনা তোকপা য়াওরম্মী। করিগুম্বদা মশানা থোংদুনা চাঁরবসু করিগুম্বদদি থেঙমন্দুনা চরা হেল্লম্মী। নুমিদাং হনজিল্লকপদা ইনে লৈহাউ লৈরমদে হায়দুনা মখোয় অনীগী চাক থোংলুরবসু মীগীদগী চাশিন্দুনা লাক্লগা চানিংদে হায়জিন্দুনা চাক লেম্বা য়াওরম্মী। চাক লেম্লগনা নোং ঙাল্লগা মাম্মা চাউতোনবু চজিক পিজরম্মী। মহাক্না চাক অশাবা চারম্মী। নোংমা ফাদোক ইনেনা চাক থোংবা নত্তনা অয়াম্বদি মাম্মনা থোংলম্মী। কোল-লিক ফাওবা মাম্মবু ফেংহল্লম্মী।

ইনে লৈহাউ মাম্মা চাউতোন্দা ময়ুম পান্দ্রিঙৈগী মমাঙদা নুপা অমদা ময়ুম পাল্লুরে। চহি খরা লৈমিন্নরবা মতুংদা মত তিন্নদবদগী খাইনরকখিবনি। চহি অমগী মতুংদা মাম্মা চাউতোন্দা ময়ুম পাল্লকখি। থা খরা মাম্মগী য়ুমদা লৈমিন্নরবা মতুংদা ইনেগীদা লাক্তুনা লৈমিন্নরম্মী। ইনে লৈহাউগী মচানুপী অনী পোক্লম্মী। ময়ুম মকৈ লোইনা পানখ্রে। মচাশিংনা য়ুম পানখিবদগী ইনেনা মাম্মবু ইনেনা তৌগদবা থবক-ইনখাং কয়া-চাক থোংবা, কোল-লিক ফেংবনচিংবা থবক কয়া তৌহনবা হৌরক্লম্মী। চাবা থকপা চাং নাইদবনা মাম্মা চাউতোন নোংমা নোংমগী শোনবা হেনজিল্লকখি। নোংমা ইথা থাজদনা মাম্মা চাউতোন নোঙ্গাখিরম্মী। ইনে লৈহাউনা শুমদুনা চাবদগী মাম্মা কংদুনা শিখিবনি হায়না লৈকাই খুনগী মীয়াম্না ঙাংনরম্মী।

নোংমা ইনে লৈহাউ পৈশা অচিনবা অমা লৈরে হায়দুনা মহাক্কী চাইথোক্না লৈখিবা শেনফম কয়া অদু খোমজিনবা হৌরম্মী। শেল তোনবা

ইমুংশিংদা চৎ-চৎতুনা চৎলিবা থা অসিদা শিংদোক্লবা হায়রম্মী। ইনে লৈহাউ পৈশা খোমজিনবদা থবক য়াম্না চিল্লম্মী।

ইনে লৈহাউগী মৌপ্পা নুপা অমা অৱাং খুন্নৌদা লৈ। মহাক্কী মনাক্তা নোংমা ইনেনা চৎতুনা হায়রমই,

- ইবুংঙো, নহাক্কী অসিদা য়ুমফম মচা অমা পীরো। লেমহৌরিবা নচেগী পুন্সি অসি মফমসিদা লেল্লগে হায়না খল্লে। ঐ অসোমদা লৈবা নুংঙাইত্রে।

- করি তৌরবগে ইচে ?

- য়ুল্লোন-কৈরোন্নবশিংগা লৈমিন্নবদা মত অমা ইতিন তিন্নদ্রে। মতম চুপ্পদা ত্রক ত্রক য়েংশিন্দুনা লৈরে।

- ইচেনা লৈগে হায়রবদি লৈয়ু করিসু কাইদে। কদোমদা লৈগে হায়বগে ইচে ?

- ইবুংঙো, অৱাং থংবা লৌবুক্লোম থংবা নাকল অশোমদা ওইনা পীরো।

মচেনা হায়বদুদা ইংখোল মচেৎ অমা পীরম্মী। মী নেক্লদুনা অতেনবা মতমগী মনুংদা ইনেগীদমক য়ুম পিক্তকপা অমা শাহল্লম্মী। য়ুম শাবা লোইরকপগা ইনে মহাক্কী অনৌবা য়ুম অদুদা হোংলকখি। ইনেনা ময়ুম হোংপ্রে তাবদা মচানুপী অনীনা লাক্কুনা মখোয়গীদা লৈরনবা হায়রম্মী। অদুবু ইনেনা মচানুপীগীদা য়েৎপা ওইনা থোক্কনি খন্দুনা য়ারমদে। তশেংবদি ইনেগী মরল-মথুম অদু পাম্বদগী মচানুপী অনীনা মমাবু কোন্দুনা লৈমিন্নবা পাম্বনি। ইনেনা মদুসু খঙলম্মী।

নোংমা ইথা থাজদনা ইনে লৈহাউগী য়ুমদা খুম্বক লৈকাইগী মাম্মা মাঙ্গোলজাও লাকখি। মাম্মা মাঙ্গোলজাও নুপী অনী লোন্দুনা মচা মশুগা লোইননা লৈরিবা নুপানি। নুপী থিববুদি অহুম শুরে। অনীশুবী অদুদি খাইনদুনা মপামদা লৈখ্রে। খুম্বক লৈকাই খক্তা নত্তনা য়ুল্লোন-কৈরোন্নবা খুন ফাওবদা মীয়াম্না কদর হৈবদা, নুপী য়াম্না কোয়বদা হায়নবা মাম্মা

মাঙ্গোলজাওগা ইনেগা করম্না থেংনরকখিবা ? সংসার অসিদা মান্ন-মান্নবা চেক্লাশিং চাক্তামিন্নবা মশানা তাবনি। ইনেগী অনৌবা য়ুমদা অনৌবা য়ুম্বাল অমা হৌরম্মী। ইনেনা য়ুম হোংলকখিবা অসিদি মনুংদা অর্থ য়াম্না লৈরম্মী হায়না লৈকাই খুন্না ঙাংনরম্মী।

মাম্মা মাঙ্গোলজাওদি মাম্মা চাউতোনগা মান্নরমদে। নুপীগী থবক নুপাগী থবক হায়না মচা খাইনা তৌনবা তারম্মী। অয়ুক য়াহৌবগা ইনে লৈহাউ ইমুং-মনুং শেংদোকপা লোইরগা ৱাই নান্না তৈথোক্লম্মী। কোল-লিক ফেংবা লোয়দুনা ঈরুজবা কারক্লগা লাই খুরুম্লম্মী। চাঙাং হাওনা লোন্দুনা মাম্মদা পিরম্মী।

থা খরগী মতুংদা মাম্মনা ইনে লৈহাউদা শেন্দোয় ওইনা খোমগৎলকপা পৈশাশিংনি হায়দুনা লুপা লিশিং খরা শিন্নরম্মী। ইনেনা তৌবদু নুংঙাইতে হায়দুনা মাম্মনা মহাক্কী খুন্দা শেল শান্দোক্লম্মী। ইনেনা তৌরম্গা শেন্দোয় খোমগৎপগী থবক অদুমক মাম্মনা তৌরম্মী। মাম্মনা তৌরগনা হেন্না মাই পাকপা ওইনা ইনেনা উরম্মী।

মাম্মা মাগী নুপী অমদি মচা মশুশিং উনবা মরক মরক্তা চৎলম্মী। করিগুম্বদা নোংমা-নীনি লৈরগা লাক্লম্মী। নোংমা মাম্মা ময়ুমদা নুমিৎ নীনি হুম্নি লৈরগা লাক্কে হায়দুনা চৎখিরম্মী। অদুবু হপ্তা অমা ফাজিল্লক্লবা ফাওবা হল্লক্লমদে। হংনরুবদা নারে হায়দুনা পাউ লাক্লম্মী। ইনেনা চৎতুনা হংলুগে হায়বসু চংলুবা য়াবা মফম ওইরমদে। অসুম তৌদুনা থা অমা ফাজিল্লক্লে। মী থাদুনা হংহল্লুবদা মাম্মদি নাবা ফরম্লে। থবক অমা চৎখোকখি হায়দুনা উনবদি ফংলমদে।

নোংমা শোয়দনা লাকখিগনি খন্না ইনেনা মাম্মবু ঙাইরকপনি। মহাক উননবা মী কয়া থাবসু অয়াম্বা মতমদা উনবা ফংলমদে। উনবা ফংলবসু নোংমা লাক্কে, নোংমা লাক্কে হায়দুনা লৈরকখি। লাকপা কৌবদি লৈরমদে। ইনেনা য়াম্না হেন্না ৱারিবদি মহাক্কী মীঙোন্দা চাইথোক্তুনা লৈখিবা পৈশাশিং অদুনি।

কনা কনাগী মখুৎতা পৈশা কয়া কয়া লৈবগে হায়বসু করিমত্তা খঙলমদে। পুন্নমক মাম্মা মাঙ্গোলজাওনা তৌবনি। মহাক্তি করিসু খঙলমদে। মহাক্কী হায়ববু খোমগৎলকপা শেন্দোয় পায়শিনবা, পৈশা পুন্না পুন্না মাম্মদা শিন্নবনি। নুংশিবীবা কনাগুম্বনা মাম্মদি শেল শান্দোকপা লৈতে। শেল শান্দোকপা মান্নবা শেল খরা খরা শেন্দোয়নি হায়না পীশিনবনি। থাজহল্লগা শেল-থুম লৌথোকপা য়ানবা তৌরম্বা নমথাক্লি হায়না তল্লম্মী। ইনে খল্লু খল্লুরগা ব্রাখল নুংঙাইরমদে। মমৈদা অনাবা অমা ওইরকখি।

মাম্মা চাউতোনগী হুমাং মমল শুমদুনা চাখিবগী মহৈ ঙসিদা ফংলক্লে। মাম্মা চাউতোন্না তানজবা মরল মহাক্না মুন্দুনা লৌহৌবদু মাম্মা মাঙ্গোলজাওনা অমুক লাকখ্রে।

মে ০৬, ২০০৯।

# খুৎশূমল

লৌবুক লমহাং কয়া সহর কয়া ফাওদুনা নোমহৌ নোমহৌ লাকপনা বিহার তুংদা থল্লল্লে। এলাহাবাদ ষ্টেসন তুং ওইনরল্লে। ইন্দিয়াগী মফম কয়াদা রেলগাড়ীনা খুরক হাংদ্রবসু রেলগাড়ী অমুক্তা তোংদ্রিবা, রেলগাড়ী মশক উদ্রিবা মীওই কয়াসু লৈরি। বিহারগী দরবঙ্গা জিলাগী জালে খুন্দগী মনোজ অহানবা ওইনা রেলগাড়ী তোংদুনা পৈশা তাল্লুগনি হায়দুনা আশা চাউনা তৌদুনা দিল্লীদা লাক্লি। মহাক্কী মখুরাশিং থোকপা প্রকাশনা মহাকপু থবক তৌবা তম্বীগনি হায়দুনা পুরকপনি।

অহানবা ওইনা য়ুম থাদোক্কুনা লাকপা ওইবগী মনোজগী পূক্লিং য়াম্না নুংশিরম্মী। মমিৎতা মমা মপা, মচিল-মনাওশিং শংশংনা উরকই। মনোজ মশাগী চহি ১২দমক ঙাইরি। লাইরিক ময়েক চৎত্তে। মচিল মনাও ৭কী মনুংদা খ্বাইদগী অহন্নি। মনাও নুপা অহুম মচলনুপী অহুম য়ুমদা মমা মপাগা লোয়ননা লৈহৌই। মনাও নুপা অতোনবা অদুদি মখুৎ অদু শিথদুনা শীজিন্নবা য়ারমদে। মনোজনা পৈশা য়াম্না তান্দুনা য়ুমদা থারক্কনি হায়বগী ৱাখলদা মচিল-মনাওশিং নুংঙাইনা লৈহৌই।

দিল্লী য়ৌরক্লে। মীনা খুরক হাঙদ্রবা, গাড়ীনা কৃক-কৃক ইন্ননা চেল্লিবা পাক চাউরবা দিল্লীগী সরক অদুদা মনোজগী মখুৎ পাইদুনা প্রকাশনা লাম্থোকপীরম্মী। বস অমদা অমুক তোংদুনা মহিপালপুরগী অপিকপা ফেক্টরি অমদা থুংলরে। মসিদা বাসমাতি চেং হাপ্নবা খাউ তুবগী থবক তৌই। ঈরুজরগা চাক থোংনা থোংনা প্রকাশনা মনোজদা ফেক্টরি অদুগী থবক্কী মরমদা তাক্লম্মী, - তুবা লোইদ্রিবা অমদি লোইরবা খাউশিং অমগা অমগা মরী-মরী শম্নরিবা লংশিং থদৎতুনা নিংথিনা থুপচিল্লগা থমগদবনি। তাঞ্জা ফংবদা খাউ তুবা তমগদবনি। নঙগী চাবা থকপা পুম্নমক ঐনা তৌগনি। মদুগীদমক্তা করিমত্তা ৱারুনু। ঐনা চাবদু নঙসু চপ মাননা চাগদবনি।

ফেক্টরি অসিদা মীওই ১৮ না থবক তৌরি। শিম্মীশিং অসিগী লৈফম চাফমসু ফেক্টরি অসিগী অহাংবা মচিদা খুদোংচাবা য়েংদুনা শেম্নরি। মসিনা

লৈফমগীদমক তোঙান্না পৈশা পীদুনা কা ব্রায়রুবগী অব্রাবদু লৈত্রে। চাক লোইরদুনা মনোজ মখুরা প্রকাশকা লোয়ননা চাবা হৌরম্মী। চাক চানা চানা ময়ুমদা মমানা মখোয় মচিল-মনাওশিংগী খজিক খজিক শরুক তমদুনা পীজবদু নীংশিংলকই। করিগুম্বদা পুক থন্না চারবসু অয়াম্বা মতমদা পুক থন্না চাবা ফংলমদে। ময়ুমদা য়ুমফম মচা অমদগী হেন্না লৌ মচেৎ অমফাওবা লৈরমদে। মমা মপা অনীমক মীগী লৌবুক্তা থবক শুবা চৎলম্মী। মমানা নোংমা চুপ্পা থবক শুরুবগী গেহু কিলো মঙাদি ফংলম্মী। মপানা শুরুরগনা খরা হেন্না ফংলম্মী। লৌবুক্তা থবক লৈতবা মতমদদি য়ুম য়ুমদা চৎতুনা থবক থিবা তারম্মী। থবক লৈত্রগনা য়ুমদা ফমদুনা লৈবা নত্তনা উপাই লৈরমদে।

নোংমা মনোজগী মপানা প্রকাশতা হায়রম্মী,

- ইনাও, নহাক্না থবক চৎপদা নচানুপা মনোজ অসি খরা পুবিয়ু।

- অঙাংদি ওইরি অদুবু য়ানি। মতম খরা তম্বীরগা হৈজরক্কনি। ইমুংদসু মতেং খরা ওইজনি।

- অদুনিনে। নয়াম্বদি অঙাং ময়াম অসিগা হিংবা ব্রারবনি। অঙাংশিং অসি মফি-মরোল ফজবা শেৎহনবদি লায়রদুনা মবুক থন্না পীজবা ফাওবা ঙমদ্রবনি।

- হন্দক ঐনা চংবদা পুথ্রগে।

- পৈশাদি কয়াম ফংগনি ?

- মতম খরদি থবক তমখিবা তাই। নীংথিনা হৈরবা মতমদা মহাক্না শূবা ঙমজবা অদুগী মতুং ইন্না ফংগনি।

অসুম্না মনোজ য়ুমগী থৌদোকশিং মথং মথং নীংশিংলম্মী।

ফেক্টরিগী মচাকশিং লাকপা মতমদদি অহিং নুংথিল হায়বা নাইদনা থবক তৌবা তারম্মী। মীনা পীয়ু হায়বা মতমদা পীবা ঙম্নবা হোৎনগদৌরিবনি। হান্নগী মচাকশিং লোইরবা মতমদা অনৌবা মচাকশিং অমুক পীরক্কদৌরিবনি। করিগুম্বদা মচাক লাক্তদুনা খুৎ হাংদুনা লৈবসু য়াওরম্মী। মখুরানা তুম্নবা হায়রকপদগী মনোজ তুমথনবা হোৎনরম্মী। অদুবু মেছিন ময়ামগী খোঞ্জেলনা তুম্বা য়ারমদে। অথেংবদা থবক লোইনরবা মতমদা তুমথরম্মী।

নোংমা য়াওশঙ নুমিৎনি। ফেক্টরিগী মপু বিনোদনা য়াওশঙনি হায়দুনা অথুম-অহাও পীজরম্মী। য়াওশঙ লাকপদা মনোজ মহাক্কী খুন্দা মমান্নবা কয়াগা পুন্দুনা ঈশৈ শক্কুনা হরাও তয়াম্না লেনবদু নীংশিংলকখি। মমান্নবশিংনা ঈশৈ শকপদু ঙসিসু মনোজনা তারম্মী। থৌদোকশিং অদু নীংশিংলুরগা মচিলদা খোঞ্জেল থোক্লা ঈশৈ শল্লকই। ফেক্টরিদা থবক তৌবা ময়াম্না লাংই হায়দুনা চৈবীরম্মী। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা অমুক হেক্তা শল্লম্মী। মাগী মতৌ অদুদা খরনা নোক্লম্মী। খরনদি চৈবীবতা নত্তুনা ফুবিরম্মী।

থা খরগী মতুংনি। প্রকাশ ময়ুমদা মমা নারে হায়দুনা থোকখি। মনোজদি লৈহৌই। হৌজিক মনোজ প্রকাশনা পাইরম্বা মেছিন অদু পাইদুনা থবক তৌরম্মী। মহাক খাউ তুবা ফনা য়াম্না হৈরে। শুপ্নগী চেন পানশিনবখক্তা ঙাইরে মহাক্লা হৈত্রিবা। মদুসু মেছিন তোইনা পাইরবদি হৈরক্লগনি। মহাক্লা মতেং পাংবদগী প্রকাশ য়াম্না কোম্না থবক তৌবা ঙম্লম্মী। অতৈদগী হান্না থবক লোইরম্মী। য়ারক্রুবা মতমদা শীজিন্ননবা থম্বা মেছিন অমদা মনোজবু থবক হেক হেক শূহল্লি। প্রকাশনা মচাক হেন্না লৌদুনা মনোজগা মখোয় অনী থবক তৌবসু য়াওরম্মী। চাক থোংবা অমদি কোল-লিক ফেংবগী থবকসু মনোজনা তৌরম্মী। মহাক মফম অসিদা লৈবা হৈনরক্লে। মেছিন ময়াম থৌবগী মখোলদা তুম্বা য়ারমদবদু য়ারক্লে।

থা খুদিংগী তারিক ৫ দা শিন্মীশিংগী খুৎশূমন ফংই। মনোজনা নুমিৎ খরনি থবক শুবগী খুৎশূমন লুপা লিশিং অনী ফংলম্মী। নহালমখৈদি প্রকাশকী মখাদা তম্বা ওইনা শুবনিনা লুপা অমফাওবা ফংলমদে। অহানবা ওইনা মশাগী খুৎশূমন ফংবদুদা হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। ময়ুমদা অয়াম্বা থারগা খরনা ফি-রোল লৈগে হায়না খল্লম্মী।

প্রকাশ ময়ুমদগী মমা নাবা খরা ফরক্লে হায়দুনা লাক্লম্মী। মনোজনা ফংজবা খুৎশূমন অদু মহাক্লা লোইনা লৌরম্মী। অদুগা হায়রম্মী,

- নহাক্তি ঐগী ইখাদা থবক তম্লিবা চেলানি। অদুনা নহাক্কী খুৎশূমন ফংখিরোই।

মনোজ প্রকাশতা য়্রা অমত্তা হায়বা ঙম্লমদে। করিগুম্বদা প্রকাশনা মনোজবু থবক হৈতে পঙই হায়দুনা চৈবীবগী মথক্তা ফুবিবসু য়াওরম্মী।

নোংমা বিনোদকী মফমদা মনোজনা খুৎশূমন লৌখিবগী ব্বারি পুম্নমক তল্লম্মী। ব্বারী অদু তারগা বিনোদ নুংঙাইরমদে। মহাক্কা প্রকাশপু তোঙান্না কৌথোক্লগা ব্বারি শারম্মী,

- নহাক্না মনোজগী খুৎশূমন লৌশিল্লি হায়না তাই, করিগীনো ?

- মহাক ঐগী চেলানি। অদুনা মাগী খুৎশূমন ফংখিরোই।

- মদুদি নহাক্কা য়ুমদা চৎখিঙৈদা মহাক্কা তৌজবা থবক্কী খুৎশূমননি।

- ঐগী ইখাদা তল্লিঙৈ মতমদা মহাক্কী খুৎশূমন ফংলোই। মহাক্কা শুবা ওইরবসু ঐগী ওইগদবনি।

- মদু চুমদে। মঙোন্দা পীফম থোকই।

- মসি চৎনবীনি। ঐখক্তগী ব্বাফম নত্তে।

- মহাক্কী কৈদৌঙৈ পীবীগনি ?

- থবক নীংথিনা হৈরবা মতমদা মহাক্কা শুবা থবক্কী খুৎশূমন চপ চানা মহাক্কা ফংজগনি।

- খরা খাইবীবদি চুম্মী।

- মদু চুমদে। মহাক্কী চাবা থকপা, অনা-অয়েক য়াওরকপদা ঐনা য়েংশিনবীরি। মসি চৎনবীনি।

প্রকাশকী ব্বাফমদু তাবদা বিনোদ মখা তারমদনা চৎখিরম্মী। নুমিদাংব্বাইরম মোটোর য়াদ্রে হায়দুনা অয়াবা অমা লৌরুনবা প্রকাশনা বিনোদকী মনাক্তা মনোজবু থারকখি। মোটোর অমা পীরদুনা বিনোদনা হায়রম্মী,

মনোজ, থবক হৈনবা থব্বাই য়াওনা তম্মু। ফজনা হৈরগা নহাক্কীসু খুৎশূমন ফংগনি।

- হোয়, য়াম্না থব্বাই য়াওনা হোৎনগে।

অসি হায়দুনা পরপ পরপ থোকখিরম্মী।

মে ০৭, ২০০৯।

# লৈলা

কালেনগী শারবা নুংশাদা জীব পানবা পুম্নমক ঝানা খাংলে। মালেম লৈমসু লৈক্রক লাওনা লাওনা চেৎখায়দুনা ঝানা খাংলে। মীওই পুম্নমক নোংদোল মাইকৈদা নোং পাইরকপরা হায়না য়েংদুনা লৈনরে। মীয়াম্না খৌরাংনা ঙাইরকপা মোনসুন য়াম্না থেংথনা জুন থাগী অহানবা চয়োন্দা লাক্লগনি হায়না পানরি। মোনসুনগী মাঙওইননা বে ওফ বেঙ্গলদা লৈলা কৌবা নোংলৈ নুংশিৎ লাক্লুনা লৈনা লৈনা শফু কন্না শিংলি। করম্বা মতমদা করম্বা মাইকৈদা লাক্কদগে হায়বা কনানসু হায়বা ঙমদ্রি।

অয়ুক অঙনবদা বিশাল চা কপ অমা থক্লগা সমুদ্ররোমদা কুমথরকই। লাং থাকপদগী ঈন খোনবনা ঙা হেন্না ফাই। অদুনা কাঙলুপ কাঙলুপ শেমদুনা ঈল খোন্দুনা ঙা ফানরি। বিশালগী কাঙবুসু ঙা খরদি ফারে। নুমিৎ য়াম্না কারক্ত্রিঙৈদা ঙা য়াম্না ফাহৌনবা কন্না হোৎনরি। অয়ুক অঙনবদদি নুংশিৎ লিরি-লিরি শিংলমই। হৌজিক্তি খরা কন্না শিংপা হৌরক্লে। লৈলাগী মরমদা খঙবা ঙা ফাবা মী য়াওনবদগী লৈলা লাক্কদৌরমালে হায়দুনা কংফাল্লোমদা চেনখৎনরক্লে। বিশালসু চেন্না চেন্না মযুম য়ৌরক্লে। য়ুম য়ৌরকপদদি লৈলানা মহাক্কী মতিক মগুন খঙহল্লগে মতাগুম অকনবা নোং পুবা নুংশিৎ শিংপা হৌরক্লে। অসুম অসুম কনশিল্লক্লুনা পুংদা কি:মি: ১২০ য়াংনা শিংতুনা তমথিরবা শক্লোন লৌরক্লে। অকনবা লৈলাগী শাহুমদা লায়রবা কনাগী খঙপোকশঙনা লেপ্তুনা লৈবা ঙমগনি ? বলি ঈথংকী য়ুম কয়া লৈলানা হুমদুনা পুখ্রে। বিশালগী য়ুমসু য়াওখ্রে। অতিয়াদা য়ুমগী তেক কাইরবা মচেৎ মকাই কয়া পাইরি। মখাদনা সমুদ্রদগী কারকপা ঝারনা অকনবা তুরেলগী ঈচেলগুম লাক্ল-ফানবা য়াদনা চেল্লি। নোংদি য়াওরক্লে। অদুবু লৈলাগী শাহুমদি হুহুদ্রি। মনাক নকপদা লৈবা অতোংবা মফমশিংদা চেনখৎনবা হোৎনবা নত্তনা বিশালগী উপাই লৈরমদে। হেন্না লুরিবদি মহাক্কী থা অমখক্তা ঙাইরিবা মচানুপা অমনবু কন্নবা হোৎনবনি। বিশাল অমদি মহাক্কী নুপী কমলানা পিক্লিবা মচাবু

এলুমিনিয়মগী চফু অমগী মনুংদা হাপচিল্লম্মী। অঙাং অদুগী মখোঙ য়েং থংবদা ডাক্তরনা ইবা চে অমা লংনা কিশিল্লম্মী। বিশালনা মকোক্তা ফি ময়োম অমা থোংগৎলদুনা কমলানা মচা য়াওবা চফু অদু পাইদুনা অৱাংবা লৈতোং অমা তম্না লাক্লম্মী।

খঙহৌদনা ৱাখৎলকখিবা ঈশিংগী ঈমাই অদু ফুট তরাহুমদোই ফাওবা লুরম্মী। অতেকপা উশা কয়া, মরু ফুক্লবা উপাল কয়া, য়ুমগী অতেক-অকাই কয়া ঈশিংগী ঈচেলনা পুদুনা চৎলম্মী। অকনবা ঈশিংগী ঈচেল অদুদা মশাবু কনজনবা হোৎনবা হায়বসি অরাইবা ওইরমদে। মদুগী মথক্তা বিশালনা ফি ময়োম.অমসু পুনবা হোৎনরম্মী। ফি ময়োম অদু ঈশিং চোৎলকপদগী হেন্না লুমথরক্লে। মমৈদা মখুৎতগী নাম্থোক্নুনা ঈচেলনা চেম্থখ্রে। কমলাসু মচা হাপ্পা চফু অদু শেন্ননবা ৱানা হোৎনরম্মী। চফু অদুগা কোন্ননা কমলাবু লৈলানা চেনখিদুনা বিশালদগী লাপথোকখিরম্মী। বিশালনা কমলা অমদি মচাবু কন্নবা হোৎনরম্মী। অচৌবা ঈথক অমনা য়ৈবদা কমলাগী মখুৎতগী চফু অদু নাম্থোকখিরম্মী। লৈলাগী শাহুমনা চফু অদু লাপ্না পুখিরম্মী। কমলানা ফনা কন্না মতুং ইন্নবা হোৎনরম্মী। অদুবু উপাই লৈরমদে। চফু অদু মিৎনা উনা উনা লাপথোকখিরম্মী। অকনবা ঈচেল অদুনা কমলাবু চেন্দুনা পুবা হৌরম্মী। মনাক নকপদা হৌবা উ অমদা মহাক্না কন্না কোন্দুনা লৈরম্মী। বিশালনা য়াম্না কন্না কমলাগী মনাক য়ৌনবা হোৎনরম্মী। অদুবু উপাই লৈরমদে। মথাদগী মচা শেৎতুনা পুখ্রবমক্তদা মমা মপাগী থৱাইবুসু লৌবা পাল্লিমাল্লে। কমলানা মমিৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা হায়রকই,

- হে ঈশ্বর, নহাক্না ঐখোয়দা পীবিরিবা চৈরাক অসিবু করিনো ? ঐখোয়বু হাৎতোকপীবদগী হেন্না শাথিনা অৱাবা পীরগা নহাক্না পেল্লগেরা ?

ঈচেল খরা তপথরক্লে। বিশালগী মতেংদগী কমলা অতোংবা মফম অমদা কাখৎমিন্নরে। মখোয়গী নুংশিরবা মচা অদুদি কদাইদা ? তমথিরবা লৈলানা হুমদুনা পুখ্রে। মচা অদু হিংলমখিগনি হায়বগী আশা মাঙশিল্লক্লে। তমথিরবা হিংচাবা অমগী শক্তম লৌরিবা লৈলাগী খয়াৎতা শোয়দনা তারক্নগনি হায়না খনবা নত্তনা মখোয় অনীগী আশা অমত্তা লৈরমদে। মখোয় অনীগী

অমত্তা ঙাইরবা নুংশিরবা মচা অদুনা মাঙখ্রবদা মখোয় অনীগী আশাদি করি ওইগনি ? পুম্নমক অমম্বগী মশক ওইরম্মী।

নুংথিল নুংশা নেমথরকপা লৈলানা তপথরকপা মতমদা খুনজাশিংনা মখোয়গী ইমুং-মনুংগী অব্রাংপা মীওইশিং থিবা হৌনরক্লম্মী। মীওই কয়া অমা শিনা ফংলম্মী, কয়া অমনা উ পাম্বীশিংদা কোন্দুনা য়াম্না ব্রানা ঈচেল হন্থখিবা ঙাইদুনা লৈরম্মী। অয়াম্বা খুনজাশিং মফম কয়াদা চাইদুনা তারিবা য়ুমগী অতেক-অকাইশিং খুনজিন্নবদা থবক চিন্নরম্মী। বিশাল অমদি কমলাদি মচাগী ব্রাখলদা অতৈ করিমত্তা চংলমদে। মতম অসিদা ঘোশপারাদগীনি হায়দুনা নুপা অমনা বিশালবু থিরক্লম্মী। মহাক্না বিশালগী মফমদা মচা অমন হিংনা ফংলে হায়না তল্লম্মী। মচা হিংনা ফংবগী পাউ অদু তাবদা বিশাল অমদি কমলা হরাউবগী ঙমখৈ লৈরমদে। থিন্থবা তৌদনা মখোয় অনীমক ঘোশপারাদা লাকখি।

কমলাগী মখুৎতগী মচা অমন য়াওবা চফু অদু নাম্থোক্লুনা চৎখিদুনা লৈলানা হুম্বা মাইকৈদা পুখিরম্মী। কোইলৈ-লৈদুনা তাওদুনা লাকপনা বিশালগী খুন্দগী কিলোমিটর অহুমলোম লাপ্না লৈবা ঘোশপারা খুন্দা য়ৌরকখি। খুন অসিগী মীয়াম্না চংজফম লৌদুনা লৈবা অতোংবা লম অমদা পন্দুনা লৈরম্মী। মতম অদুদা অকনবা লৈলাগী শাহুমদা মীওই পুম্নমক উপ্রাক্লা উপ্তুনা তুমিন তুমিন লৈনরম্মী। কনা অমত্তনা লৈমায়দা লেপ্তুনা লৈবগী থৌনা লৈরমদে। মরমদি হেক লেপখৎলুবদা লৈলাগী অকনবা শাহুমনা হুমদুনা পুগদৌরিবনি। চফু অমা মাঙদা পন্দুনা লৈবা অদু উদুনসু কনা অমত্তনা মনাক্তা চংলুনবগী থৌনা লৈরমদে।

শাফু কল্লবা লৈলাগী শাহুম খরা নেমথরকপা তাঞ্জাদা মাঙদা উরিবা চফু অদু খুন্নবা মীওই মরি-মঙা চেশিন্নরকই। চফু অদু কালাবতি কৌবী নুপী অমনা খোঙলৈ থুনা চেনশিল্লক্লুনা তাপ পাইদুনা চিংখৎলমই। চফু অদু চিংখৎলুবদা কালাবতি অঙকপনা থল্লম্মী। মহাক্না চফু অদু করিগুম্বা পোৎ-চৈ য়াওবা ওইরমগদ্রা হায়না খল্লম্মী। অদুবু মদুগী ওন্ন-তৈনবদা পিক্লিবা অঙাং অমা য়াওদুনা লৈরম্বনি। অঙাং অদু চফু মনুংদগী লৌথোক্লুবদা মখোঙদা চে

অমা কিদুনা লৈবা থেংনরম্মী। মদু ডাক্তরদা অঙাং অদু য়েংহল্লুবগী চেনি। চে অদুদা অঙাং অদুগী মমিং, মমা মপা অমদি লৈফমনচিংবা য়াওরম্মী। তমথিরবা লৈলাগী শাহুমদা মীওই কয়া শিনা ফংখিবা অদুগা পিক্লিবা অঙাং অদুনা চফু অমদা তাউদুনা লাকখিবা অদু ঘোশপারাগী অঙকপা পাউ অমা ওইরম্মী। য়াম্না থুনমক পাউ অসি য়ুম্লোন-কৈরোন্নবা খুনশিংদা শন্দোকখিরম্মী।

বিশাল অমদি কমলা ঘোশপারাগী কালাবতিগী য়ুমদা লাক্লম্মী। কালাবতিনা অমনবু পমদুনা লৈরম্মী। কমলানা পরপ পরপ চংশিল্লক্তুনা অমনগী মমানি হায়না মশানা মশক তাক্লম্মী। অদুগা মচা অমনবু লৌদুনা চেৎনা কোনশিলম্মী। পিক্লিবা অঙাং অদুগী মমা মপা লাক্লে তাবদা মনাক নকপদা লৈবা য়ুম্লোন-কৈরোন্নবা কয়াসু চংলকখি। ঙাইহাক ৱারি শান্নদুনা ফম্মিন্নরবা মতুংদা কমলানা মচানুপা অমনবু পুদুনা চৎলগে হায়না হৌগৎলম্মী। মতম অদুনা কালাবতিনা কমলাবু খামদুনা হায়রকখি,

- ইবেম্মা, নহাক চৎলগে হায়বরা ? অঙাং অদুদি ইচেদা পিরম্মো পুথ্রনু।

কমলা মচা অমনবু কালাবতিনা নমদুনা মুনখ্রগনি হায়না খল্লম্মী। অদুনা চেৎনা কোনশিল্লম্মী অদুগা পাখৎপগা লোয়ননা হায়রম্মী,

- অঙাং অসি ঐগী ইচানি, ঐনা মহাক্কী মমানি। ইচাবু কনা অমত্তনা লৌবা য়ারোই।

অঙাং অদু ঐনা ঐগী ইচানি হায়খিদ্রি। অদুবু ইচাগুম্বনি, মহাক ঐগীদা থল্লমবনা ফগনি।

কালাবতিগী ৱাফমদু তাবদা কমলা পাখৎপনা হুমাং অনপ্পী কারক্লম্মী। বিশালসু শাওমনবনা চুম্না লেপ্তুনা লৈবা ঙল্লমদে। মহাক্না হায়রকখি,

- ঐনা হিংলিঙৈদা ইচাবু কনানসু লৌবা য়ারোই। ঐনা ইচাবু পুদুনা চৎপদা কনানসু থিংবা ঙম্লোই।

বিশাল অমদি কমলাগী মতৌ উবদা তিল্লম্বা মীয়াম অদুগী থম্মোইদা মীনুংশি পোক্লম্মী। অদুগা কালাবতিগী মতৌ অদুবুদি য়ানিংলমদে। অদুনা

খোঞ্জেলদি থোক্তুনা মীগী মচা অসি নমদুনা লৌগদৌরিমাল্লে হায়না শোনবা য়াওনরম্মী। মীয়াম্না অমদি অঙাং অদুগী মমা মপানা খল্লিবা অদু কালাবতিনা খঙলম্মী। অদুনা হায়রকখি,

- ঐনা অঙাং অদু ঐগী ওইগে হায়বা নত্তেনে। নখোয়গী য়ুম তমথিরবা লৈলানা হুমদোক্তুনা পুখ্রে। হৌজিক য়ুমফমদগী হেন্না করিমত্তা লৈহৌদ্রে। নখোয় কদাই লৈগনি। হৌজিকসু মাইকৈ মরিদা নোংনা কুপশিনখ্রে। ঈশিংগী ঈমাই খরদা হুন্থবদা ঙাইরি। নখোয়না নোংজু নুংশা মরক্তা খাঙবা অদু অঙাং অসিসু য়াওহনগে হায়বরা ? মদুদা পিক্লিবা থা অমখক্তা ঙাইরিবা অঙাং অসি হিংগনি খনবরা ? নখোয়গী তংতাবা য়ুম অমা লৈরবা মতমদা অঙাং অসি লৌবা লাকউ।

কালাবতিগী ৱাহৈ তাবদা কমলানা কপ্লদুনা হায়রকখি,

- ইচে, ঐদি ইচা য়াওদনা হিংবা ঙম্লোই। ঐখোয়না চরা হেল্লবসু, নোংজু-নুংশা নংলবসু মহাকপুদি করিমত্তা অৱাবা নংহল্লোই। ইচা অসি পুজখ্রগে।

মখোয়গী য়ারোইদবা মতৌ অদু উবদা কালাবতিনা মখোয়বু মখা তানা থিংলমদে। কমলা অমদি বিশালনা কালাবতিগী মফমদা তৌবীমন খঙবা উৎলম্মী। অদুগা মচা অমনবু কমলানা পম্লদুনা বিশালনা চফু অদু পাইরগা কালাবতিগী য়ুমদগী থোরক্লম্মী।

জুন ১২, ২০০৯।

# শঙখিবা মচু

কালেন ছুটি লোইরদুনা ঐ ইমা পাবুংগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্লগা কোলকটাগীদমক খোঙশাল্লক্লে। ইম্ফালদগী গুৱাহাতি ফাওবা পুং ১৬ বস তোংদুনা লাক্লবা মতুংদা কোলকটাগীদমক গুৱাহাতিদগী ট্রেন তোংদুনা লাকপনি।

শারবা নুমিৎকী মৈশানা কোলকটা সহরদা হৈথরি। নুমিৎ কয়ানি লৈনরুদ্রবা কা অদু শেংদোক্লবা মতুংদা ফ্লোর চামথোক্লম্মী। শেংদোক চামথোক্লবা মতুং ঙাইহাক পোত্থারিঙৈদা ঐনা লৈরিবা কাগী য়ুম্বু লাক্কুনা ইনভেলব অমা পীরম্মী। মদুগী মনমদা ঐগী মীং ইরি। নাকল অমদনা মোনালিশা হায়না ইরি। অমুক হন্না হাংদোকপা পামদ্রবা লাইরিক্কী লৈমায় অমা হাংদোক্কুনা পারুবগুম কাউরগে হোৎনরুরবা মোনালিশা ঐগী নীংশিংবগী লময়াইদা লেপ্লখি। ইনভেলব অদু হাংদোক্কুনা য়েংলুবদা মোনালিশাগী লুহোংবগী বার্ত্তন ওইরম্মী। হৌখিবা তাং ১৬ তা লুহোংখ্রে। ঐনা লাকপনা থেংলে। মহাক লুহোংখ্রে হায়বা খঙবদা নুংঙাইবা অমা ফাওই। ঐনা লৈরিঙৈদা ওইরম্লবদি খুদোল অমত্তা ওইরবসু তম্লম্বা য়াবনি।

চহি অনীরোমগী মমাঙগী ৱানি। লাই য়েকপদা ঐনা থৱাই য়াম্না য়াওজবা অদু খঙবীদুনা ওজা কৃষ্ণদাসনা ঐবু কোলকটাদা মখা তমথনবা থাবিরকখি। রবিন্দ্র ভারটি য়ুনিভরসিটিদা মিং চনবা ফংদুনা অনৌবা মরুপ-মপাং কয়াগা শক খঙনবা হৌরে। ঐ ঐগী কাদা ইদোম ফমদুনা অনৌ-অনৌবা কালাগী ৱাখল্লোন শাগৎনবা হোৎনদুনা অয়াম্বা মতম লেপ্লি। অদুগা মতম চংনা শাগৎলুবা ৱাখল্লোনশিং অদু লাই ওইনা য়েকথোকই। ঈশৈ তাবা হায়বসি ঐগী হৈনবী অমনি। লাই য়েকপা মতমদা অরিবা হিন্দি ফিলমগী ঈশৈশিং হেক হেক তাই। ৱেষ্টর্ন ম্যুজিক তাবসু য়াম্না পাম্মী।

নোংমাইজিং নুমিৎনি। ঐ ঐগী কাদা ফমদুনা মী চিল্লবা কোলকটাগী ষ্ট্রিটকী শক্তম অমা য়েক্কুনা লৈরম্মী। মসিদা থবক্কী লমজেন্দা মিকুপ অমত্তা

পোত্থাদ্রবা মীয়াম্না মাগী মাগী মথৌ থব্বাই য়াওনা তৌনবা, থবক তৌরগা নুংঙাইজবা মখোয়গী পুন্সিগী শক্তম অমা ফোঙদোক্লবা হোৎনরম্মী। তাঞ্জা অদুদা কনাগুম্বা অমনা থোঙ থিল্লকখি। ঐনা হংলুই, - কনা ওইরবনো ?

পাউখুম অমত্তা ফংলমদে। ঐ চৌক্রিদগী হৌগৎতুনা থোঙলোমদা লাক্লম্মী। থোঙ হাংদোক্লুবদা মোনালিশা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মহাক ডিপার্ট-মেন্ট ওফ ডান্সকী মহৈরোইনি। মহাক্না অশুম্না লাকনি হায়বা ঐ থাজরুদে। য়ুনিভরসিটিদবুদি অদুমক কৌনৈ-ঙাংনৈ। মহাক্কী ময়ুম ঐনা লৈরিবা হোষ্টেল অসিদগী কিলোমিটর খরদনি লাপ্লিবা। ঐনা কৌরুই,

- হায় ! মোনালিশা।

মখা তাবা নংদ্রিঙৈদা মহাক্না হায়রকখি,

- হায় ! জেমস। নঙগী ননাক্তা লাকপনি। চংহল্লরোই হায়বরা ?

- তরাম্না ওকচরি, লেংশিনবীরকউ।

মোনালিশা কুচু ঙৌই, চুং ফিরাল চানা নিংথি। জিন খোংগ্রাও অমা শেৎলকই। টি শার্ট অমা লিৎলকই। মহাক্না শেৎ চারিবা ফিজেৎ অদুনা মহাক্কী শকওং-শবান পুম্নমক নিংথিনা তাক্লি। ঐনা য়েক্লিবা লাই অদু য়েংলগা হায়রকই,

- লাই য়াম্না ফজনা য়েকইনা? ঐগী শক্তম অমত্তা য়েকপিয়ু।

- নোংমা য়েক্কে।

- অশেংবগী ?

- অশেংবগী।

- নঙগী লাই অসি য়েকপা লোইরম্লনি হায়বা মতমদা নোংমা লাক্কে।

ৱারি কয়া শান্নরবা মতুংদা মোনালিশা চৎখ্রে। মহাক্কী মোমোন মিনোক, মহাক্কী নিংথিরবা শক্তম অদুদি ঐগী থম্মোইদা থম্লম্লে।

য়ুনিভরসিটিগী ইমান্নবশিংনা হায়নবা অমা লৈ। ঐগী শক অসি য়ুনিভরসিটিগী নুপীশিংদি ঙাওনগদৌরি। য়ুনিভরসিটিদা কৌন-ঙাংনবসু ইমান্নবশিংদগী ইমান্নবীশিংনা হেন্না য়াম্মী। মসি ঐনা হেন্না মখোয়গা কৌন-

ঙাংনবা পান্নুবগী নত্তে। মখোয়না কৌরকপদুনা ঐসু খুন্নুবনি ঙাংনরুবনি।

নোংমসু ইথা থাজদনা মোনালিশা মমান্নবী অনীগা থবক অমা চৎলুবদগী লাকপনি হায়দুনা চংলকখি। ঐগী পেন্টিংগী মরমদা, মখোয়গী দান্সকী মরমদা নোংমা পিকনিক চৎনবগী প্রোগাম শেম্বগী মতাংদা ৱারী কয়া শান্নরম্মী। ৱারী শাবা অদু খরা নুংঙাইনা থোকখি। মতম কয়াম হৌগ্রবগে হায়বা খঙলুদে। পুং অহুম খরা হেল্লপ্পা হৌখ্রে। থেংজিল্লক্লে হায়না মোনালিশাগী মমান্নবী অমনা চৎনবা কন্না হায়রকপদগী থোকখিরম্মী। অসুম্না মোনালিশা তত্তনা ঐগী ইনাক্তা লাক্লম্মী। করিগুম্বদা অতোপ্পা মরুপ-মপাংশিংসু লাকখি। মরুওইনা মোনালিশানা খ্বাইদগী তোইনা লাকখি।

ঐগা হোস্টেল নক্লবদা লৈবা মরুপ অমনা ফাগি তৌদুনা নোংমা হায়রকখি,

- মশক ফজ-ফজবী নুপী য়াম্না লাকইকো। কা মনুংদা করিবু তৌরিবা, য়াওনিংখ্রেদা।

- চুম্না লাকপনিদা।

ঐ ইশানা ইশাবু মরাল লৈবা মীশক অমগুম্না চিংনবা ফাওরম্মী। অদুবু ঐনা অরানবা করিসু তৌখিবা লৈতবনা ইশানা ইশাবু ফাথরম্মী। ঐনা চম্না ইশাগী ইথৌদা লুপচদুনা লৈবদা কনানা করিবু খনগদৌরিবা ?

ইকুই কুইদনা নুমিৎ খরনি লৈরগা মোনালিশা য়াম্না কেনা মথন্তা ঐগীদা লাকখি। অদুগা হায়রকখি ,

- ঙসিদি ঐগী শক্তম অমা য়েকপীদবা য়াদে।

ঐনা হায়খি,

- য়েক্লগা লোইরে।

- আর্টিস্ট অমগী মগুন ঙসিদি খঙনবা তারে। হকচাং পুম্বা য়েক্কদবনি। মদুদা ঐগী পুক্লিংদা করি খল্লিবগে হায়বদু ফোঙদোকপা ঙমহনগদবনি।

মখোঙ অনী অদু খরা কোনশিল্লপ তৌনা তুংলোমদা থম্লগা মশানা মাঙলোমদা লৈথোরক্লুনা মখুৎ অনীনা মাঙলোমদা নমদুনা খরা নোম্বুরপ তৌনা ফমুংদা ফম্লম্মী। ঐনা কেনভাস অমদা পেনশিন্না মহাক্কী মপাম্বোংগী

ফিভম অদু লাকশিন্দুনা য়েকপা হৌরম্মী। মহাক্কী হকচাংগী নিংথিরবা শকওং-শবান, মহাক্কী অরাম-খৌরাংবা, মিৎয়েং, অতরগুলাবনা পোল্লম্বদগী শাৎকাইরকপগুম নিংথিরবা মহাক্কী নোকমি-নোকমিবা চিনবান পুম্নমক অসিনা ঐগী পুক্লিং চিংশিল্লম্মী। মহাক্কী থম্মোয়গী ঈহুল অদুমক মহাক্কী মিৎয়েংদা, মিনোক্তা তারি। মহাক্কী মায়থোংদা মহাক্কী থম্মোয়গী ঈহুল অদুমক ফোঙদোকচবা ফংবগী নুংঙাইবগী ঈপোম অমা হৌরি। মহাক্কী মিহুল খুদিংদা থম্মোয় ঈহুলগী ঈথক ঈপোম হৌরি। সমুদ্রগী ঈথক ঈপোম্না তোবর্বানদা য়ৈবগুম ঐগী থম্মোয়দা মহাক্কী থম্মোয়গী ঈথক ঈপোম্না য়ৈররি। ঈথক ঈপোম অসিমক ঐনা য়েক্কদৌরিবা লাই অসিদা তাহন্দুনা অউবা খুদিংদা ফাওহনবা হায়বসিমক তরাই তরাইবা থবক অমদি নত্তে। ঈ থাংনা ঙাংলপ তৌনা ঙৌরবা মহাক্কী কুচুনি। মহাক্কী নিংথিরবা মায়থোংগী মখা তারকপা ঙকশম, নোম্থরপ তৌবা ফিভমদা উরিবা অঙাংবা মচুগী টি-শার্টকী অকোইবা ঙকশমনা শাৎকাইরগদবদা ফাজিন্দুনা থম্বগুম উরিবা পোমশাৎনবা হকচাং থম্বাল অনীগী মশেক মঙাল্লক্তা মহাক্কী থম্মোইগী ঈথক ঈপোম হৌরি।

মোনালিশাগী মপাম্ন্থোংগী শক্তম খরা ঐনা খোৎচিনহৌরবা মতুংদা মহাক চৎখিরম্মী। চৎলমদাইদা নুমিৎ খরনি লৈরগা লৌবা লাক্কে হায়রম্মী।

ময়ুম য়ৌরগা মোনালিশানা ফোন তৌদুনা হায়রকখি। লাই অদু মহাক্না হায়বা ব্বাখল্লোন অদুমক ফোঙদোক্কদবনি। অদুবু মদু মহাক্কী শক্তমগী মহুৎতা অতোপ্পা কনাগুম্বী অমগী শক্তম ওইহনগদবনি।

নোংমা ঐ য়ুনিভরসিটিদগী হল্লক্কুনা ৱেষ্টর্ন ম্যুজিক তাদুনা পোত্থারম্মী। মোনালিশাগী লোইশিন্দ্রিবা লাই অদু মাঙদা থমদুনা ফম্লম্মী। মদু লোইশিন্নীংবগী ব্বাখলদি লৈরমদে। তাঞ্জা অদুদা ইথা থাজদনা নোংথাংগুম্না মোনালিশা ঐগী কাদা চংলক্কুনা লেপ্পখি। মাগীদমক য়েক্কদৌরিবা কেনভাস অদুগী মরমদা ব্বারী ঙাইহাক শান্নরবা মতুংদা মহাক্কী জগোইগী লমদা অমুক ব্বারী শান্নরম্মী। মহাক্না হারকখি,

- ঙসিদি বোল ডান্স তম্বীগে।
- ঐদি হৈরোইদা।
- তম্মগা লোইনা হৈবা ঙাক্তনি। অরুবা নত্তে।

মহাক্কী বেগতগী ব্রেষ্টন ম্যুজিক্কী কেসেট অমা লৌথোরকখি। অদুগা ঐগী দেক্তা হাপচিন্দুনা খোঞ্জেল ময়ায় ওইরপ হৌনা থারম্মী। ঈশৈ হেক থাবগা মশা অদু জগোইগী তাম্ভদা নোম্বা হৌরকখি। ঐবু খুৎ পায়দুনা চৌক্রিদগী চিংখৎলম্মী। মখুৎ য়েৎনা ঐগী খুৎ ওই পায়দুনা, ঐগী খুৎ য়েৎপুনা মহাক্কী হকচাংবু তুংলোমদগী কোনশিলহল্লম্মী। মহাক্কী মখুৎ ওইনা ঐবুসু কোনশিন্দুনা তপ্না তপ্না জগোই শাবা হৌরম্মী। অহানবদা ঐ ইকাই হঙ্গোইবা পোল্লম্মী। মিকুপ খরগী মতুংদা ইকাই হঙ্গোইবা পুম্নমক কোকখিরম্মী। মতুংদা মখুৎ অনীমক্না ঐবু চেৎনা কোনশিল্লকখি। মহাক্কী হকচাংগী অশাবা মনিল অদু ঐগী হকচাংগী মফম খুদিংদা ফাওরকখি। মিকুপ খরগী মতুংদা করি তৌখিবা ... ?

নুমিৎ অদুদগী মোনালিশা য়াম্না তোইনা ঐগীদা লাকখি। ঐসু মাগা উননবা হোৎনদুনতা লৈখি। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা ঐহাক ভাব তারকখি। পুন্সি লম্বী অসিদা ঐহাক্না করি থিবা লাকখিবা ? পুন্সিগী পান্দম অমা ফংগে হায়না থিবা লাকখিবা ইশামক মফম খঙদনা চৎলুবদগী মাঙলুরে। ইশানা ইশাগী লৈফম খঙলকপা মিকুপ্তা মোনালিশাদগী লাপথোক্লগে হায়না লেপ্লে। মোনালিশাবুসু লাপথোকখিনবা খঙহল্লম্মী। লাপ্না লৈরম্বা মীওই অনীখক নকশিন্নহন্দুনা অমত্তা ওইহনবা হায়বসি অরাইবা নত্তে হায়বা ঐ খঙই। অমরোমদা নক্লরম্বা অমত্তা ওইরম্বা মীওই অনী খংলাপ লাপথোকনহনবা হায়বসিসু অরাইবা ওইরমদ্রে। অদুবু অৱাবা পুম্নমক অসি থেংনবা তারম্মী।

মোনালিশাগী মমান্নবীনা হায়রকপদগী খঙলে, মহাক ডাক্তর অমদা লুহোংখ্রে। মহাক মরাইবক ফবী নুপী অমা ওইখ্রে। ঐ ঐগী কাদা হল্লকখি। কুইরবগী মমাঙদা য়েকপা হৌরুরগা লোইশিনখিদ্রবা মোনালিশাগী শক্তম অদু লোইশিল্লগে হায়দুনা থিরম্মী। অদুবু মমৈদা নীংশিংলক্লে। মদুদি মহাকপু কাউথোক্লবা হোৎনবদা লোইশিন্দনা অদুমক মাঙহনখ্রে। থম্মোইদা শঙখিবা মচু অদুদি মৈতান্না ৱাইখৈদ্রিবনিনা চুদুনা লৈহৌরি।

আগষ্ট ২৭, ২০০৯।

# লৌনম লাংদা

পুজা য়াদব স্কুলদগী হল্লক্লুনা য়ুমদা ঙাইহাক পোখারম্মী। চা লোনগে হায়দুনা চাকশঙদা চংলকপদা মমা ভারতিনা হান্না লোন্দুনা লৈরমলে। মমা মচা চা থক্ল থক্লা ঋারী শান্নরিঙৈদা ফোন লাকখি। পায়খৎতুনা নম্বর অদুদা মুন্না য়েংল্লুরগা ফল্লাংলোমদা য়েংলম্মী। অদুগা ঋারী শাবা তৌদনা ফোন অদু হান্নগী মফমদা অমুক থম্লম্মী। মমানা হায়রকই,

- কনাগী ফোন্নো ? লৌখৎলগা অমুক থম্লিবদি কৈদৌরে ?

- গজেন্দ্র য়াদবকীনি। নেহাগী মপানি।

- হা ! গজেন্দ্রগীনি হায়বা ? ইশু নেহাগী মপা! মহাক্তি করিগী তৌরকইবা ?

- খঙদে। ঐ মাগা ঋারী শান্নবা পামদে।

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরবা মতুংদা পুজাগী মমানা হায়রকই,

- করি ঋাফমগীনো হায়বদুদি খঙবনা চুমদ্রা ? মহাক্কা ঙাইহাক ঋারী শাবদা অকাইবদি থোক্রোইদনা। ইমাদি নহাক্লা লোন্না লোন্না কপ্পদু য়েংবা ঙমদেনে।

অসি হায়দুনা মমাদো মমিৎতগী মপি শিন্থুরক্লম্মী। মতম অদুদা ফোন খিংবা লেপখিরম্মী।

ঙসিদগী চহি তরানীথোইরোমগী মমাঙদগী পুজা য়াদব মপামদা হল্লক্লুনা লৈরবনি। নুপা ময়ুমদা য়াম্না পুকচেল খোইজেল তিন্ননা লৈমিন্নরম্বনি। নোংমা গজেন্দ্রনা পুজাগী মফমদা মচলনুপী লুহোংবগী অউনপোৎকী মতাংদা ঋা হৌদোরকখি,

- ইচলনুপী, মনিষাসি নুপী মতোমতনি। মাগী লুহোংবসি য়াম্না ফজনা চাউনা পাঙথোকপা পাম্মী। অউনপোৎসু মতিক চানা পীদ্রবদি মীগী মমাঙদা ইজ্জৎ মাঙদুনা তোক্কনি।

- ঐখোয়না অঙম্বা মখৈদি হোৎনদুনা ফজনা পাঙথোকপিবা তারেদনা।

- মীগীদি নুপা অদু সরকারগী থবক তৌরিবনি । অদুনা মদুগী মতিক চাবা অউনপোৎ পীবা তাবনি।

- ঐখোয় ময়াম চংদুনা হোৎনবা তাবনি।

- নখোয়গী ইমাহোয়গী মতেং য়াওদনদি পাঙথোকপা ঙম্লোই।

- ঐখোয়গী অসোমগী ইমুংগী ফিভম নহাক্না থেন্না খঙলিবদুনি। কয়া য়াম্না মতেং দরকার ওইবগে ?

- লুপা লাখ মরিদংদি লুহোংবা থা অমা ব্রাৎলিঙেদা য়ৌহল্লক্লবা হায়খো।

লুপা লাখ মরি হায়বা তাবদা পুজা পাখৎলক্ষ্মী। অদুক য়াম্বা অদুদি কদাইদগী লৌরুনি। মহাক্কী মবুং অমা লৈরি। লৌ খরা লৈরিবা অদু য়োল্লফাওবা য়াল্লবা শেনফম অদু শাগৎপা ঙম্লোই। পুজানা তুমিন্না ব্রা ঙাংদনা লৈবদু উবদা গজেন্দ্রনা হায়রকখি,

- তুমিন্না লৈরবদি কৈদৌরে ? ঐনা হায়রিবসি মুন্না খল্লবা মতুংদা হায়রিবনি। নিংঙোল অমা থাজবদা নুপা ময়ুমগী অপাম্বা মতুং ইন্না অউনপোৎ পীবা হায়বসি তৌফম থোকপনি। নং ঐগী অপাম্বনা চৎনবী ওইবা য়ারোই। নংগী অউনপোৎতি ঐখোয়না হায়দে হায়দুনা ফি মচেৎ ময়োম অমা-অনী পুরকপদু ইচলনুপীগীদদি য়ারোই।

- নহাক্না মবুংনি নংনা অপাম্বদু পীয়ুদনা।

- ঐগী অপাম্বা হায়ববু লুপা লাখ মরিদু মতম চানা য়ৌহল্লক্কদবনি।

- য়ুমদা শেল থোকপা অমত্তা য়াওদে। মখোয়দি কদাইদগী লৌরুনি। লৈদি লৈতনা মীনা তৌনৈ হায়দুনা করিগী মতৌ তমগদৌরিবনো।

- নঙনা মদু থিগৎপগী দরকার ওইদে। ঐনা মুন্না খল্লগা হায়রিবসিনি। মদু নঙগী অউনপোৎনি হায়না খনগদবনি।

অউনপোৎকী ব্রাফম অসিদগী পুজাগী ইংনা চিক্লা লৈরম্বা পুন্সি অদু অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ মায়োক্নরবা অমনবা কিস্থবা হৌরবা

খাঙপোকশঙগুম ব্বানা খাঙবা হৌরমই। খোঙথাং খুদিংদা অশোইবা থিদুনা মনেম -মকু অমদি মপুরোইবনা ঙাংলম্মী। য়ুম্বাল্লবী নুপী অমগী মফমদদি সংসার পুম্বনা মাগী মায়োক্তা লেপ্লবসু মপুরোইবনা মমাঙদা চীংজাওগুম লৈরবদি অতৈ কনাবুসু নাচুংদনা হিংবা ঙমগনি। অদুবু মপুরোইবনা মহাকপু য়েক্লবা অমগুম য়েংলক্লবদি করম্না মনাক্তা নে-না তানা হিংবা ঙমগনি ?

নোংমা ব্বাকচিংগী থেংলবা অহিংনি। ইংবনা কনামত্তনা ফৈজুপ মনুংদগী মপান থোকপা পাম্নদ্রবা মতমনি। গজেন্দ্রনা পুজাবু মপামদগী পৈশা পুরক্তে হায়বগী ব্বাহৌদগী মপামদা চংনবা হায়রম্মী। পৈশা পুরক্লবদি মতম পুম্বগী ওইনা হল্লক্তনবা খঙহল্লম্মী। অহিং অদুমক্তদা পুজাবু মনেমপোক অমদি মপুরোইবনা থিনা ফুরম্মী। মমৈথংদা পুজানা শেংলিবা ফি-রোল পুম্নমক মুন্দুনা শেগাইরগা য়ুমগী মপান্দা তাম্থোক্তুনা থম্লম্মী। ইংলবা ব্বাকচিংগী অহিং অদু মশাদা মফি মচেং অমফাওবা য়াওদনা য়াম্না ব্বানা নোং ঙানবা ঙাইদুনা লেল্লম্মী।

নোং ঙানবগা পুজাগী মমা ভারতি অমদি মপা হজারিলাল লাক্তুনা মচানুপীবু পুখিরম্মী। পিক্লিবী থা তরেৎতা ঙাইরিবী মচানুপী নেহাবু মথাদগী শেৎতুনা মুলহৌরম্মী। নুমিৎ অদুদগী পুজা মমাগী মনাক্তা লৈরম্মী। গজেন্দ্রনসু পুজাবু লৌবা লাকখিদে। করম লেল্লি, করি চারি-থক্লি হায়বা ফাওবা নোংমতা হংলখিদে। পুজাগী অব্বাবা য়েংবা ঙমদদুনা মমা মপানা নোংমা মশুনুপী নেহাবু লৌবা লাকখি। অদুবু থিনা ঙাংদুনা তাম্থোরকখি। চহি খরগী মতুংদা কেশ অমা রেজিষ্টার তৌদুনা মচাবু লৌনবা হোৎনরম্মী। অদুবু মতম অসুম অসুম য়ৈথোক্তুনা লাকখি।

মতম্না অসুম হৌখিদুনা নেহা মশাগী চহি ৮ লোম ফারক্লে। মিরোল তাদ্রিঙৈদগী মমা কায়নরকপনা মমাগী নুংশিবা খঙলমদে। গজেন্দ্রনসু নেহাবু মমাদগী লাপথোহন্নবা হোৎনদুনা লাকখি। নোংমা কোর্টতা নেহানা মপা গজেন্দ্রগা লৈমিন্নগনি, মমাগা লৈমিন্নরোই মশক খঙদে হায়না ফোঙদোক্লম্মী। নেহাগী ব্বাফম অসিদগী গজেন্দ্রনা নেহাবু য়োক্লবা কোর্টনা ব্বারেপ তারম্মী। পুজানা নুংশিরবা মচাবু য়োকচবা ফংলমদে। গজেন্দ্রনা মহাকপু নোংমা নৎত্রগা

নোংমা লৌবা লাকখিগনি হায়না আশা তৌরম্বসু মাঙশিল্লকখি। মরম অসিদগী গজেন্দ্রগা খাইনরগে হায়না লেপ্লস্মী। মদুসু গজেন্দ্রনা য়াদবদগী কোর্টতা নমশিন্দুনা লৈরম্মী।

চহি ১২গী মমাঙগী ৱানি। পুজা য়াদবকী লুহোংবা য়াম্না নিংথিনা পিক্তক্লা পাংথোক্লম্মী। নুপা মযুম অমদি নুপী মযুম অনীগী থোইদোক হেন্দোক্লা খেন্নবা লৈরমদে। ময়াম পুম্নমক্লা মান্নবা মশেল পুন্সি লৈপুন শেম্বনি হায়না থাগৎনরম্মী। মরমদি অরেম্বদা চাদিং তৌরমদে। কনাগুম্বা খরগীদি লুহোংফম হোল ৱাইবতদা লুপা লাখলোমদা চাদিং তৌনরিবনি। অউনপোৎকী লমজেন্দা য়াওবা কয়াদি লাখ কয়ানা খুজিং ওইদুনা অওং-অউন তন্নিবনি। অমরোমদা মচানুপী পুজাগীদমক মমা মপানা অঙম্বা অউনপোৎ খরদমক মমিংতা ওইনা পীরম্মী। পুজাগী মপুরোইবা গজেন্দ্র য়াদবকী মাইকৈদগী অউনপোৎকী দাবী অমত্তা তৌরমদে। অঙম্বা খরদমক পীবদা য়ারম্মী। পুজা অমদি গজেন্দ্র লাইরিক লাইশু নিংথিনা হৈরবা মতম অসিগী নহাশিংনি। মখোয়গী লুহোংবা অসি লৈবাক্লা তমজনিংঙাইনি হায়না শোন্নরম্মী।

লুহোংলবা মতুং থা তরুক লৈরগা পুজা য়াদব গভরমেন্ট হাইয়র সেকেন্দরি স্কুলগী লেকচরর ওইনা খল্লক্লম্মী। গজেন্দ্রদি মরাইবক লৈতবনা থবক খল্লকখিদে। পুজাগী পুন্সি য়াম্না ইংনা-চিক্লা নুংঙাইনা চহি অমগা মখাইরোম লেল্লুরবা মতুংদা গজেন্দ্রগী মচলনুপী লুহোংবগী অউনপোৎকী ৱাফম লাকখিবনি।

পুজা য়াদব মপামদা লাক্তুনা লৈরবা চহি অমগী মতুংদা গজেন্দ্রগী মচলনুপী মনিষা লুহোংখ্রে। মখোয়না পামজবা নুপা অদুদি ফংলমদে। অউনপোৎকী মতাংদা য়ানদবদগী তোক্তুনা অতোপ্পা নুপা অমদা থাজরম্মী। চাদিং য়াম্না তৌনা চাউনা লুহোংবা হায়বদুদি তৌখিদ্রে। ইমুংগী ফিভম য়েংদুনা অঙম্বা খরদমক পিবদা য়ানরম্মী। অউনপোৎকী আৱাবা চৈথেং পীবা চুমদে হায়বা খঙনা খঙনা লৈবাক অসিগী মফম কয়াদা তমথিরবা চৎনবী অসি য়াম্না কন্না চেম্পুবা উরি। নিংঙোল ওইবীশিংগী মমা-মপা, মবুং-মৌপ্পাশিংনা মতিক মপা চাদনা ইনাক-কৈরাক খুনবা মীগা হিদান্নদুনা অউনপোৎ য়াম্না

পীনবা হোংনবদগী শেন্দোনগী কোমদা পুথরি। পিবা ওইবশিংগী মমা-মপা ওইবশিংনসু অউনপোৎ য়াম্না পুরকপা ঙম্বনা অফবা মমৌ ওইনা লৌনরি। মখোয়না পাম্বা অদু মনিং থুংনা পুরক্লগনা নুপা মশামক য়াওনা নুপীবু ওৎ-নৈবা, হাৎপনচিংবা চৎথরি। নোংমা কাংদনা অউনপোৎ য়াম্না পুরক্তবগী মীওৎ-মীনৈ, মীহাৎ-মীপুনগী পাউ লেপ্পা লৈতনা তারি।

গজেন্দ্রগী মচলনুপীগী লুহোংবা অঙম্বা চাংদা শিন্দুনা পাংথোক্লম্লবদি পুজাগী পুন্সিদা মপুরোইবা অমদি মচা কাইনবগী অৱাবা নংলম্লোই। পুজানা হল্লকপী হায়বা মিংথোল অসি ফংলম্লোই। অউনপোৎকীদমক মনেম-মকু অমদি মপুরোইবা ফাওবনা নুপী ওইবীশিংবু ওৎ-নৈরিবসি মখোয়গী মচা নিংঙোলশিংবু ময়ুম পানপ্রগা মীনা ওৎ-নৈদুনা তাম্থোরক্লবদি কমদৌগনি ? চৎনবীনি হায়দুনা অদুমক হরাওনা য়াবা তারিবরা ?

শাংলবা চহি ১২ গী মতুং অসিদা ঙসিতা ইথা থাজদনা গজেন্দ্রনা ফোন তৌরকপনি। পুজা অমদি মমানা ৱা খন্নরিঙৈদা ফোন অহুম-মরিরক তৌরকখি। অদুবু পুজানা পায়খৎলমদে। মমৈদদি ফোন অদু অমুক হন্না খিংলকখিদ্রে।

নুমিদাংৱাইরম হজারিলাল থবক চৎলুবদগী হঞ্জিল্লক্লে। মশুনুপী নেহাগী য়ুমদগী ফোন লাকপগী ৱাফম হৌদোক্লুনা খন্নরম্মী। অদুবু করি হায়বা পাম্লীবা, করম্বা ৱাফম ওইরমগদবা হায়বদুদি খঙবা ঙম্লমদে। য়াম্না মরু ওইবা ৱাফম ওইরবদি য়ুমদা লাক্লুনা হায়রবদা করি কায়বগে হায়নসু খন্নরম্মী। নুমিদাং চাবা থকপা লোইরদুনা ঙাইহাক ফমদুনা ৱারী শান্নরিঙৈদা ফোন অমুক লাকখি। হজারিলালনা হংলুই,

- কনা ওইরবনো ?

- ঐনি, মনোজ য়াদবনি। গজেন্দ্রগী মপানি।

- করি তাকপিগদবা ?

- ইমৌনুপী পুজাবু লৌশিনবা পাম্লে। অরুবা থবক লৈত্রবদি হয়েং অসি লাকচগে। নমাক নুপানদি হায়বা কুইরবনি। নশুনুপীশু মমা য়াওদবদুদা য়েংবা

নুংঙাইত্রে। কৈদৌঙে মমা লৌবা চৎকদৌরিবনো হায়না হংবদা লোইরে।

- ফনি, ফনি। হয়েং লৈজরমগে।

নুমিদাং থেঙলবা ফাওবা পুজাগী ইমুংদা খন্ন-নৈনরম্মী। অসুক কুইরবা মতমসি হোয়-মাই হায়দ্রগা ঙসিতা হায়রকইবা করিগীনো ? করম্বা ব্বা অমা অমুক লাক্কদৌরিবনো ? পুজানা নুপা ময়ুমদা চৎতুনা লৈরুবনা পুন্নমক্কী ওইনা নে-না তানা হিংবা পুন্সি অমা ওইগদৌরিবরা ? কয়া খন্নরবা মতুংদা পুজা অমদি গজেন্দ্র অমুক হনজিন্নবদা তারম্মী।

নোং ঙাল্লক্লে। ঙসি পুজাবু নুপা ময়ুম্না লৌবা লাক্কদৌরি। নুংশিরবা মচানুপীগা উনবা ফংগদৌরি। চহি কয়াগী মমাঙগী মীওৎ-মীনৈ, পেন্দবা শাওনিংবা পুন্নমক ঙসিদি কদাইদা চৎখ্রে। পুন্নমক হৢরাও-তয়াম্বগী ঈথক - ঈপোম্না লাপ্লা পুথোকখ্রে। ঙসিদি অমত্তা ওইবগী ঈচেলদা পুন্নমক তিল্লরগনি। মচানুপী লাক্কদৌরি হায়দুনা পুজানা চান্ন-থক্লবা মথেল-লুকোই কয়া শেমদুনা থৌরাং তৌরি। মচানুপীনা মীরোল তাদ্রিঙৈদা কায়নখিবদগী ঙসিতা উনগদৌরিবনি। মচানুপীগা ব্বারী শান্নগদৌরিবনি।

অয়ুক্কী পুং ১১ রোম তারকপা অদুব্বাইদা গজেন্দ্র য়াদব, মচানুপী নেহা অমদি মমা মপাগা লোয়ননা লাক্লম্মী। গজেন্দ্রগী ইমুং মনুংনা লানখিবা কয়া কাউথোকপিরো হায়না হায়জরম্মী। চাবা থকপা লোইরবা মতুং নুংথিল নুংশা নেমথরকপদা পুজাবু পুদুনা গজেন্দ্র য়াদব চৎখিরম্মী।

থা খরা হৌখ্রে। মচানুপী পুজানা নুপা ময়ুমদা নুংঙাইনা লৈখিবা উবদা মমা মপানা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইরম্মী। য়াম্না তোইনা করম লেল্লি, করি চারি-থক্লি হায়বনচিংবা হংদুনা ঈ-পাউ লৌরম্মী। মতম্না অসুম অসুম হৌখিদুনা থা তরুক শুরক্লে। মচানুপীগী অব্বা-নুংঙাই তোইনা হংলম্বদু মরক মরক্তা নত্তনা তোয়না হংলুদ্রে।

নোংমা অয়ুক অমা পুজা লিননা চিকপদগী লাইকন্নদুনা লৈরে হায়না গজেন্দ্রগী ফোন লাকখি। হজারিলাল অমদি ভারতি পম্বুবা লৈতনা মচানুপীগী মনাক্তা লাকখি। মখোয়না থুংবা মতম অদুদদি পুজা তাইবঙ থাদোক্লমবতা

নত্তুনা পোৎলোইরন্নে। তৌরিবা মতৌ অদু পুজাগী মমা মপাগী মফমদদি মঙগুম্না থোক্লম্মী। পুজাগী মীশি অদু মহাক্কী মমা মপানা য়াম্না চিংনরম্মী। পুজাবু মখোয়না হাৎলগা লিলনা চিকপনি হায়না নাকল অমরোমদা পুথোক্লবা হোৎনবনি হায়না চিংনরম্মী। মরম অদুনা পুলিস ষ্টেসনদা চৎতুনা এফ: আই: আর: অমা রেজিষ্টার তৌরম্মী। মদুদসু কান্নবা অমত্তা ফংলমদে। পুলিসকী রিপোর্টতা পুজানা গজেন্দ্রগা হনজিন্নরবা মতুংদা করিগুম্বা নুংঙাইনদবা থৌদোক অমত্তা থোকখিবা লৈতে। মহাক লিননা চিক্লুনা শিবনি হায়না ফোংদোক্লম্মী। পুজাগী মীশি অসিদা মহাক্কী মমা মপা অমদি মবুং থম্মোই শোক্লা নুংঙাইরমদে। অদুবু মখোয়গী উপাই অমত্তা লৈরমদে।

নুমিৎ খরনিগী তুংদা পুজাগা ওজা ওইমিন্নবা নুপা অমা লাক্লম্মী। মহাক্লা গজেন্দ্রগী মরমদা ব্রাফম খরা ফোঙদোক্লম্মী। গজেন্দ্রনা পুজাগী মীশিগী মতাংদা রিপোর্ট লান্না ইনবা ও:সি:দা লুপা লিশিং মরিফু পীখি হায়না তন্নম্মী। পুজানা য়াওরম্বা এল:আই:সি: গী লুপা লাখ তরাগী শেনফম অমা লৌবা য়ানবা অমদি পুজানা থবক তৌরম্বগী পেনসন ফংনবা পুজাবু হু পিজদুনা হাৎপনি। অদুগা লিলনা চিক্লুনা শিবনি হায়না রিপোর্ট ইহনবনি। পোষ্ট মোর্টেম রিপোর্টতা খঙনরক্কনি হায়দুনা হোসপিটালদা পুখৎপা তৌদনা পোৎলোইখিবনি হায়নসু নুপা অদুনা মখা তারম্মী। পুজানা থবক তৌবা থা অদুমক্তদা এল:আই:সি:গী পোলিসি অনী মহাক্কী অমদি মচাগী মিংদা য়াওখি। পুজানা মপামদা লৈরিঙৈ মতমদসু মসিগীদমক্তা মতম চানা শেল হুল্লম্মী। কুইদ্রিঙৈগী মমাংদা গজেন্দ্রগা হনজিন্নরবা মতমদা মচানুপীনা চাউরক্লগা অওং-অউন তম্বদা মতেং ওইনবা হায়দুনা পোলিসি অমসু য়াওরম্মী। পুম্নমক অসি গজেন্দ্রনা শিন্দুনা তৌহনখিবনি। হৌজিক মচানুপী পুজা শিখিবগী অশেংবা মরম খঙলক্লবা মতম অসিদা ভারতি অমদি হজারিলাল নীংঙমদবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মচানুপীবু করিগী গজেন্দ্রগা অমুক হনজিন্নদুনা লৈননবা শীল্লুবনো হায়না খল্লম্মী। মচাগী ফনবনি হায়দুনা শীল্লুবা থৌরাং পুম্নমক মীনুংশি খঙদবা হিংচা য়াইতম্বশিংগী লৌনম লাংদা থুনবা শীনবা ওইনা থোক্লম্মী।

ডিসেম্বর ৩১, ২০০৯।

# খুদোনপোৎ

নেমতক তৌবা মরু কোক্লবা আরাব্বালি চীংশাংনা দিল্লীদগী হৌরগা হরিয়ানা ফাওদুনা চৎলগা রাজাস্থান তম্না শন্দোকখ্রি। মসিগী মফম খরদা উ মচা মচা হৌরবসু অয়াম্বা মফমশিংদি ইকোক কোক্লা লৈ। মফম খরদি নাপী ফাওবা হৌবা ঙমদনা শন্দোকখ্রি। য়েংবদা নুংগী চীংশাং ওইনা উরি। মফম খরদা চীংলৈবাক হায়না খঙনবা অঙাংবা চেক মচু ওইনা উরি। মফম খরদদি ব্রাউরুনবা মচুগী নুংগী চীং ওইনা উরি।

থেক্লা খোয়না শন্দোকখ্রিবা চীংশাং অসিগী মখোঙদা নেসনেল হায়ৱে নীপালশুবগা শম্নবা লম্বী মচাশিং থোইদোক হেন্দোক্লা পূক্লিং শুমহৎনিংঙাই ওইনা ফজে। চীংশাং অসিগী মতোন্দগী য়েংবদা উরি মনাক নকপদা অমদি তাম্না শন্দোকখ্রিবা চীংদুম মচা-মচাশিং। চীংশাং অসিগী থেকচিনবা মফমশিংদা উ মচা-মচা খরসু হৌরি। মসিনা থোইদোক হেন্দোক্লা নিংথিহল্লি। অদুবু মমশিল্লকপা মতমদদি তমথিরবা থৌদোক-ব্রাথোক কয়া তত্তনা মফমশিং অসিদা থোক্লি। অদুনা ফজরবা দৃশ্যশিং অসি অহিংগী মতমদা তমথিরবা শক্তম লৌরিবা শাহিং চাবশিংগী চাক্তাফম হেক হেক ওম্থোকই।

নেসনেল হায়ৱে য়ৌদ্রিঙৈগী অরাব্বালি চীংশাংনা থেকচিনবা খরা শোংবা মফম অমা ফাওদুনা চৎপা লম্বী মচা অমা লৈরি। মফম অসিদা অহিংগী মতমদা লুট-পাৎ তৌবা পৈশা খরগীদমক মী হাৎপনচিংবা থৌদোক ব্রাথোক তত্তনা থোকই। অদুনা মমশিল্লক্লবদি লম্বী অসিদা নাইতোম তানা চৎপা কীনৈ।

নোংমা সুরেন্দ্রকুমার মোটোর সাইকল থৌদুনা মমান্নবগী য়ুমদগী লম্বী অসিদা হল্লকখি। মহাক ইন্দিয়ান আর্মিদা য়াওদুনা চহি কয়া ইন্দিয়াগী মফম কয়াদা কোয়না চৎতুনা থবক তৌরম্লবা মতুংদা পোত্থারম্মী। ইন্দিয়াগী ঈরাং কল্লবা জমু কাশ্মির, নোর্ট ইষ্টকী ষ্টেটশিং, মাওইশকী ঈরাং কল্লবা ষ্টেট কয়াদা কোইনা চৎলুরে। লালহৌবা কয়া মায়োক্লুরে। নোংমৈ মরু কয়া মহাক্কী মনাক নক্লা য়াংনা পাইদুনা চৎপ্রে। পুম্নমক অসিদগী নাম্থোক্তুনা ঙসিদি থবক্তগী

পীনবা হোৎনবদগী শেন্দোনগী কোমদা পুথরি। পিবা ওইবশিংগী মমা-মপা ওইবশিংনসু অউনপোৎ য়াম্না পুরকপা ঙম্বনা অফবা মমৌ ওইনা লৌনরি। মখোয়না পাম্বা অদু মনিং থুংনা পুরক্কগনা নুপা মশামক য়াওনা নুপীবু ওৎ-নৈবা, হাৎপনচিংবা চৎথরি। নোংমা কাংদনা অউনপোৎ য়াম্না পুরক্কবগী মীওৎ-মীনৈ, মীহাৎ-মীপুনগী পাউ লেপ্পা লৈতনা তারি।

গজেন্দ্রগী মচলনুপীগী লুহোংবা অঙম্বা চাংদা শিন্দুনা পাংথোক্লম্লবদি পুজাগী পুন্সিদা মপুরোইবা অমদি মচা কাইনবগী অন্নাবা নংলম্লোই। পুজানা হল্লকপী হায়বা মিংথোল অসি ফংলম্লোই। অউনপোৎকীদমক মনেম-মকু অমদি মপুরোইবা ফাওবনা নুপী ওইবীশিংবু ওৎ-নৈরিবসি মখোয়গী মচা নিংঙোলশিংবু ময়ুম পানখ্রগা মীনা ওৎ-নৈদুনা তাম্থোরক্লবদি কমদৌগনি ? চৎনবীনি হায়দুনা অদুমক হরাওনা য়াবা তারিবরা ?

শাংলবা চহি ১২ গী মতুং অসিদা ঙসিতা ইথা থাজদনা গজেন্দ্রনা ফোন তৌরকপনি। পুজা অমদি মমানা ব্রা খন্নরিঙৈদা ফোন অহুম-মরিরক তৌরকখি। অদুবু পুজানা পায়খৎলমদে। মমৈদদি ফোন অদু অমুক হন্না খিংলকখিদ্রে।

নুমিদাংব্রাইরম হজারিলাল থবক চৎলুবদগী হঞ্জিল্লক্লে। মশুনুপী নেহাগী য়ুমদগী ফোন লাকপগী ব্রাফম হৌদোক্লুনা খন্নরম্মী। অদুবু করি হায়বা পাপ্লীবা, করম্বা ব্রাফম ওইরমগদবা হায়বদুদি খঙবা ঙম্লমদে। য়াম্না মরু ওইবা ব্রাফম ওইরবদি য়ুমদা লাক্লুনা হায়রবদা করি কায়বগে হায়নসু খন্নরম্মী। নুমিদাং চাবা থকপা লোইরদুনা ঙাইহাক ফমদুনা ব্রারী শান্নরিঙৈদা ফোন অমুক লাকখি। হজারিলালনা হংলুই,

- কনা ওইরবনো ?

- ঐনি, মনোজ য়াদবনি। গজেন্দ্রগী মপানি।

- করি তাকপিগদবা ?

- ইমৌনুপী পুজাবু লৌশিনবা পাম্লে। অরুবা থবক লৈত্রবদি হয়েং অসি লাকচগে। নমাক নুপানদি হায়বা কুইরবনি। নশুনুপীশু মমা য়াওদবদুদা য়েংবা

নুংঙাইত্রে। কৈদৌঙে মমা লৌবা চৎকদৌরিবনো হায়না হংবদা লোইরে।

ফনি, ফনি। হয়েং লৈজরমগে।

নুমিদাং থেঙলবা ফাওবা পুজাগী ইমুংদা খন্ন-নৈনরম্মী। অসুক কুইরবা মতমসি হোয়-মাই হায়দ্রগা ঙসিতা হায়রকইবা করিগীনো ? করম্বা ব্না অমা অমুক লাক্কদৌরিবনো ? পুজানা নুপা ময়ুমদা চৎতুনা লৈরুবনা পুন্নমক্কী ওইনা নে-না তানা হিংবা পুন্সি অমা ওইগদৌরিবরা ? কয়া খন্নরবা মতুংদা পুজা অমদি গজেন্দ্র অমুক হনজিন্নবদা তারম্মী।

নোং ঙাল্লক্লে। ঙসি পুজাবু নুপা ময়ুম্না লৌবা লাক্কদৌরি। নুংশিরবা মচানুপীগা উনবা ফংগদৌরি। চহি কয়াগী মমাঙগী মীওৎ-মীনৈ, পেন্দবা শাওনিংবা পুন্নমক ঙসিদি কদাইদা চৎখ্রে। পুন্নমক হরাও-তয়াম্বগী ঈথক - ঈপোম্না লাপ্না পুথোকখ্রে। ঙসিদি অমত্তা ওইবগী ঈচেলদা পুন্নমক তিল্লরগনি। মচানুপী লাক্কদৌরি হায়দুনা পুজানা চান্ন-থক্লবা মথেল-লুকোই কয়া শেমদুনা থৌরাং তৌরি। মচানুপীনা মীরোল তাদ্রিঙৈদা কায়নখিবদগী ঙসিতা উনগদৌরিবনি। মচানুপীগা ব্নারী শান্নগদৌরিবনি।

অয়ুক্কী পুং ১১ রোম তারকপা অদুব্নাইদা গজেন্দ্র য়াদব, মচানুপী নেহা অমদি মমা মপাগা লোয়ননা লাক্লম্মী। গজেন্দ্রগী ইমুং মনুংনা লানখিবা কয়া কাউথোকপিরো হায়না হায়জরম্মী। চাবা থকপা লোইরবা মতুং নুংথিল নুংশা নেমথরকপদা পুজাবু পুদুনা গজেন্দ্র য়াদব চৎখিরম্মী।

থা খরা হৌখ্রে। মচানুপী পুজানা নুপা ময়ুমদা নুংঙাইনা লৈখিবা উবদা মমা মপানা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইরম্মী। য়াম্না তোইনা করম লেপ্লি, করি চারি-থক্লি হায়বনচিংবা হংদুনা ঈ-পাউ লৌরম্মী। মতম্না অসুম অসুম হৌখিদুনা থা তরুক শুরক্লে। মচানুপীগী অব্না-নুংঙাই তোইনা হংলম্বদু মরক মরক্তা নত্তনা তোয়না হংলুদ্রে।

নোংমা অয়ুক অমা পুজা লিননা চিকপদগী লাইকন্নদুনা লৈরে হায়না গজেন্দ্রগী ফোন লাকখি। হজারিলাল অমদি ভারতি পম্বুবা লৈতনা মচানুপীগী মনাক্তা লাকখি। মখোয়না থুংবা মতম অদুদদি পুজা তাইবঙ থাদোক্লমবতা

নত্তুনা পোৎলোইরম্নে। তৌরিবা মতৌ অদু পুজাগী মমা মপাগী মফমদদি মঙগুম্না থোক্লম্মী। পুজাগী মীশি অদু মহাক্কী মমা মপানা য়াম্না চিংনরম্মী। পুজাবু মখোয়না হাৎলগা লিলনা চিকপনি হায়না নাকল অমরোমদা পুথোক্লবা হোৎনবনি হায়না চিংনরম্মী। মরম অদুনা পুলিস ষ্টেসনদা চৎতুনা এফ: আই: আর: অমা রেজিষ্টার তৌরম্মী। মদুদসু কান্নবা অমত্তা ফংলমদে। পুলিসকী রিপোর্টতা পুজানা গজেন্দ্রগা হনজিন্নরবা মতুংদা করিগুম্বা নুংঙাইনদবা থৌদোক অমত্তা থোকখিবা লৈতে। মহাক লিননা চিক্তুনা শিবনি হায়না ফোংদোক্লম্মী। পুজাগী মীশি অসিদা মহাক্কী মমা মপা অমদি মবুং থম্মোই শোক্লা নুংঙাইরমদে। অদুবু মখোয়গী উপাই অমত্তা লৈরমদে।

নুমিৎ খরনিগী তুংদা পুজাগা ওজা ওইমিন্নবা নুপা অমা লাক্লম্মী। মহাক্লা গজেন্দ্রগী মরমদা ৱাফম খরা ফোঙদোক্লম্মী। গজেন্দ্রনা পুজাগী মীশিগী মতাংদা রিপোর্ট লান্না ইনবা ও:সি:দা লুপা লিশিং মরিফু পীখি হায়না তম্লম্মী। পুজানা য়াওরম্বা এল:আই:সি: গী লুপা লাখ তরাগী শেনফম অমা লৌবা য়ানবা অমদি পুজানা থবক তৌরম্বগী পেনসন ফংনবা পুজাবু হু পিজদুনা হাৎপনি। অদুগা লিলনা চিক্তুনা শিবনি হায়না রিপোর্ট ইহনবনি। পোষ্ট মোর্টেম রিপোর্টতা খঙনরক্কনি হায়দুনা হোসপিটালদা পুখৎপা তৌদনা পোৎলোইখিবনি হায়নসু নুপা অদুনা মখা তারম্মী। পুজানা থবক তৌবা থা অদুমক্তদা এল:আই:সি:গী পোলিসি অনী মহাক্কী অমদি মচাগী মিংদা য়াওখি। পুজানা মপামদা লৈরিঙৈ মতমদসু মসিগীদমক্তা মতম চানা শেল হুল্লম্মী। কুইদ্রিঙৈগী মমাংদা গজেন্দ্রগা হনজিন্নরবা মতমদা মচানুপীনা চাউরক্লগা অওং-অউন তম্বদা মতেং ওইনবা হায়দুনা পোলিসি অমসু য়াওরম্মী। পুম্নমক অসি গজেন্দ্রনা শিন্দুনা তৌহনখিবনি। হৌজিক মচানুপী পুজা শিখিবগী অশেংবা মরম খঙলক্লবা মতম অসিদা ভারতি অমদি হজারিলাল নীংঙমদবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মচানুপীবু করিগী গজেন্দ্রগা অমুক হনজিন্নদুনা লৈননবা শীল্লুবনো হায়না খল্লম্মী। মচাগী ফনবনি হায়দুনা শীল্লুবা থৌরাং পুম্নমক মীনুংশি খঙদবা হিংচা য়াইতম্বশিংগী লৌনম লাংদা থুনবা শীনবা ওইনা থোক্লম্মী।

ডিসেম্বর ৩১, ২০০৯।

# খুদোনপোৎ

নেমতক তৌবা মরু কোক্লবা আরাব্বালি চীংশাংনা দিল্লীদগী হৌরগা হরিয়ানা ফাওদুনা চৎলগা রাজাস্থান তম্না শন্দোকখ্রি। মসিগী মফম খরদা উ মচা মচা হৌরবসু অয়াম্বা মফমশিংদি ইকোক কোক্লা লৈ। মফম খরদি নাপী ফাওবা হৌবা ঙমদনা শন্দোকখ্রি। য়েংবদা নুংগী চীংশাং ওইনা উরি। মফম খরদা চীংলৈবাক হায়না খঙনবা অঙাংবা চেক মচু ওইনা উরি। মফম খরদদি ব্বাউরুনবা মচুগী নুংগী চীং ওইনা উরি।

থেক্লা খোয়না শন্দোকখ্রিবা চীংশাং অসিগী মখোঙদা নেসনেল হায়ব্বে নীপালশুবগা শম্নবা লম্বী মচাশিং থোইদোক হেন্দোক্লা পূক্লিং শুমহৎনিংঙাই ওইনা ফজে। চীংশাং অসিগী মতোন্দগী য়েংবদা উরি মনাক নকপদা অমদি তাম্না শন্দোকখ্রিবা চীংদুম মচা-মচাশিং। চীংশাং অসিগী থেকচিনবা মফমশিংদা উ মচা-মচা খরসু হৌরি। মসিনা থোইদোক হেন্দোক্লা নিংথিহল্লি। অদুবু মমশিল্লকপা মতমদদি তমথিরবা থৌদোক-ব্বাথোক কয়া তত্তনা মফমশিং অসিদা থোক্লি। অদুনা ফজরবা দৃশ্যশিং অসি অহিংগী মতমদা তমথিরবা শক্তম লৌরিবা শাহিং চাবশিংগী চাক্তাফম হেক হেক ওম্থোকই।

নেসনেল হায়ব্বে য়ৌদ্রিঙৈগী অরাব্বালি চীংশাংনা থেকচিনবা খরা শোংবা মফম অমা ফাওদুনা চৎপা লম্বী মচা অমা লৈরি। মফম অসিদা অহিংগী মতমদা লুট-পাৎ তৌবা পৈশা খরগীদমক মী হাৎপনচিংবা থৌদোক ব্বাথোক তত্তনা থোকই। অদুনা মমশিল্লক্লবদি লম্বী অসিদা নাইতোম তানা চৎপা কীনৈ।

নোংমা সুরেন্দ্রকুমার মোটোর সাইকল থৌদুনা মমান্নবগী যুমদগী লম্বী অসিদা হল্লকখি। মহাক ইন্দিয়ান আর্ম্মিদা য়াওদুনা চহি কয়া ইন্দিয়াগী মফম কয়াদা কোয়না চৎতুনা থবক তৌরম্লবা মতুংদা পোত্থারম্মী। ইন্দিয়াগী ঈরাং কল্লবা জমু কাশ্মির, নোর্ট ইষ্টকী ষ্টেটশিং, মাওইশকী ঈরাং কল্লবা ষ্টেট কয়াদা কোইনা চৎলুরে। লালহৌবা কয়া মায়োক্লরুরে। নোংমৈ মরু কয়া মহাক্কী মনাক নক্লা য়াংনা পাইদুনা চৎখ্রে। পুম্নমক অসিদগী নাম্থোক্তুনা ঙসিদি থবক্তগী

মতম ব্রাংলিঙৈদা পোখাদুনা লৈরবনি। মহাক লম্বী অসিদা লাকপদা নীংজিং মাঙজিংনবা খরদি ফাওরম্মী। অদুনা খোংজেল খরা হেন্না য়াংনা থৌবা হৌরম্মী। চীংগী নাকল থেকচিল্লকপা মতমদা নুপা অনী লৈবা উরম্মী। গাড়ী লেপ্তুনা থৌজিল্লকপনা মখোয়গী মনাক য়ৌরমদাইদা নুপা অমনা মখুৎ খন্দুনা খন্নকখি। নুপা অমগী মখুৎতা পিষ্টোল অমা পাইরম্মী। সুরেন্দকুমার খামদবা য়াদদুনা খাল্লম্মী। চীংখোঙগী মচি অমদা মহাকপু পুশিল্লম্মী। মখুৎ থাংগৎহন্দুনা মশাদা করি করি য়াওবগে হায়না চেক তৌরম্মী। মহাক্কী খোংগ্রাউগী ফুরিখাউদা য়াওবা মোবাই ফোন অমদি পর্স লৌখিরম্মী। সুরেন্দ্রনা পিষ্টোল পাইবা নুপা অদুদগী পিষ্টোল অদু মুনগে হায়না খল্লম্মী। অদুনা মতম অয়াম্বদা মঙোন্দা মীৎয়েং থন্নম্মী। পিষ্টোল পাইরমদ্রবদি মহাক মথন্তনা নুপা অনী অদুগা মায়োক্নবদা করিসু কীগদবা নত্তে। অদুবু পিষ্টোল অমা পাইরম্বদুনা উপাই লৈরমদে। অদুবু তাঞ্জা য়েংলম্মী। মহাক্কী মওং খঙবদগী পিষ্টোল পাইবা নুপা অদুনা হায়রকই,

- নখুৎ অনীদু নকোক্তা চুম্না থন্নগা মখাদা য়েংদুনা লৈয়ু। নৎত্রবদি নথ্বায় মাঙদুনা তোকচনি। ঐখোয় অনীখক্তনি হায়না খনগনু। (চীংদোলদা খুদোম্বী থিন্দুনা) আদা চীংদোলদা লৈরিবা অসি য়েংউ।

থাবল ফরবা অহিংমক নৎত্রবসু চীংদোল অমদি অতিয়াগা শম্নবা শরুক অদুদা উনা কদাইদা হৌবা কদাইদা হৌদবা পুম্নমক খঙবা ঙম্নম্মী। তশেংনমক চীংদোলদা মী খরসু লৈবা উরম্মী। সুরেন্দ্র মখোয়না হায়বতা তৌবা তারম্মী। সুরেন্দ্রগী পর্সতা য়াওবা এস:বি:আই:গী এ:টি: এম: কার্দ লৌথোক্লবা মতুংদা নুপা অমনা হংলম্মী,

- বেঙ্কতা পৈশা লৈরি ?

সুরেন্দ্র খুম্লমদে। মহাক্না খুমদবা অদুদা পিষ্টোল অদুনা মহাক্কী মকোক্তা নম্লম্মী। অদুগা হায়রকই,

- অশেং অশেংবদু হায়য়ু। মতম মাঙহনগনু। অহিং অসিদা মোটোর সাইকল তরেৎ-নীপাল লৌগদৌরিবনি। অশেংবদু হায়দ্রবনি নথ্বায় মাঙদুনা তোকচনি। পৈশা মাঙবনা ফবরা নথ্বায় মাঙবনা ফবরা ?

- লুপা লিশিং কুম্থারোম য়াওবনি। অশেংবদু কাউরে। খেন্নরবদা লিশিং অমা অনীদগী হেন্না খেন্নরোই।

মতুংদা সুরেন্দ্রবু চীংদোলদা পুখৎলম্মী। মঙোন্দগী এ:টি:এম:গী কোর্ড নম্বর খঙলগা নুপা অমা সুরেন্দ্রগী মোটোর সাইকলদু থৌদুনা চৎখিরম্মী। হূরানবশিং অদুনা সুরেন্দ্রগী ফোন অদু শীজিন্নদুনা অতোপ্পা মীওইশিংগা ৱারী শান্নদুনা পাউ ফাওনরম্মী। সুরেন্দ্রবু চীংদোল অদুদা উপ্রাক্না উপ্তুনা হিপহল্লম্মী। অহিং অদুদা মোটোর সাইকল অহুম হূরানবশিং অদুনা লাক্লম্মী। অতোপ্পা মোটোর সাইকল অনী অদুদা তোংলকপা মী অহুম অমগা মখোয় চীংদোল অদুদা নোং ঙানবা ঙাইমিন্নরম্মী। মখোয়বু নুপা মরিনা ঙাক শেন্দুনা থল্লম্মী। মখোয় অনী অমনা মখুৎতা থাং পাইরম্মী। নুপা অনী অমনা মনাক নকপদা হৌবা উগী উশা থেক্কুনা পাইরম্মী। অহিং মমৈ ওইরকপদা হূরানবশিং অদুনা মখোয়বু থাদোরক্লম্মী। মখোয়না করিগুম্বা পুলিসতা তাক্কুনা মখোয়গী খোঙ্গুল লীরক্লবদি হাৎকনি হায়না কিহল্লম্মী।

সুরেন্দ্র ট্রক অমদা তোংদুনা হল্লকখি। ময়ুমদা মহাক হল্লকতবগী মিপাইনদুনা লৈরম্মী। ফোন তৌবদা অহানবদা চৎলম্মী। মমৈদা সুইস ওফ তৌদুনা থল্লম্মী। সুরেন্দ্রনা অহিং অদুগী থৌদোক পুম্নমক চিংথদনা তল্লম্মী। পুম্নমক তারবা মতুংদা সুরেন্দ্রগী মপানা থেমজিন্দুনা হায়রকই,

পৈশা অমদি গাড়ী মাঙবদি অরাইবনি। থৱাই মাঙহৌদবা অদুমক য়াম্না ফরবনি।

সুরেন্দ্রনা বেঙ্কতা চৎতুনা মহাক্কী একাউন্টতা পৈশা য়াওরিবরা হায়না চেক তৌরুবদা সুপ্নতগী লুপা মরিফুখক্তা য়াওরম্মী। মহাক্কী একাউন্টতগী লুপা লিশিং কুন্থানীথোই লৌথোকখিরম্মী। পুলিস ষ্টেসনদা চৎতুনা গাড়ী লাকখিবগী পাউ পীরম্মী। নুমিদাং অদুদা সুরেন্দ্রগা ফামিন্নদুনা থমখিবা গাড়ী মপুশিং অদুসু লাক্লম্মী। মখোয়বু ফাদুনা থমখিবা মফম অদু পুলিসকা লোয়ননা চৎতুনা য়েংলম্মী। হূরানবশিং অদুনা মখোয়বু উপ্রাক্না উপহল্লগা থমখিবগী

অকংবা নাপিশিংনা তুদুনা লৈবা, মনাক নকপা উগী উশা থেকখিবগী মফমশিং পুম্নমক কুপ্না য়েংলম্মী।

ও:সি:না সুরেন্দ্রগী মোবাইল নম্বর অমদি করম্বা সিম কার্দনো হায়বা খঙদোক্লবা মতুংদা হায়রকই,

হূরানবশিং অদু অথুবা মতমদা ফানবা হোৎনগে। গাড়ী অমদি পৈশা শোয়দনা ফংগনি। দরকার ওইরবদি নখোয়বু কৌরক্কে।

সুরেন্দ্র ময়ুমদা হল্লক্লে। নুমিৎ হুম্নি হৌখ্রে, পুলিসকী মাইকৈদগী করিগুম্বা পাউ অমত্তা লাকপা লৈত্রি। পুলিস ষ্টেসন্দা মখা তাবা পাউ খঙনবা চৎকে হায়না খল্লম্মী। নুমিৎ খরনি অসিদা পুলিসনা বোডাফোনগী ওফিসতা চৎতুনা থিজিনবা হৌরম্মী। হৌখিবা এপ্রিলগী তাং ২৪গী নুমিদাং পুং মাপল তাবদগী নোংঙাল্লমদাই পুং মরি মখাই ফাওবদা সুরেন্দ্রগী ফোনগা করম করম্বা নম্বরগা ৱারী শান্নখিবগে ? করম্বা নম্বরগা খ্বাইদগী হেন্না ৱারী শান্নখিবগে ? নম্বরশিং অদু কনা কনাগীনো ? কদাইদা লৈবগে হায়বনচিংবা পুম্নমক খঙদোক্লম্মী।

ও:সি:না মীওই খরগী মশক মমিং খঙদোক্লবা মতুংদা হূরানবশিং অদু ফানবা থৌরাং তৌরম্মী। মরিনি শুবা নুমিৎতা পুলিসনা সুরেন্দ্রবু পুলিস ষ্টেসন্দা পুং মাপল মখায় তাবা মতমদা লাক্লবা খঙহল্লক্লম্মী। মতম চানা সুরেন্দ্র ও:সিগী মনাক্তা য়ৌরক্লম্মী। ও:সি:গী মনাক্তা নুপা মীয়ায় চল্লবা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মোটোর সাইকল লাকখিবগী থিবিনবা ৱাকৎপা লাকপা ওইরম্মী। মহাক্কী মোটোর সাইকল লাকখিবগী ৱারী অদুদি ইনৌ নৌনা থোক্লম্মী। নুপা অদুনা ও:সি:গী মফমদা হায়রম্মী,

- ঐ নুমিদাংৱাইরম ওফিসতগী য়ুমদা হল্লকখি। য়ুম য়ৌদ্রিঙৈদা মী তাদবা কিলোমিটর তরেৎ নিপাললোমগী উমং অমা লৈ। কিলোমিটর অমরোম চৎলবা মতুংদা সলৱার শেৎপী লৈশাবীমচা অমা মথন্তা চৎতুনা লৈরম্মী। থংনবা খুন ফাওবদা তোংজগে হায়বদগী ঐনা তোংহল্লম্মী। কিলোমিটর

অহুমলোম মাঙলোমদা চৎলবা মতুংদা নুপী অদুনা চুনি তাহৌরে অমুক্তা খামখো হায়রকখি। ঐনা গাড়ী খান্বা মতমদা মহাক্কী চুনি অদু ফুট য়াংখৈ-হুমফুরোম লাপ্পা তাবা উরম্মী। নুপীমচা অদুনা মহাক চৎপা কিজে অক্কল অমুক্তা খুনবীরুচো হায়রকখি। ঐনা গাড়ী মমাই লৈরিঙৈ মতমদা য়ৌবা য়াবা মফমনি লাপ্পা নত্তে খন্দুনা চুনি অদু খুনবা চেনবোই চৎপোই তৌদুনা লাক্লম্মী। চুনি অদু খুনগৎলগা লাকপা হৌরকপদা লৈশাবীমচা অদুনা ঐগী মোটোর সাইকল অদু থৌদুনা চৎখিবনিনে।

ও:সি:না নুপা অদুগী ৱারী অদু তারবা মতুংদা রিপোর্ট অমা শেন্নমমী। অদুগা নুপা অদুদা মোটোর সাইকল অদু শোয়দনা ফংগনি হায়বগী থাজবা পীদুনা হলহনখিরম্মী। নুপা অদুগী ৱাফমদগী মায় লৈরক্তুনা সুরেন্দ্রদা ওনশিন্দুনা হায়রকই,

- হূরানবশিং অদুগী মশক মমিং খঙলে। মখোয়গী মরক্তগী অমা হান্না ফারগা অকুপ্পা মরোল মঙোন্দগী খঙদোক্কদৌরিবনি। মীওই অমা ফানবা থৌরাং অমা শেন্নে। হৌজিক ঐখোয় পোষ্ট ওফিসতা চৎলসি।

ও:সি: অমদি পুলিস খরা অচম্বা ফিজোল শেৎতুনা সুরেন্দ্রগা লোয়ননা পোষ্ট ওফিসতা চৎলম্মী। সুরেন্দ্রগী মোবাইলগা ৱারী শান্নখিবা মোবাইল নম্বরশিং অদু বোডাফোনগী ওইরমখি। বোডাফোন কম্পনিগী মাইকৈদগী খুদোলপোৎ অমা লাকই লৌবা লাকউ হায়না হূরানবশিং অদুগী মনুংদগী অমদা পোষ্টমেনগী খুত্থাংদা খঙহল্লম্মী।

পুং তরামাথোই মখায়রোম তারকপা অদুৱাইদা খুদোলপোৎ লৌবা মীওই মরি লাকখি। নুপা অনী অমদি নুপী অনীনি। পুলিসনা পাউ খঙহনখিবদি সুরেন্দ্রগী নম্বরগা খ্বাইদগী য়াম্না ৱারী শান্নখিবা নুপা অমদনি। সাহিল কৌবা নুপা অমা ও:সি:না কৌশিন্দুনা ৱারী ঙাইহাক শান্নরবা মতুংদা লাকমিন্নবা মীওই পুম্নমক পুলিস ষ্টেসনদা পুদুনা চৎলম্মী।

পুলিস ষ্টেসনদা মখা তানা ৱাহং-পাউহং তৌরবা মতুংদা হৌখিবা গাড়ী লাকপগী থৌদোক অদুদা মীওই তরেৎ চৈন্নে, নুপী অমা য়াওই হায়বা খঙলম্মী। নুমিদাং অদুদা মহাক্কী মোবাইল পাইদুনা ৱারী তোইনা শান্নখিবা মোবাইলগী মৈঙাল অদুদা উখিবা শক্তম অদু মমাঙমক্তা লেপ্পবা অদুদা তশেংনা হুরানবা অদুনি হায়বা খঙবা ঙম্লম্মী। সুরেন্দ্রগী গাড়ী অদু নম্বর হোংদোক্লগা শীজিন্নরম্মী। অতোপ্পা গাড়ী অনী অমনা মীঙোন্দা য়োন্থোকখিরম্মী। মথং মথং গাড়ীগী খোঙ্গুল লীবদগী ফংলকপা ফাওবদা নুমিৎ তরেৎনি হৌখিরম্মী। নোংমা হূরানবশিং অদু কোর্টতা পুথোক্লম্মী। কোর্টকী বিচার মতুং ইন্না হূরানবশিং অদুনা লৌখিবা শেনফম পুন্নমক শিংবগা লোয়ননা থা অহুম জেলদা লৈবা তারম্মী।

ডিসেম্বর ০১, ২০০৯।

# অরানবা লম্বী

দীপক কুমার ক্লাস টেন পাস তৌরবা মতুংদা কোটাগী আই: আই: টি কোচিং য়াওনবগীদমক লাক্লম্মী। গভরমেন্ট কলেজ অমদা মিং চন্দুনা কলেজ কানা কানা কোচিং য়াওবা চৎলম্মী। ক্লাস টুয়েল্ব পাস তৌরগা আই:আই: টি: দা মিং চন্নবা মোহোন্না মচাবু মসিদা থারকপনি। কলেজ কাবদা অমদি কোচিং য়াওবদা খুদোং চাগদবা য়েংদুনা ভারাগী কা অমদা থম্লম্মী।

মোহোন্না শীংনবা অমগা লোয়ননা মচাবু মফম অসিদা মহৈ তমহন্নবা থারকপনি। রেসিডেন্সিয়েল স্কুল অমদা ক্লাস সিক্সতগী টেন ফাওবা তম্লক্লবা মতুংদা দীপকপু মখোয়গী প্রিন্সিপালনা ঙাওশিন্নে, লম য়াম্না হেল্লি হায়দুনা তাম্থোরকপনি। মসিগী মমাঙদা মোহোন অমদি প্রিন্সিপাল কয়ারক হন্না উনখ্রবনি। মচানুপা দীপক ঙাওশিন্নে হায়বদি মহাকসু খঙই। স্কুলদা থমদুনা চাবা থকপা, মহৈ তম্বনচিংবা পুম্নমক্কী দাইত্য শিন্নদুনা মচাবু মহৈ তমহল্লকপনি। স্কুলগী কাঙবুনা নীংথিনা য়েংশিনবীরবদি করিগী লম হেনগদৌরিবনো হায়বসি মহাক্কী বিচারনি।

নোংমা প্রিন্সিপালনা মোহোনবু মচানুপা লৌবা লাক্লবা খঙহল্লকখি। মমাঙদসু মোহোনবু কৌদুনা মচাবু ভাব তান্নবা তাকপিয়ু হায়খিবা লৈখ্রবনি। মোহোন নুংশা হায়গৎলকপা অদুব্বাইদা মচানুপাগী স্কুলদা থুংলম্মী। প্রিন্সিপালগী কাদা হান্না মী মরি-মঙা লৈরম্মী। মোহোনবু ঙাইহাক ফমদুনা ঙাইনবা খঙহল্লম্মী। প্রিন্সিপালনা লেব এটেন্ডেন্স থাদুনা হাওস মষ্টর অনী অমদি ডিসপ্লিন কম্মিটিগী মীওইশিং কৌরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা হান্না লৈরম্বা মীওইশিং মাগী মাগী খন্নগদবা, সাইন তৌহনগদবা লোইরদুনা থোকখিরম্মী। তাঙ্গা অসিদা প্রিন্সিপালনা কৌহল্লুবা মীওইশিং মরী-মরী চঙলকখি। মোহোনগী মফমদা প্রিন্সিপালনা হায়রকই,

সার, অদোমগী নুপামচা দীপক অসি স্কুল অসিদা প্রোব্লেম মেকর ওইরে। ক্লাস টেন অমদি টুয়েল্বকী মরক্তা কাঙলুপ কাঙলুপ শেমদুনা

খংনহন্নবগী হৌরকফম মহাক্না ওইরি।

- ঐগী ইচানি হায়বদনি অদোমগী খুৎতা শিন্নদুনা থল্লিবনি। মহৈ তম্বদা মায় ওনশিন্নবা অদোম্না শীনবীয়ু।

- অদোমগী ব্রাফমদু য়াম্না ফজবা ব্রানি। মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক মচা মচা কয়াদা মহাকপু ভাব তানবা হায়বা য়াবা হায়রবনি। য়েংউ, ঙরাং অহিং পুং অমরোম তাবদা হ্বার শান্নবদগী কাঙলুপ অনী থোক্লা খংনবগী দাইত্য দীপক্ল ওইরম্মী। মহাক্ল হ্বার চে লৈরক্লুনা শান্নবা হৌবদগী থোকখিবনি।

- হাওস মষ্টরদি করি তৌদুনা লৈবগে ? মখোয়না য়েংশিন্দদুনা থোক্লিবা নত্রা ?

- সার, অহিংদি তুমদুনা পোত্থানবা মতমনি। অদোমগী নচানুপা দীপক্কুম্বগী মমি ওইনা কোইন-ইন্নদুনা য়েংশিনবদি অদোম ফাওবনা তৌবা ঙম্লোই।

- হাওস মষ্টরগী মথৌবু করিনো ? অঙাংশিংবু নিংথিনা য়েংশিন্দুনা ভাব তাহল্লবদি মসি থোকদ্রা ? হাওস মষ্টরনা মথৌ তৌদবদগী থোক্লিবনি।

ডিসপ্লিন কম্মিটিগী ওজা অমনা হায়রকই,

- পেরেন্টসকী মথৌদি করিনো ? নোংমতা লাক্লগা ইচাগী থাগী টেষ্টকী মার্ক কয়াম ফংবগে, লাইরিক লাইগুদা পুক্লিং লুপ্লিবরা হায়বদি নোংমতা হংলদে। নিতি নিয়ম চুম্না লৈরিবরা, ওজাশিংনা ভাব তানবা হায়বদা লৌরিবরা, করি তৌরিবগে হায়বা নোংমতা হংলবরা ?

পি: ই: টি: না মখা তারকই,

- নুমিৎ খুদিংগী পি:টি: য়াওরনবা ঙাংনবদা থবক অমা ওইদুনা লৈরিবনি। এসেমব্লিসু মতম চানা লাক্তে। ভাব তানবা হায়বসু লৌদে।

- ঐগী ইনাক্তা লৈরবদি মদু তৌরোই।

প্রিন্সিপালনা হায়রকই,

- অদুনা অদোম্না অঙাং অসি থা মখায় অমা ছুটি লৌদুনা য়ুমদা পুরগা

নিংথিনা ভাব তাহল্লগা অমুক থাবীরকউ।

অসি হায়দুনা দীপক্কী মরমদা হাওস মষ্টরনা, ক্লাস টিচরনা, পি:ই:টি : না ইখৎলকপা রিপোর্ট অমদি অতোপ্পা মহৈরোই খরনা কমপ্লেন তৌদুনা ইরকপা রিপোর্টশিংগী মরুওইবা পরেংশিং হান্না লৈই চিংদুনা থম্বদু পাদুনা তাহল্লম্মী। মমৈথংদা মোহোন্না মচাবু ঙাকপিদুনা স্কুলদা থম্বীনবা হায়জরম্মী। ডিসপ্লিন কম্মিটি অমদি হাওস মষ্টরগী ব্বারোল কয়া তারবা মতুংদা প্রিন্সিপালনা হায়রকই,

অদোমগী অঙাংবু স্কুলদগী তাহ্নোকপা নত্তে। অদোমগী অঙাংগী তুংগীদমক য়েংদুনা হায়জবনি। অদোম্না নুমিৎ খরনি ভাব তাহল্লগা পুবিরকউ।

মোহোন উপাই লৈত্রদুনা মচাবু পুদুনা চৎখিরম্মী।

নোংমা ওজাগী নুমিৎনি। মহৌশা চৎনরকপা মতুং ইন্না ক্লাস টুয়েল্বকী মহৈরোইশিংনা ওজাগী থৌদাং লৌদুনা অয়ুক্কী পি:টি:দগী হৌদুনা লাইরিক তম্বীবা, ওজাগী নুমিৎকী থৌরম পাংথোকপা অসিনচিংবা স্কুলগী থৌরম পুম্নমক্কী দাইত্য লৌদুনা তৌরম্মী। ক্লাস টুয়েল্বকী মহৈরোই অমিৎনা ক্লাস টেন 'এ' দা ফিজিক্স তাক্লম্মী। মনিংদা ফমদুনা দীপক মমান্নবা অনীগা ব্বারী শাদুনা লৈরম্মী। অমিৎনা ব্বারী শাদনবা হায়রম্মী। মদুদা দীপক্না খুম্নকখি,

- নংনা তৌগদবা অদুম তৌ। ঐখোয়সু ব্বারী অমা লোইশিন্দবা য়াদদুনা শারিবনি।

- ব্বারী শাগে হায়রবদি মপান্দা শারুচো। ক্লাস মনুংদা শাগনু।

- মসি ঐখোয়গী ব্বারী শাফমনি। মপান্দা করিগী চৎকদৌরিবনো ?

মতম অদুদা নুমিৎ অদুগী ওইনা প্রিন্সিপালগী থৌদাং লৌরিবা মহৈরোই পঙ্কজ চংলকখি। থোক্লিবা থৌদোক অদুগী মতাংদা মমাঙদগী চৎনরকপা নিয়ম ঙাক্লা চৎতুনা ক্লাসতা লাংদনবা খঙহল্লম্মী। মদুদা দীপক্না করেম্মনা নোক্লম্মী। মতৌ অদু উবদা পঙ্কজনা দীপকপু ফুরিৎ পায়দুনা মপান্দা চিংথোরকখি। খুদক্তা

ক্লাস টেন অমদি টুয়েল্ভকী মহৈরোইশিং কাওলুপ কাওলুপ শেম্বা হৌরকখি। ওইরক্লিবা মওং অদু খঙলকপদগী স্কুলগী প্রিন্সিপালনা ক্লাস টেনগী মহৈরোই পূম্নমক মপান্দা মহাক্কী মনাক্তা লাইরিক পাদুনা লৈহল্লম্মী। ক্লাস টুয়েল্ভকী মহৈরোইশিংবুনা থেমদুনা নেমথহল্লম্মী।

নুমিদাং ওজাশিংদা খুদোলপোৎ পীবগী থৌরম চৎথরম্মী। মরক মরক্তা জগোই-ঈশৈগী থৌরম হাপ্লম্মী। নুপীমচাশিংনা ষ্টেজদা থোক্কুনা জগোই শাবা মতমদা ময়ামগী মনিংদা লেপ্তুনা দীপক্না মমান্নবা খরগা হুইশেল খোংদুনা লাংবগা লোয়ননা জগোই শারম্মী। পি:ই:টি:না মখোয়বু কৌশিন্দুনা ময়াম্না ফম্লিবা অদোমদা ফম্নবা হায়রম্মী। মখোয়গী মনাক নক্না চংশিল্লুবদা য়ুগী মনম নম্লম্মী। ডিসিপ্লিন কম্মিটিগী ওজা খরগা লোয়ননা মখোয়বু কা অমদা কৌশিন্দুনা ব্না হংলম্মী। অহানবদা য়ু থক্তে হায়না মীনম্বা ঙাংলম্মী। মমৈদা মখোয়শিং অদু অমমমতা ওইনা কৌশিন্দুনা হংবদদি য়ু থকই হায়না ফোঙদোরকই। দীপক্না নক্নুবা খুনদগী য়ু অদু লৈরকপনি। স্কুলগী বার্থরুমদা য়ু অদু মিনরেল ব্রাটর বোটলদা হাপচিল্লগা গিলাস অমগা থল্লল্লগা ক্লাস টেনগী মমান্নবা তরেৎ-নীপাল অমমমতা ওইনা টোইলেটতা চংবা শাদুনা লাক্লগা থকই হায়না তল্লম্মী। মথংগী নোংঙানবদা য়ু থক্লম্বা অঙাংশিং অদুগী মমা-মপাশিং কৌরম্মী। অঙাংশিং অদুবু ব্রারক ব্রাতেম্নবা ময়ুমদা থাখিরম্মী। দীপক্কী মপা মোহোনদি লাকখিদে। মহাক য়ুমদা লৈতে মপান্দা লৈ, মচাবু লৌরনবা কনাসু লৈতে হায়না প্রিন্সিপালদা খঙহল্লকখি।

হোষ্টেলদা মোবাইল লোন্না শীজিন্নরম্বগী এম:পি:থ্রি নচিংবা শীজিন্নদুনা ঈশৈ তারম্বগী থৌদোক মরক মরক্তা থোক্লম্মী। থৌদোক অয়াম্বদা দীপক চেন্নরম্মী। কালেন ছুটি মতুংদা অঙাংশিং স্কুলদা লাক্লদুনা ক্লাস হৌরম্মী। নুংশা য়াক্লা শাবনা পংখা থাদ্রবদি কা মনুংদা লৈবা ব্রাবা মতমনি। নুমিদাংব্রাইরম অমা নোং কন্না চুথরকখি। নুপামচাশিং নোং মরক্তা হরাওনা চেন-চোংদুনা শান্নরম্মী। দীপক্না মফি লৌথোক্তুনা হোষ্টেলগী অকোইবদা মমান্নবগা তান্নবী শান্নরম্মী। করিগুম্বদসু হোষ্টেল মনুংদা চেনশিল্লম্মী। অসিগুম্বা থৌদোক

কয়ানা ওজাশিংবু মকোক চিকহনখি। মথক থোংবা ওফিসিয়েলশিংনা অঙাংশিংবু খুৎ থাদুনা ফুদনবা স্কুলদগী তাম্থোক্তনবা খঙহল্লম্মী। অমরোমদা অঙাংশিংনা ভাব তানবা ফনা য়াম্না হায়রবসু লৌরমদে। মখোয়না তৌগদবা অদুম মখা চত্থদুনা তৌরম্মী। মথক থোংবশিংগী য়াথং অদুনা অঙাংশিংবু লম হেল্লক্লবগী মরম অমা ওইহল্লম্মী। স্কুলগী নীতি-নিয়ম অমত্তা অর্থ থোক্লমদে। মসিদগী অঙাংশিংগী থকসি-খাসি য়াওদবগী চাং নোংমা নোংমগী হেনগৎলম্মী।

বোর্ডকী পরিক্ষা ময়া নকশিল্লক্লম্মী। মহৈরোই অয়াম্বা লাইরিক কন্না পাদুনা মথৌ চিনবা মতমনি। নুমিদাং অমা নুপীমচাশিংগী হোষ্টেলগী থোঙনাওদা দীপক্না লুমদুনা য়েংলম্মী হায়বগী নুপীমচাশিংগী ব্রাকৎ লাক্লম্মী। ব্রাফম অদু লুনা লৌদুনা প্রিন্সিপালনা মোহোন্দা মচাবু খুদক্তা লৌরনবা হায়রম্মী। মোহোন থবক অচিনবা লৈ হায়দুনা লাকখিদে। মোহোনগী মতৌ অদুদা কান্নররোই খন্দুনা দীপকপু স্কুলগী গাড়ী থাদুনা ময়ুমদা থিন্দোকখিরম্মী। ময়ুমদগী পরিক্ষা থাবা লাকহল্লম্মী। পরিক্ষা পাস তৌরবা মতুংদা প্রিন্সিপালনা দীপকপু মখা তমথনবা খুদোংচাবা পীরমদে। অদুনা দীপক স্কুল হোংবা তারম্মী।

নোংমা মোহোন মচা উনদবা কুইরে উন্নরুগে হায়দুনা কোটাগী দীপক্না লৈরিবা হোষ্টেল অদুদা লাকখি। হান্না চৎপদদি লাক্কে হায়না খঙহল্লগা লাকপনি। হন্দক্তি তুমিন্না লাক্লম্মী। মোহোন্না থুংলুবা মতমদু দীপক কোলেজদগী হল্লক্লমদ্রি। পুংখাই অমরোম ঙাইরবা মতুংদা দীপক হল্লকখি। থোঙ হাংদুনা কা মনুংদা চংলকখি। দীপক ফিরোল হোংদোক্লুনা বার্থরুমদা মমায় তাবা চংখিরম্মী। মহাক্কী ফমুং মখাদা চুরুপ থকখিবগী মতেক কয়া তাদুনা লৈরি। টেবল মথক্তা য়ু লিক্লি তংখায় য়াওবা অমগা গ্লাস অহুমগা লৈরি। চাখিবগী লেমহৌবা য়েনগী শরু-শয়াং য়াওবা প্লেট অমসু মনাক্তা লৈরি। পুম্নমক অদু উরুরগা মোহোন দীপক্তা শাউনা হায়রকই,

- নঙদি মসিদা শা-ঙা, নীশা চাদুনা লৈরবা ? নঙবু লাইরিক লাইশু

তমদুনা মী ওইনবা হায়দুনা পৈশা কয়া চাদিং তৌদুনা থল্লগা নঙনা তৌরিবা অসিদি লোইরেদনা ?

- ইমান্নবা খরা লাক্লগা ঙরাং চারম থক্লম্বনি। ঐনা চাবা থকপগী নত্তে।

- নঙ য়াওদনা মখোয়না হেক্তা লাক্লগা চার-থক্লবা য়াবরা ? নঙগী কা অসিবু মীগী য়ু থককমলা ?

- মখোয়গীদা মী য়াম্না লৈ ঐগীদা ঙাইহাক্তা ফমগে হায়না তৌরম্বনি।

- ঐ মুন্না খঙই। লাইরিক তম্লুচো হায়না থারগা নঙদি মসিদা শানৈ-য়ুনৈদুনা লৈথোক্লে। লাইরিক তম্মুনু। কোচিংগা অমত্তা য়াওরুনু। তোকথোকউ, মী ওইরোই।

মোহোন মৈ হৌনা শাউরম্মী। পিক্লিঙৈদা ব্বারক ব্বাতেম্লবা মখোয়গী প্রিন্সিপালনা হায়বদা মোহোননা কয়া লুনা লৌখিদবা প্রিন্সিপালদা অমদি ওজাশিংদা মরাল শীখিবা কয়া অদু নীংশিংলক্লে। পুম্নমক অদুনা মচাবু নাও-চাউহন্দুনা মাঙনবা শীনবা ওইনা থোক্লরে। মখোয়না ঙাং চৈখিবা কয়া অদু মচাবু ফনবগীদমক্তা তৌবনি হায়বা খঙলম্লবদি ঙসি মচানা মাঙলিবা অসুম্না মাঙলম্লোই। মোহোন শাউনিংবনা হেনখিদুনা দীপক্কী খজাইদা খুপাক্লা থারম্মী। অদুগা হায়রকই,

- নঙগী লাইরিক তম্বগী অব্বাৎ-অপা হংগে লাকপনি। আ:আই:টি: কোচিং অসিগীদমক চহি অমগী লুপা লিশিং হুমফুতরামঙা ফি থিরম্লবনি। নঙনা মীমান্ননা হিংগে হায়রবদি নঙগী লমচৎ শাজৎ অসি হোংদোকউ। শানৈ-য়ুনৈদুনা লেনবনা অফবনি হায়না খল্লগনা নঙগী অপাম্বনি তৌ। কয়াম কুইনা নুংঙাইনা লেনগদগে য়েংউ। নঙদি নুংঙাইনা লৈহৌরো। ঐদি চৎলে। ঙসিনা নঙগী ননাক্তা লাকপা অরোইবনি হায়না খল্লু।

অসি হায়দুনা মোহোন য়ুমদা হল্লকখি।

নোংঙাল্লগা মচানুপাগী হান্নগী স্কুল অদুদা লাক্কুনা প্রিন্সিপালগা উনরম্মী। প্রিন্সিপালনা হায়রকই,

- সার, কমদৌবিরি ?
- নুংঙাইজরি সার। সারদা ৱা অমত্তা হায়জগে হায়দুনা লাকচরিবনি।
- করম্বা ৱাফম ওইরবনো ?
- সার, ঐগী ইচা দীপক মাঙবা তারে। সারনা অমুক্তা কনবীয়ু।
- দীপকতি অদোমগী নাক্তা লৈবদাইনে ?
- খরা ফগদরা হায়দুনা কোটাদা কোচিংশু য়াওননবা লাইরিক তমহল্লুবনি। মদুদা নিশা চাবশিংগা তিন্নদুনা শানৈ-য়ুনৈদুনা লৈরে। মহাক মী ওইগনি হায়বা থাজদ্রে। সারনা সারগী স্কুল অসিদা মিং অমুক্তা চলহলবীয়ু।
- অদোমগী অঙাংদু মসিদা মিং চলহল্লগা মাগী নিশা চাবদু অতৈ অঙাংশিংদা শন্দোরক্কনি। মতম অমদা থ্রৈখোয়না হায়বদু লৌবিরম্লবদি ফরম্বা য়াবনি। ঐ মহাকপু মিং চলহনবা ঙম্লোই।

মোহোন উপাই লৈরমদে। মহাক নীংবা কায়না চৎলগে হায়না তপ্না তপ্না প্রিন্সিপালগী কাদগী থোকখিরম্মী।

ডিসেম্বর ০২, ২০০৯।

# ব্বারেপ

সুমন অমদি রাজসিংহ ব্বুমেন এন্দ চাইল্ড কিয়ার সেন্টরগীদমক ময়ুমদগী থোরকই। লম্বীদা লৈকাইগী মনে-মন্দোল খরা থেংনৈ। মনে শিব্বানীনা হায়রকই,

- ইবেম্মা নখোয় অনীবু লাইরিক লাইশুসু নিংথিনা হৈরবা ঙাক্তনি। অঙাং নুপা পোক্লবা হোৎনদ্রিবা করিগীনো ?

- ইনে, ঈশ্বরনা তল্লম্বা অদু য়াবা তাবনি।

- অহানবা অঙাং অনীশু নুপী ওইনা ফংলে। হন্দক্কী অসিশু নুপী ওইরক্লবদি হয়েং অউনপোৎকীদমক লুপা লাখ তরামরি-মঙাদি কদাইদগী লৌরুনি ? অউনপোৎকীদমক লৌ-ইংখোল য়োম্বোক্লগা নখোয়না কোইপাই পাইদুনা লৈগে হায়রিবরো ?

- খঙদেদা ইনে। হয়েং অউনপোৎ য়াম্না লৌরোইদবা ইমুং থিবা হায়বদুনি।

- লাইরিক লাইশু হৈতবা অয়ুক চারগা নুমিদাং চরা হেনবা ইমুং থিগে হায়রিবরা ?

রাজসিংহদা ওনশিন্দুনা মনে শিব্বানীনা হায়রকই,

- ইবুংঙো, ভাব তাও। অউনপোৎ পীবদা হিদান্নবগী চৎনবী অসি পাক মুৎথৎপা ঙমখিরোই। মসিগী অকিবা লৈবদগী নুপা পোকপা পাম্নরিবনি। ঐগী ইমৌনুপীগী নুপা নত্তে হায়দুনা অহুমলক শুরে ডাক্তর তান্নদুনা মাঙহনখিবা। থা য়ামদ্রিঙৈদা নুপী ওইরবদি মাঙহলহৌ।

- ইনে, নুপী মখৈ মাঙহল্লবদি নুপা ঙাক্তা ঙাইরক্লনি। ইনেহোয়গী নমৌদি কদাইদগী লৌরুনি ?

রাজসিংহগী ৱাদু তারগা মদোমচা অনজুনা হায়রকই,

ইবুংঙো অদোমদা ৱারুনু। অহানবদা নুপা পোক্লবা হোৎনৌ হায়বগী ৱানি। ননেহোয়গী, ঐখোয়গী ইমৌসু অদুম ফংগনি। মী খ্বাইনা তৌনরিবা থবক্লি। ঐখোয়গী ইচা ইমৌশিংসু ডাক্তর তান্নবা চেন্নরিবনিনে।

মদোমচাগী ৱাদু তারগা অতৈ নুপীশিংসু মতেং পাংশিল্লকখি। সুমন অমদি রাজসিংহনা লৈকাইগী মনে-মন্দোলশিংনা হায়রিবদু মুন্না খঙলম্মী। ভারতকী ষ্টেট কয়াদা অউনপোৎকা মরী লৈনবা ৱাথোক কয়া নোংমা কাংদনা থোক্লি। মফম কয়াদা মীওই শুদ্রিবা অঙাং কয়া পুন্না পুন্না শিজিন্নদ্রবা গুহা, মী চংনদ্রবা পুখ্রি-খোংবান্নচিংবা কয়াদা হুন্দোক্লুনা থম্লম্বগী পাউ তারি। চহি খুদিংগী নুপাগা য়েংনবদা নুপীগী মশীং অসুম অসুম হন্থরক্লি। ভারতকী অৱাংথংবা ষ্টেটতা লৈরুবনা মসিদগী থৈদোকপা লুনা থোক্কদৌরি। মমাঙগী চহিদা লুহোংখিবী মচে মবাইগা খৎনৈ হায়দুনা যুমদা হল্লকখি। মরম থিনরুবদা মনাও নুপাগী থবক ৱানোম্নবা পৈশা ৱাৎপদগী লুপা লাখ অমা মপামদগী পুরক্লবা হায়রকপদগীনি হায়বা খঙলকখি। ৱাথোক হেন্না চাউথোরক্কদবদুগী খন্নদুনা লুপা লাখ অমা কোইচেন চেন্দুনা থিরগা পিরুরবা মতুংদা ইরাং নেমথখি।

ৱুমেন এন্দ চাইল্ড কিয়ার সেন্টরদা সুমনগী হকচাং নীংথিনা য়েংহল্লুরবা মতুংদা মখোয় অনী হল্লক্লে। সুমন্না রাজসিংহগী মফমদা হায়রকই,

- মোইপাবা, অহুমশুবা অঙাং অসিনা নুপা ওইরক্লবদি ষষ্টি চাউনা শোনগদবনি।

- অদুবুদি শোয়দ্রবনি। ইচানুপী অনীগী মমাঙদা শোনখিবদু পংনোপ নোপ্পদি ওইখিদে।

- মীগীদি নুপী পোকই হায়দুনা অতোপ্পা মীগা অমত্তা য়াওদনা ভুমিন্না লোইশিনখিবা কয়ানি।

- নুপাদবু মী ওইনা খনবগী চৎনবী অদু ঐদি পামদে।

- ঐসু পামদে। হন্দক্কী অঙাং অসিনা অরোইবা ওইহল্লসি হায়না

লেপ্লবনিনা নুপা ওইরল্লে ফরে নুপী ওইরল্লবসু ফরে। করিগুম্বা নুপা ওইরল্লবদি হয়েং অচৌবা মীথোই-মীহেনবা মী অমা ওইহনগদৌরিবনিনা মমিং ৱিশাল হায়না থোনসি।

- মদু য়ারোই। তৌরুবা খুদিংদা মায় পাকপা ইচা ওইগদৌরিবনি। অদুনা জিৎসিংহ কৌগদবনি।

- ফৈ, ফৈ। মমিং থোনবদা নওনা ঙল্লবনিনা স্কুলদি দিল্লী পব্লিক স্কুলদা তমহনগনি।

- কনানা তমহল্লোই হায়রবগে ? ৱন্দনা মমা য়েংসি। স্কুল থিন্দোক থিনজিন্দা খুদোংসু চাবা অফবা স্কুলসু ওইবা থিসি।

- ঐনা হায়রিবসিদা করিদা অৱাৎপা লৈবগে ?

- ৱাংলি হায়বা নত্তে। হেন্না ফবা করি লৈবগে হায়বদু য়েংসি হায়বনি।

- দিল্লী পব্লিক স্কুলদা ঐখোয়গী খুনগী অঙাং খরা তম্বনিনে। মমাংগী ইচে আরতিগী মচানুপীসু, খুরা প্রকাশকী মশুনুপা অমসু তম্বনিনে।

- অদুদি স্কুল বসসু ঐখোয়গী খুন য়ৌরক্লমগনি।

- য়ৌরকপনি, য়ৌরকপনি। অৱাং লম্পাক্তা মমাই হেক হেক লৈরগা চৎপনি।

- ফরে অদুদি ইতৈমা আরতিহোইদগী মরোল অকুপ্পা খঙদোক্লসি।

- হয়েং ইচানা রোল নম্বর ৱান তারকপগী মনা লৌবা থোকপদি ঐনা থোক্কদৌরিবনি।

- কৈসু কাইদেদা। চহি অমমম খন্নরগা নওনা অমুক লৌ ঐনা অমুক লৌ, অমুক অমুক লৌনরগা লোইরে। ইচাগী বার্ড-ডেদদি ইচাগী মমান্নবা ময়ামসু য়াওহনসি। ঐগী ইমান্নবা খরগা ইমুং পুন্না বার্তন তৌগে।

- ঐগীসু লুনা তিন্নবী ইমান্নবী খরা মখোয়গী ইমুং-মনুং পুন্না বার্তন তৌনি।

- চাদিংদি চাউগদৌরি।

-      চাউদবা য়ারিবরো মোইপাবা ? মীগীদা ঐখোয়না চৎপসু মশীং খণ্ডব্রে। ইচানুপী ৱন্দনাগা মনিষাগগী বার্ড-ডেদি চাউনা অমুক্তা পাংথোক্কে। য়ুম্লোন-কৈরোন্নবগী অঙাং খরগা তুমিন্না হেক্তা লোইশিনখি।

-      ক্লাস টুয়েল্ভ পাস তৌরগা ইচানুপাসি ডাক্তর তমহনগদৌরিবনি। অফবা ডাক্তর অমা ওইহনগদৌরিবনি।

-      য়ারোই, য়ারোই। লাইরিক ফবা অঙাংমখে ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার ওইহনবগী মঙলানদা হেন্না চাউবা ফম কয়া অমদি হাংদুনা লৈরিবনি। ইচাদি লাইরিক হৈবা ওইগদৌরিবনিনা আই:এ:এস: ওফিসার ওইহনগনি।

-      মদু য়ারোই। ঐনা ডাক্তর ওইহনগনি হায়রিবসিনি।

রাজসিংহ তপ্না অসুম ঙাংলম্বদগী খোঞ্জেল কনখৎলকই। সুমনসু মানা হায়বদু য়ারোই হায়না য়েৎলকপা অদুদা শাউরদুনা হায়রকই,

-      নচাসি অচৌবা ওফিসার ওইহন্নিংব্রেনে। ইচা জিৎসিংহ আই:এ:এস: ওফিসার ওইহনদৌরিবনি।

-      ঐনা য়ারোই হায়রিবমক্তা কন্না য়েৎখৎলকইহে মসিসু।

-      আই:এ:এস: ওফিসার ওইহন্নি হায়রিসিনি।

-      ঐনা ডাক্তর ওইহন্নি হায়রদি লোইরে।

-      ঐদি আই:এ:এস: ওফিসার।

রাজসিংহ শাউনিংবা হেল্লক্লুনা ফুক হৌগৎলগা সাইদ টেবলদা লৈবা সেঞ্জেংনা শাবা লৈগী চফু অদু তাপ পায়রগা লংলম্মী। চফু অদুনা অলমারিগী মিংশেলদা পানবদগী কায়রম্মী। অদুগা হায়রকই,

-      ডাক্তর, ডাক্তর, ডাক্তর ওইহনগনি হায়রিসিনি।

সুমনসু শাওনিংবগা লোয়ননা ফুক হৌগৎতুনা লাউরদুনা হায়রকই,

-      ঐগীদি আই:এ:এস: ওফিসার।

মসিগা লোয়ননা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লক্লম্মী। অদুগা থুনা য়াংনা মাগী কাদা চংখিদুনা থোঙ অদু য়াম্না কন্না হৌনা 'ঘম' লাউনা থিংজিন্দুনা

লোনশিনখিরম্মী। রাজসিংহনা থোঙ অদুদা মখোঙনা অনী-অহুমলক কাওরম্মী। মখোয় অনীগী খৎনবগী খোঞ্জেল য়ুম্লোন-কৈরোন্নবশিংনা তাদুনা চংনরকখি। মিংশেল কায়বা, থোঙ কন্না থিংজিনবগী মখোল অমদি খোঙনা কাওবগী মখোল অদু তাবদা রাজসিংহগী মবোক লক্ষ্মী অমদি মদোমচা অনজু চংলকখি। লক্ষ্মীনা হায়রকই,

- কৈদৌনরগে ইশুশা নখোয়বো ? (রাজসিংহদা ওনশিন্দুনা) হা, রাজ, কৈদৌবগী খৎনরিবনোনে ? নুপীমচা অসিনা মশা ঝাই শঙদ্রবা মতম অসিদা নঙনা অদুক য়াম্না জ্ঞান তাদ্রিবা করিগীনো ?

রাজ করিমত্তা খুন্নমদে। খুন্নক্তবা অদুদা থোঙ লোন্দুনা কা মনুংদা লৈরিবী সুমন্দা হায়রকই,

- ইবেম্মা, থোঙ হাংদোকউ ঝা হায়গে। তারিবরো নঙবো। সে, থোঙ হাংদোকউ। ইশুবু ফুবা য়াবরনে । ঐখোয় লৈরিসিদি।

মন্দোমচা অনজুসু য়াওনা হায়রকই,

- ইবেম্মা সুমন নঙবু তারিবরো। থোঙ হাংদোকউসে।

অনজুনা সুমনবু থোঙ হাংদোক্লবা হায়নরিঙৈদা লক্ষ্মীনা রাজগী মনাক্তা চংশিন্দুনা তপ্না হংলমই,

- ইবুংঙো, কৈদৌবগী খৎনরিবনোনে ? লাইরিক-লাইশু হৈবা, ভাব তান্নরবা ঙাক্তনি নখোয়বো। করি হায়নবদগীনোনে ?

- ইবোক, করিসু নত্তেদা।

লক্ষ্মীনা রাজসিংহগী মখুৎ পায়দুনা মপান্দা চিংথোরক্লগা হায়রকই,

- লাউনে, মপান্দা থোরকউ লাউনে। ময়ামগা অফ-ফত্ত খন্নসিনে।

মপান্দা য়ুম্লোন-কৈরোন্নবা পুম্নমক মচি-মচিদা অনী-অহুম /অনী-অহুম পুন্দুনা লৈবা উরম্মী। মতম অদুদা অনজুনা থেমদুনা সুমনবু মপান্দা পুথোরকখি। সুমন ফিজিনা মপি তৈথোক-তৈথোক্তুনা থোরকখি। অনজুনা রাজদা হংলকই,

করি ঝাহৌদগীনো ? কনানা লানবা কনানা চুম্বা হায়বদু ঐখোয় ময়াম

চংদুনা ব্বায়েনগনি।

- ইন্দোমচা, ব্বন্দনা মমানা হেক্তা শিখাং খাংদুনা য়েংপগী ব্বানি।

রাজগী ব্বাফমদু তাবদা সুমনসু হারকই,

- নগুসু ঙম্লবা য়েংলিদুদি ?

অনজুনা মখোয় অনীবু খামদুনা হায়রকই,

- ঙাইখো, ঙাইখো অমমমতা ওইনা ঐনা হংবা ব্বাহংগী পাউখুম পীগদবনি। ইবেম্মা নঙনা হান্না হায়য়ু। করি ব্বাফমগী খংনরিবনো ?

- হন্দক পোক্কদৌরিবা অঙাং অসি নুপা ওইরবদি ঐনা আই:এ:এস: ওফিসার ওইহন্নি হায়রুবগীনি।

সুমনগী ব্বাফমদু তাবদা ময়াম পুম্নমক খোঞ্জেলদি থোক্তনা নোক্লম্মী। অনজুনা মখা তারকই,

- মদুদা রাজনা করি হায়না য়েংলিবনো ?

- ডাক্তর ওইহনগনি হায়না হেক্তা পং তংপমখৈ য়েংলিবনি।

রাজনা নংহৌররোই মতাগুম হায়রকই,

- ঐনা ডাক্তর ওইহনগনি হায়বনি। অদুদা মানা শিখাং খাংদুনা মানা হায়বদু নংত্রদি হায়দুনা য়েংলিবনি।

অনজুনা হায়রকই,

- হন্দক পোক্কদৌরিবসি নুপানি হায়বদি খঙলেকো ?

সুমন অমদি রাজনা পুন্না হায়রকই,

- খঙদ্রি।

ময়াম পুম্নমক খোঞ্জেল থোক্লা নোকপা হৌরকই। খরনা মচিন খুমদুনা নোক্লম্মী। অনজুনা হায়রকই,

- নুপানি, নুপীনিসু খঙদ্রিবা অঙাংসিগীদমক য়েংনরিবা ? নখোয় অনীদি লাইনিদনা। চহি কয়াগী মতুংগী ব্বাফমদা ওইনি ওইরোইসু খঙদনা য়েংনদুনা খংনবা ফাওবা ঙম্লবা ?

থোক্লিবা থৌদোক অদুগী মতাংদা লক্সীনা হায়রকই,

- ইবেন্মা অনজু। নঙনা মখোয় অনী খৎনরিবসি ব্বাতেমদুনা ব্বারেপ অমদি তারম্মু।

- ময়াম পুন্নমক্লা শাখি ওইবীয়ু। ইবেন্মা সুমন্না পোক্কদবা অঙাং অসি নুপা ওইরবসু নুপী ওইরবসু মমাগী নৎত্রগী মপাগী অপাম্বা মতুংইন্না আই:এ:এস: নত্রগা ডাক্তর ওইহনবা য়ারোই।

অনজুগী ব্বাফম অদু তাবদা ময়াম পুন্নমক্লা করি ব্বারেপনো হায়দুনা তঙক তঙক য়েংলম্মী। মখা করি তারক্কদগে হায়দুনা ময়াম পুন্নমক্লা মঙোন্দা য়েংলম্মী। মহাক্লা মখা তারকই,

- অঙাং অসিনা মশাগী অপাম্বা, চান্নজবা শিনফম অমা খলহনগদবনি। মদু মমানা পাম্বা নৎত্রগা মপানা পাম্বা ওইরবসু য়াই, ওইদ্রবসু য়াই। মচাগী অপাম্বা অদু মায় পাকহনবগী থৌদাংনা মমা সুমন অমদি মপা রাজসিংহনা লৌগদবনি।

অনজুগী ব্বাফমদু তাবদা সুমন অমদি রাজসিংহ নোকমি-নোকমি তৌরম্মী। মতৌ অদু উবদা তিল্লম্বা মীয়াম পুন্নমক নোক্লম্মী।

জনুয়ারি ০৪, ২০১০।

# থৈদোকপা

হরিশ অঙাওবগুম নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা কোয়চৎ চৎতুনা লৈরম্মী। করিগুম্বদা মচানুপী দিপাকাবু কৌদুনা কপ্লম্মী। করিগুম্বদা চৈ-থাংদুনা ঙাংলম্মী। কপ্লগনা কুইনা কপ্তুনা লৈরম্মী। চৈ থাংবা হৌরগনা কুইনা চৈ-থাংদুনা লৈরম্মী।

নোংমা খুনগী ময়াম্বা মোহননা হরিশপু মনাক্তা কৌশিন্দুনা ফমহল্লম্মী। অদুগা হায়রম্মী,

- হরিশ, হৌখ্রবদি হৌখ্রেদনা ? পূম্নমক কাউথোক্লো।

- ঐবু মখোয়না মাঙহনবনে। ঐবু ইচানুপী দিপীকানা মাঙহনবনে।

- নচানুপীদি শিখ্রেদনা। হৌজিক্ত নহাক্কী ইমুংগী খল্লু। নচানুপা অতোনবা মহেশকী খল্লু।

হরিশ ৱা অমত্তা খুল্লমদে। মোহন্না মখা তারম্মী।,

- নচানুপা মহেশ অসি ময়ুম মকৈ পানবা য়ারক্কদৌরবনি। মাগীদমক খল্লু। নঙ, কোইচৎ চৎতুনা লৈথোক্কনুনে। নঙনা অসুম্না তৌদুনা লৈরবদি নচানুপা অসি ময়ুম পানবা খঙখিদরা ? কনানা নঙগী নমৌ ওইহন্নিংগনি ? নঙ মীবু চৈ-থাংদুনা ঙাংবা তৌগনু। সমাজ অসিসু ওল্লক্কবনি। হৌজিক্কী মীরোলনা মমাঙঙৈগী চৎনবীবু ইনবা পাম্নরক্তে।

মোহন্না হরিশপু ভাব তানবা ৱাফম কয়ামরুম হায়রমই। হরিশনা তুমিন্না তারম্মী। অদুগা মমিৎতগী মপী শিন্থরক্লম্মী।

চহি অমগী মমাঙগী ৱানি।

মপান্দা থোঙ থিনবগী মখোল তারম্মী। মদুনা হরিশকী ইমুং-মনুংগী ৱারী মরক থৎলম্মী। মচানুপা অতোনবা মহেশনা থোঙ হাংদোক্কুনা য়েংলুই। মখুরা প্রকাশ ওইরম্মী। প্রকাশ পরপ পরপ হরিশকী মনাক্তা চংলকখি। হরিশনা হায়রম্মী,

- ইনাও লাকপবু চুম্না সুম চৎথোরকপরা ? করি লৈবগে ?

- তাদগা ৱারী অরুবা অমা শান্নদবা য়াদদুনা লাকপনি।

- করিনো ? হায়য়ু।

- ইবেম্মা দিপীকাসি মপান থোকহনগনু। জাট মচা পংকজগা হেক হেক উনবা থেংনৈ।

প্রকাশকী ৱা অদু তাবদা হরিশ শাউবনা খম থেংলম্মী। মশা অদু থক থক নিক্লদুনা হায়রক্লম্মী।

- ঐগী ইচামক্না শাগে চেন্থবা থবক তৌরবা ? লাক্তা লাকখিসনু খণ্ডগনি।

- অঙাংনি থেমদুনা জ্ঞান তাহনবা য়াগনি।

- হৌজিক থেম্বগী মতম লৈত্রে। মহাক্কী নুমিৎ শুরক্লবনি।

- অতৈ কনাসু খণ্ডবা নৎত্রি। ননাওনুপীনা শক্তিক ফানবা চৎপদা থেংনবনি। অনীরক থেংনৈ হায়।

হরিশ শাওমনবনা কুচু ওল্লম্মী। ফম্বগা চংলমদে। ঙাইহাক লৈরগা প্রকাশ চৎখিরম্মী। দিপীকাবু কৌরুনবা মমা থারম্মী।

হরিশ শাগে-জাৎ খেন্নবগী, অশেং-অমাংগী চৎনবী ঙাকপদা নাপল কাজরিবা অমদি পোংজরিবা পণ্ডিৎনি। হরিশকী ইমুংদা ৱাথোক অসি করম্না লাক্লিবা ? মহাক্না মসিগী মতাংদা মঙদা ফাওবা মঙলমদে। মচানুপী দিপীকা নুংতিগী মতৌগুম শক্তিক ফানবা চৎখিবনি। হরিশনা মচানুপী চাউরক্লে হায়বা খঙলুদ্রে। মচানুপী মপুং-মরৈ ফারক্লে হায়বা হান্না খঙদুনা চেকশিল্লম্লবদি মসি পুম্বা থোক্লম্লোইদবনি। হৌজিক্তি খুনগী মীনা হান্না খঙদুনা পাউ পীররে। ইমুংগী ইজ্জৎ, শাগেগী ইজ্জৎ পুম্নমক লোইরে। পুম্নমক মাঙলে। মচানুপীবু কনানা মমৌ ওইহননিংগনি। মতম পুম্বদা ইমুংগী মিংচৎ থিবতা ওইরগনি। মহাক্তা নত্তনা মৌপ্পানুপা মহেশ্‌সু ময়ুম পানবা খঙলোইদৌরিবনি। শাগেনা য়াদবা থবক তৌই হায়দুনা হরিশকী ইমুংবু খুন্না ইথোক্লুনা থমগদৌরিবনি।

মহাকথক্তা পুম্নমক মাঙবা তারে। অসুম্না মচানুপীগী মরমদা খন্না খন্না হরিশ ইমুং লময়ায়দা হঙ্গৎ হন্দা চৎলম্মী। মিকুপ অমা ফাওবা ফম্বা ঙম্লমদে। থোঙ্গাল্লোমদা লাকপরা হায়না মরক মরক্তা য়েংলম্মী। মচানুপা অহল রাহুলগী হাক্তুতসু ৱাথোক ওইরমগদৌরম্মী। শাগৈনা য়াদবা থবক তৌদুনা মশানা পাম্বা নুপীগা লুহোংনবা ৱা হৌদোরকখিবনি। নোংমা রাহুলনা হায়রম্মী,

- পাবা, ঐদি ঐগা খঙনবা নুপী অমা লৈ। মাগা লুহোংবা পাম্মী।

রাহুলগী ৱাদু তাবদা হরিশ মমিৎ ঈ কাবমখৈ শাউরম্মী। অদুগা হায়রকই,

- ইমুং অসি নহাক্লা নরক তাহল্লগেরা ? শাগৈনা য়াদবা, লৈবাক্লা চৎনদবা অমত্তা তৌবা য়ারোই।

- পাবা, মসি চৎনদবা নত্তে, চৎনরিবনি। মমাঙশৈগী চৎনবীদা অদুম লুপ্তুনা লৈবসু পামদে।

হরিশনা লাউহৎলদুনা হায়রম্মী,

- রাহুল মদু অমুক হন্না পনগনু। নঙ অমা নঙগী অপাম্বা তৌখিবদি য়াম্না লুবা নৎতে। নঙবু শিখ্রে হায়না খন্দোকপা ঙমগনি। নখা তারকপী নচলনুপী দিপীকা অসি ময়ুম পানবা ফংলোইদৌরিবনি। মদু পুম্নমক নঙগী লমচৎ শাজৎ য়েংলগা মীনা য়ারক্লোইদৌরিবনি।

য়ুম্লোন-কৈরোন্নবা অহল খরসু হরিশকী মতেং পাংদুনা ঙাংলম্মী। রাহুল তুমিন্না লৈবা নত্তনা উপাই লৈরমদে। ময়াম চঙদুনা মতম কয়া চংনা ঙাংনরবা মতুংদা রাহুল মপাগী ৱা ইনবদা য়ারম্মী। ইমুংদা মহাকখক্তা নত্তে লৈরিবসি। মচলনুপী অমগা মনাওনুপা অমসু লৈরিবনি। মখোয়গীসু খন্দবা য়াদবনি।

মচলনুপী দিপীকানা শাগৈ তোঙানবা জাট কাঙলুপকী নুপা অমগা ৱারী শান্নদুনা লৈরমলে হায়না তাবদা মপানা মৈ হৌনা শাউবদু রাহুলসু খঙলম্মী। মপানা হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লৈবদু মহাকসু উরম্মী। অদুবু ৱা অমত্তা ঙাংলমদে।

দীপিকা শজিক কোকথোং অমা পুরদুনা মমাগা লোয়ননা লাক্লম্মী। মহাক উবদা মপানা শাউনা হায়রকই,

- হে, লমকেৎ লমহাইবী। নংনা চাগদবা চাহৌরো। নুমিৎ নীনি মতম পীগে। মদুগী মতুংদদি নংগী চেং লোয়রবনি খঙউ।

দীপিকা করিমত্তা খুল্লমদে। খুম্বগী থৌনাসু লৈরমদে। মমানা মপাগী মফমদা তপ্পা ব্রা হৌদোরকই,

- নত্তবা থবক তৌরুবসু নত্তে। চুম্না ব্রা অমা-অনী ঙাংনরুবতনি। মনা মনিল নাইহন্দ্রগা লোইরে।

- মীনা খঙদুনা পাউ তম্লরবনি। মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াবা নত্তে। ঐগীদি হায়খিবদুনা লোইরবনি।

হরিশগী ব্রাদু তাবদা দীপিকাগী মমা কপ্লক্লম্মী। মচানুপী মথন্তনি। শাগৈ-জাৎকী চৎনবী ঙাক্লিবনি হায়দুনা মচামকপু মাঙহনবা হায়বসি মীওইবগী লিচৎ নত্তে। অদুবু মহাক্কী করি উপাই লৈরি ? মপামলোমগী অহলশিং অমদি খুনগী লাইরিক-লাইশু হৈবা ওল্লক্লিবা সমাজগী চৎনরোল খঙবা অহল খরা কৌদুনা হরিশপু খান্নবা হোৎনরম্মী। মপানা অশুক য়াম্না লিংজেল খারমগনি হায়বা দীপিকানা নোংমতা খল্লমদে। মপাগী মরিংজেল খঙলবা মতম অসিদদি মথ্বাই কনবীনবা অহল-লমনশিংদা মখোঙ শোক্লা খুরুমদুনা হায়জরম্মী। মপাগী থম্মোইদি নুংদা ঈশিং হৈবগুম পেৎলু হায়বা য়ারমদে। খুনগী অয়াম্বা মীওইশিং মমাঙঙৈগী চৎনরোলবু ঙাকপা পাল্লম্মী। মখোয়না হরিশকী ব্রারেপ্পু শৌগৎলম্মী। খুনগী মীওই খরদি হরিশকী ব্রারেপ্পু য়ানিংলমদে। অদুবু মখোয় খরনা ময়ামবু ভাব তাহন্নবা হোৎনবা অদু অরেম্বদা তারম্মী। অদুনা দীপিকা কপ্পা নত্তনা উপাই লৈরমদে।

হুমনি শুবগী অয়ুক্তি। হরিশকী ইমুং অদু মিকপ-মীরাওখোলনা নিল্লম্মী। যুম্লোন-কৈরোন্নবা ময়াম চংশিন্দুনা য়েংলুবদদি দীপিকা লৈমাইদা তাদুনা লৈবা থেংনরম্মী। থব্রাই য়াওদ্রবা মহাক্কী হকচাং অদুগী মনাক্তা হূ

লিক্লি অমসু তাদুনা লৈরম্মী। দীপিকাগী মখুৎ অনী অদু থৌরিনা পুনশিল্লম্মী, মখোঙ অনী অদুসু ফিনা চেৎনা পুনশিল্লম্মী। হরিশনা কন্না কন্না লাউরদুনা হায়রক্লম্মী,

জাৎ তিন্নদবা কনামত্তনা ইচানুপীগা ব্রারী শাবা য়ারোই। কনামত্তনা ইচানুপীদা মিৎয়েং কারন তাবা য়ারোই। ঐগী ইমুংবু কনামত্তনা মাঙহনগনু, কনামত্তনা লৈখা তাহনগনু।

হরিশ লাউর-লাউরদুনা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিরম্মী। কনামত্তনা মঙোন্দা মুন্না য়েংবা য়ারমদে। মখোয়বু থিনা থিনা ঙাংলমই।

মোহোনগী মনাক্তা কুইনা ফম্লুরগা হরিশ ময়ুমদা হল্লকখি। মহাকপু উবদা লম্বী চৎলম্বা পুম্নমক থৈদোক-থৈদোক্লুনা চৎলম্মী। হরিশ মরু লুক্লা লম্বীদা য়েংদুনা তুমিন্না চৎলম্মী। লম্বীদা কনা কনা চৎলিবা, কনানা মঙোন্দা য়েংলক্লিবা করিসু নাচুংলমদে।

জনুয়ারি ১৪, ২০১০।

# আকর্ষণ

ইনম্মা থাবল্লে লাক্কুনা ঐঙোন্দা হায়রকই,

- থাজ ঙসিদি কোইরুসিদনা ? ইপামদা চৎলুসি। কুইরোই য়ৌবগা হল্লক্কদবনি।

ঐ পাউখুম অমত্তা পীরমদে। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরম্মী। ইনম্মগী ব্বাদু তারগা ইমানা হায়রকই,

- কুইরোইদবা ওইরবদি ঙাইহাক চৎথোক্কুচো। ননম্মানা হরাও হরাও হায়রিবসি নঙগীদমক য়েংদুনা হায়রিবনি।

ইনম্মনা খুন্নকই,

- ইবোক, কুইরোই। চাক চরা অমা চারগা হল্লক্কদবনি।

- খঙদ্রেদা, নচলনুপী অসিনা হল্লকপী হায়বীদু ওইদুনা লৈরে। হরাও তয়াম্বা হায়বদু উখিদবা কুইরে।

ইমাগা ইনম্মগনা হায়বা অদুদা ঐসু চৎলুগে হায়না লেপ্লে। ইনম্মা থাবল্লে ঐনা য়ুম পাল্লবা মতুংদা লুহোংলকপনি । ঐনা ইপামদা হল্লক্কুনা লৈরকপদগী ঐগী ব্বারী শান্নফম ওইদুনা লাকপনি।

ঐনা য়ুম পাল্লবা মতুং থা খরা লৈরগা ইপুরোইবা রাকেশ থবক মফমদা অয়াম্বা লৈরম্মী। মহাক য়ুমদা লৈতে হায়দুনা ঐ ইপামদা তোইনা লাক্কুনা লৈখি। মহাক্না করিগুম্বা ছুটি লৌদুনা হল্লকপা মতমদা ঐগা থেংনদবা অনী-অহুল্লক য়াওরম্মী। ঐনা ইপামদা লৈথোকপসি মহাক্না কয়া পামখিদে। ঐগী ইতৌ অদুদা মহাক নুপী অমা তিন্নবা হৌরকখি। মসিগী ব্বাহৌদগী ঐগা মাগা নোংমা খৎনরম্মী। ঐনা নাপলগা লোয়ননা ঐসু নুপীনি, ঐসু য়াম্না তৌবা ঙম্মী হায়দুনা ইপামদা লাকখি। অসুম্না মা-ঐগী মরক্তা অচৌবা পল অমা খাবা হৌরকখি। মহাক তশেংনা ঐবু ব্বারৌখি।

বসতা পুং অমরোম তোংদুনা লাকপনা ইনম্মগী মপাম য়ৌরে। বজারদগী খরা চংশিল্লগা লৈরম্মী। ঐখোয়না থুংলবা অদুদা চাক-ঈশিং থৌরাং

তৌদুনা লৈরম্লে। চাক চারবা মতুংদা ইনম্মনা মখোয়গী মমাবোকহোইদা ঙাইহাক য়ৌরুসি হায়দুনা চৎলম্মী। ইনম্মগী মমাগা পোকমীন্নবী ইনেনি। খুন অমত্তদনি। খোঙনা কিলোমিটর অমরোম চৎলগা লৈরম্মী। লৈরাং কয়ানা কোয়না নিংথিনা শাৎলবা শুমাং, তরু তনানবা য়ুম অদু য়াম্না ইংনা-চিক্লা উরম্মী। এপ্রিল থা চংলকপগী শাগৎলকপা মতম ওইবনা খোঙনা লাকপদুদা হুমাং শৌরম্মী। ৱাইটিং রুম অমদা ঐখোয় অনী ফমলম্মী। ইনেদি হৈ মহি শেন্নুনি হায়দুনা অতোপ্পা কা অমদা চৎখিরম্মী। হুমাং শৌই হায়দুনা ফেন থারম্লগা ইনম্মসু ইনেগী মনাক্তা চৎখিরম্মী। ফেনগী অকনবা শহুমদা ফক্লাংদা থেৎপা পিকচর অমা হুমদোক্কদৌবগুম তৌরম্মী। নুংশিৎকী শাফুদা পিকচরনা হুমগৎলকপা খুদিংদা য়াম্না নিংথিনা ফ্রেম চল্লবা ফোটো অমগী মখা থংবা তংখাই অমা হেক হেক উরম্মী। ঐনা ফোটো অদু য়েংনিংদুনা পিকচর অদু হায়গৎলুবদদি অঙকপা অমা ওইরম্মী। ফোটো অদু ঐগী ওইরম্মী। মতৌ করম্না ফোটো অসি মফম অসিদা লৈরম্লিবা ? ঐনা য়ুম পান্দ্রিঙৈদা মুকেশনা শিন্দুনা মঙাল কৌবা নুপা অমগা খঙনখি। মঙোন্দা ঐনা ঐগী ফোটো অমা পীখি। মঙোন্দা নত্তনা কনামত্তদা ঐগী ফোটো পীখিদে। মসিবু মঙালগী য়ুম্ননে ? ঐ খঙনিংবনা লাংতক্লরম্মী। করিগুম্বা মহাক্না মিকুপ অসিদা চংলক্লবদি করি তৌগনি ? ফেন থানা থানা ঐ হুমাং অনপ্পী কারম্মী। ইনম্মগা ইনেগা লাকপগী খোঞ্জেল তাবদগী ঐ সোফাদা চংশিন্দুনা ফম্লম্মী। ইনম্মনা ঐবু য়েংলগা হায়রকই,

- ফেন থারবসু ইংদ্রিবরা ? নমাইগা ইঙাং ঙাংলিদুনা কৈদৌরে ?

ইনেনা হায়রকই,

- নুংশাদা লাকপগী তৌরিনি। নহান মখৈ ইমুংদগী মপাল কয়া থোক্লমলোই।

ঐনা করিশু তৌদবা শাদুনা হায়রম্মী,

- ঙসিসে য়াম্না শাইনে। (ঐনা ইনেদা ওশিন্দুনা হংলমই।) ইনেহোইগী ইমুংসি মী কয়া লৈবগে ?

- মরিদনি। ইচানুপা অনীগা নখোয় মাম্মগা ঐগনি। ইচা অহলনা য়ুনিভরসিটিদা রিসার্শ তৌরি। অতোনবনা দুকান ফম্লি। ময়ুম মকৈ পানবা য়ারবনি। ময়ুম পাল্লু হায়বা য়াদদুনা লৈরিবনিনে।

ইনেনা য়ুনিভরসিটি পল্লকপদা মঙালবু ইমিৎশিদা শঙ-শঙ উরম্মী। ইনম্মনা হৈ মহি পীরকখি। মখা করি তারক্কদগে হায়দুনা ঐনা খৌরাংনা ইনেদা য়েংলম্মী। ইনেনা ঐনা খঙনিংবদু উরদুনা মখা তারকই,

মনিপুরগী শক্লাইরবা, লাইওইরবা মীওইশিংগী মুর্তি শাবগী থবক তৌরিনি হায়দুনা লৈরি। লৈবাক মীয়ামগী থবক তৌরিনি হায়দুনা ঙাইহাক্তা পোত্থাদে। মহাক্না পোত্থানিংলবসু মীনা হেক্তা কৌরকই। য়ুমদা লৈরবসু ঙাইহাক্তা তুমিন্না লৈতে। মপাগী করবারদা মতেং পাংশিল্লি। নুমিদাংদনা মীগী লাইরিক প্রুফ লৌদুনা লৈ। মহাক্না খরা পুথোক মপানা খরা পুথোক তৌদুনা টাটা মেজিগ অমা লৈরগা মনাওশিং অমবু পেশেঞ্জর চেলহল্লী।

ইনেনা সাইদ টেবল মখাদগী চাউরবা এলবম অমা পুথোরকখি। এলবম অদু হাংদোক্নুনা ঐনা য়েংলমই। অহানবা লৈমাইমক্তদা ইনেহোইগী ইমুংগী অপুনবা ফোটো অমা য়াওরম্মী। ইনেগী ওইথংবা নাকলদা মঙালনা নোকমি-নোকমি তৌদুনা লেপ্পুনা লৈরি। মদু উবদা মঙালনা ঐগী ইনাক্তা লেপ্লবগুম খল্লম্মী। ঐ নাতোন নাকচিদা হুমাং কারক্লম্মী। ঐনা করিশু তৌদবা শাদুনা হুমাং অদু লোন্না তৈথোক্লগা এলবম অদু মথং-মথং হাংদোক্নুনা য়েংলম্মী। মীয়ামগী লুচিংবা ইরাবত, মহাকবি অঙাংহল, অমদি পাওনা ব্রজবাসিগী মুর্তি শাগৎপগী ফোটো কয়া য়াওরম্মী। এলবম অদু য়েংবা লোইশিল্লকপা মতমদা ইনেনা ক্না তপ্লগা পীরকখি। ক্না চানা চানা ইনেনা হায়রকখি,

- য়ুনিভরসিটি মনাক অদুব্রাইদগী নুপী অমা খঙনৈ হায়দুনা তৌরম্মী। ইচানদি নুপীদুগীদমক পৈশা কয়া তিংদুনা মতেং পাংবিখি হায়। অদুগা নুপীদুদি থবক তৌবা নুপা অমদা ময়ুম পানপ্রে হায়। হৌজিক্কানগী নুপীশিংসিসু য়াম্না ঙম্বা লৈবা জাৎনি। নুপাগী মরল থেল্লগা চাগে হায়বী তৌবা ঙম্বী নুপীসু লৈরে।

ইনম্মনা হায়রকখি,

- ইমাবোক, মঙালদুবু য়াম্না শিংবদাইনে।

- মশানা পামজবা নুপীনিনা লৈতে, মতেং তৌবীয়ু হায়বদুদা পীরুরিবনিনে। চহি অনীরোম ফারক্লে, ময়ুম পাল্লু হায়বা য়াদদুনা লৈরিবা। ময়ুম পাল্লরোই হায়রিবরা খঙদে।

ইনেগী ব্রাহে খুদিংমক ঐঙোন্দদি মচিল তুল্লবা তিংখংনা থিনবগুম থোক্লম্মী। ঐ ইনেহোইগী ইমুংদগী য়াম্না থুনা থোক্লিংলম্মী। ইনম্মদা থেংলে চংলসি হায়দুনা তকশিনবদগী ইনেহোইদগী থোরক্লে। মপান হেক থোকপগা নে-না তানা শ্বর হোনবা ফংবগুম খল্লম্মী।

নুংশা খরা নেমথরকপা অদুব্রাইদা য়ুম য়ৌরক্লে। ব্রাইটিং রুমদা ইদোম ফম্ন ফম্না হৌগ্রবা পুন্সিগী ইতিহাসকী চেনা হঙ্গৎনা ফাক্কুনা য়েংলুই। মঙালগা ঐগা মতৌ করম্না খঙনখিবা ? করম্না ঐনা মাবু থাদোক্লম্বা ? মথং মথং ঐগী ব্রাখলগী লময়ায়দা থোরক্লি। মুকেশনা শীন্দুনা ঐগী ফোটো মঙালগী মনাক্তা, মঙালগী ফোটো ঐগী ইনাক্তা য়ৌনখি। মুকেশকী মফমদগী মঙাল লৈবাক মীয়ামগী সেবা তৌবদা থব্রাই য়াওজবা, য়াম্না চম্বা মীশক্লি হায়বা খঙলম্মী। মহাক নুপী অমত্তদা ব্রা হায়বা হৈজদবা মীনি। চহি মতাংনা ময়ুম-মকৈ পানবা য়াবা মতম ওইরকপনা পুন্সি খোংলোই অমা থিনিংলকপগী ব্রানি। মঙোন্দা হায়রিবমখৈ য়াগনি হায়নসু মুকেশনা হায়রম্মী। মঙাল মুকেশকা হোষ্টেল থংননা লৈ। য়াম্না নক্লবা মরূপ নৎত্রগসু অব্রা-নুংঙাইগী ব্রারী মরক-মরক্তা শান্নবা মীনি। মঙালদগী খুদোংচাবা খরা লৌনবা মুকেশনা শীন্দুনা তিন্নবা হৌখি। ঐনা নমথাক তৌদুনা য়ানিংবগী ইংগিৎ উৎতুনা ব্রাহে মরিনা শাবা মেশেজ অমা থাখিরম্মী। মেশেজ অদুদা ঐনা ইখি, ' মঙালগী অপাম্বদু থাজগীসু অপাম্বনি ।' নুমিৎতুদা মঙালনা মেশেজ অমা থারকখি। মদুদা অসুম্না ইরকখি, 'তাইবঙ মপুনা জীব পুম্নমক তুম্মা কাইদনা শেম্বীরকই। নঙ ঐসু তাইবঙ মপুনা শীল্লকপা পোরম অসি কায়দনা পুন্সি খোঙলোই ওইমিন্নদুনা চৎমিন্নৌ হায়না তন্নকপনি খল্লি। থম্মোয় থম্মোয় শেংনদুনা অমগী মতেং অমনা পাংনদুনা খুৎশম্নরগা চৎমিন্নরবতদা ঐখোয়না ঙম্লোইদবা অমত্তা

লৈতে। নুপী ওইনা পোক্লকৄবী নহাক্লি। অখাং কনবী, ইচং থৌবী ওইদুনা লৈবাক্কীদমক অঙম্বা খরদং তৌরম্বা ঙম্লবদি পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি। নহাক্লা ঐবু নুংশিবীবগীদমক হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি।' মেশেজ অদুগী পাউখুম ঐনা ইচেগো তান্নদুনা থারম্মী। মেশেজ অদুদা মহাকপু য়াম্না থাগৎতুনা ইরম্মী, 'অদোম্না ঐবু নুংশিবীবগীদমক ঐনা কয়াগী মতিক চাউথোকচৈ। নহাক্কী অনিংবা অপাম্বদা অয়েৎপা অমদি খুরৌ থাংবা লৈতনা নিংবা থুংবা ওইবীয়ুকো।'

নোংমা অহানবা ওইনা কাঞ্চি রেষ্টোরেন্টতা মুকেশকী মতেংদগী উনদুনা শকখঙনখি। মা ঐ করি করি তৌদুনা লৈরিবগে হায়বা খঙনদুনসু অহানবা উনবগী ৱারী মচাক ওইনা হংনখি। ঐনা হংলুই,

- কয়াম কুইরে য়ৌরকপা ?

- পুংখাইমুক ফারে।

- অদুক ঙন্না লাক্লিদি করিগী ?

- হায়নখিবা মতমদগী মিনিট তরাদনি ঙল্লিবা।

- মঙাল হায়বা নৎত্রা নঙগী মিংদুবু ?

- হোয়, অদোমগীনা থাজ।

- করি তৌরিবা হৌজিক ?

- লৈবাক্কী সেবা খরা তৌরমগে হায়দুনা হোৎনরি। লাইওইখ্রবা লুচিংবা খরগী মুর্তি খিন্নবা হোৎনরি।

- মদুনা ঐবু থাকপা ঙমগদরা ?

- মদুগীদমক করিমত্তা ৱাবীরুনু। হৌজিক করি হোৎনরি ?

- থবক ফংদ্রি। হৌজিক্তি নঙ থেংনরবনিনা খুৎতা হামদুনা চারনি।

কোফি অমমম থক্লগা ৱারী খরা শাদুনা নুমিৎতু লোইশিনখি। ঐগী চিনদগী ফজবা ৱাহৈ অমত্তা থোকউ হায়বা য়াখিদে। পুন্নমক করেম কথাইনবা,

থওইদবা ওইনা থোকখি। মহাক্লা করি খল্লমগনি হায়বা ফাওবা খম্বুরুদে। ঐ মেত্রিক ফেলনি। য়ুমদা নোংমা ফাদোক ফি খরা খরা শাবা নত্তনা করিশু তৌদে। ঐগী ইগুন অমা হায়বা অমবু ঐগী ইশক অসি ফজে। মসিনা ঐগী নাপল কানবগী লম্বী অমনি।

মতুংদা মতিক চাবী নুপী অমা করম্না ওইগদগে হায়বগা মরী লৈনবা লাইরিক কয়া পীরকখি। মহাক্লা পীরকপা লাইরিক্তনা টেবল থম্না লৈরম্মী। লাইরিক অমা অনীগী চেনা খরা খরা পারগা মখা পারমদে। ইনাওনুপী থোইথোইদি থবাই য়াওনা পাখি।

নোংমা নুমিদাং অমা মঙালগী ফোন লাকখি। নুমিৎ অদু মৈ লাক্তবা নুমিৎনি। ঐ মপান্দা থোইথোইগা লোয়ননা ফল্লম্মী। মঙালনা হংলকখি,

- কমদৌরিবগে ?

- নুংঙাইরিয়ে। (থবক য়াম্না ফবী শাদুনা মখা তারুই।) মৈ লাক্তবনিনা ফি শাদুনা লৈগদবসু য়াদ্রে। অদুনা মপান্দা ফমদুনা মৈ লাকপা ঙাইরি।

- মনিপুরগী মৈ লাকপা ঙাইদুনা লৈরবদি য়াররোই। হৌজিক্তি মতম অসি য়াম্না লুরবনি। মতম মাঙহনদনা লৈবা হৈবতনা পুন্সিদা মায় পাক্কদৌরিবনি।

- মৈগা লাক্তবসিদা বাখলগা অমত্তা থোক্তরে। মঙাল ওইবা নঙনা লাপ্না লৈখিবনা থাজ ঐদি মিংদা ঙাইহৌরে। অমম্বনা কুপশিনখ্রে। নঙনা খরা ঙালহনবীরো।

- থম্মোইদা শেংবীয়ু অমম্বা থাশি হায়বদু কৈদৌঙেদা লাকহল্লোই। থাজগী পুন্সি মতম পুম্নমক্তা পুর্নিমাতা ওইদুনা ঙান্দুনা লৈহল্লগে।

- ঈশ্বরগী মশক ওইরবা নঙগী অঙকপা জাদুনা লাইরবী ঐগী মল্লবা খাঙপোকশে মতম পুম্বগী ওইনা ঙালহনবীরো।

মতুং নুমিৎ নীনি শুবদা মঙালগী ফোন লাকখি,

- থাজ, ইনভর্টর অমা থাখিবনি। থোঙ্গাল থোক্লগা ওক্লবা ঙাইরগা লৈউ।

ঐ ঙকখি। অদুনা হায়খি,

কৈদৌবগীনো ? ঐনা ফাগী তৌদুনা শুম হায়খিবদুবু।

করিশু লৈবা নত্তেদা। হৌজিক্তি ঐখোয় অনী অমত্তা ওইরবা নৎত্রনে ? ঐখোয় অনী অমনা অমগী মতেং পাংনদনা কনাগা পাংনরুনি। হৌজিক য়ৌরন্নি, থোক্লো।

ইমুংদগী মপান থোরকপদা রিক্সা অমা ঐখোয়গী য়ুমদা থৌজিল্লকপা উরম্মী। রিক্সা থৌবা অদুনা ইনভর্টর সেদ অমা থাংদরকখি। ঐনা গুক্লা য়েংলিঙৈদা রিক্সা থৌবা অদুদি চৎখ্রে।

নোংমা মুকেশকী ফোন লাকখি,

- থাজ, করিগুম্বা মঙালনা হংলক্লবদি ইন্ব্রোইদরি তৌবা হৈ, মেছিন লৈবা ঙমদদুনা লৈরিবনি হায়না খুমখো।

- নঙনা করি তেন অমুক কাপশিনখ্রে ?

- ইবেম্মা, হন্দক্তি মেছিন অমা লৌহৌরো। নঙগী মাইকৈদা য়াই চেনবা শক্তি অমা হোইজিনখ্রবনি। তেন কাপ্পবা শেম-শাদুনা লৈজহৌ, নাছোকচখিনি।

থা অমরোম লৈরগা ফি লোন্নবা মেছিন অমা মঙালনা লৈবীখি। ইচে লুহোংবদসু গাড়ীদা নত্তনা শেনফম ওইনা চাউনা মতেং পাংলকখি। অসুম্না করিগুম্বদা ফি-রোল লৈনবা, খোংউপ লৈনবা, মরম অমা নৎত্রগা অমা পীদুনা মঙোন্দগী পৈশা লৌরম্মী।

মতম অমদা ঐখোয়গী পাবুংনা চিফ মিনিষ্টরগী মতুং ইন্দুনা লৈরিঙৈদদি য়াম্না কোম্না হিংলম্মী। চহি খরা লৈরগদি চিফ মিনিষ্টরসু অতোপ্পা অমনা শিনখ্রে। মীগী ঝাচৎ-ঝানোম তৌবীদুনা শেল মরাং কাইনা ফংলম্বদুসু ফংদ্রে। মতম অদুদা খরচ চাউনা তৌদুনা নুংঙাইথোক্লিঙৈদা তুংগী ঝাখলসু খলহৌদে। ইচিল- ইনাওদি য়াম্বা শেল থোকপদি য়াওদবা ইমুং ওইবনা য়াম্না ঝানা লেল্লম্মী।

নোংমা মেরা থাদনি। নিংঙোল চাক্কৌবা ময়া নকশিল্লকপগী য়ুমথোং খুদিংদা নুপী ওইবীশিংনা অহিং থেংলবা ফাওবা ফি শাদুনা লৈনবা মতমনি।

ঐখোয়গী ইচিল-ইনাওশু নিংঙোল চাক্কৌবগী খরচদসু পুননবা ফি খরা হেন্না শাবা পাল্লম্মী। লুরিবদি লং লৈননবা পৈশা লৈরমদে। মতম অসিদা মঙালবু নীংশিংলকখি। মঙোন্দা মতেং খরা তৌবীনবা হায়গে খল্লম্মী। মঙোন্দা হায়রবদি শোয়দনা পাংলক্কনি। মতম অসি ইম্ফাল সহরদা বোম মথং মথং থংননা পোকখাইখিবগী জীলা অসিগী মফম পুম্নমক্তা কনা অমত্তা মপাল থোকপা য়াদবগী কর্ফিয়ু থম্লিবনি। বোম পোকখায়বা অদু সরকারনদি লালহৌবশিংনা তৌবনি হায়না মরাল শীরম্মী। প্রজাশিংনদি রাজনীতিগী খুদোংচাবা লৌননবা সরকারনা তৌবনি হায়না মরাল শীরম্মী। মসিদগী প্রজাগী ঈরাং কনখৎলক্কুনা মতম কক্তনা নুমিৎ কয়ানিমুক কার্ফিয়ু থমদুনা লাকখি। হন্দক্কী মতাং অসিদা মহাক্লা ঐবু কয়ামুক য়াম্না নীংজবগে হায়বগী চাংয়েং তৌরগে খল্লম্মী। করিগুম্বা মঙালনা কার্ফিয়ু লৈ হায়দুনা লাক্রবদি ঐবু নুংশিদদুনা তৌরিবনি হায়না মরাল শীগে খল্লম্মী। মসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা মঙোন্দগী লাপথোক্লবা লম্বী অমা ফংলগনি হায়নসু আশা তৌরম্মী। মহাক্লা লাক্লগনা থাগৎশন্নদুনা পৈশা লৌথোক্কে খল্লম্মী। অদুনা অয়ুক অমদা ঐনা মঙোন্দা ফোন তৌখি,

- মঙাল, কমদৌরিবগে ?

- নুংঙাইরিয়ে। ইথা থাজদনা অয়ুক অসিদা কোকিলগী খোঞ্জেলগুম খোইথুম্নরবা শুরদা ইপাউ হংবীবগীদমক থাগৎচরিয়ে।

- ঐবু য়াম্না থাগৎপীবগীদমক লমন তোনশিনজরে।

- করি হায়গে ? য়ুমগী পোম্বী ননাক্তা লমগী চেক্লা ঐবু পাইরকউ হায়বরা ?

ঐনা অব্বাবা মতৌ উৎতুনা হায়রমই,

- মঙাল, ঐখোয়গী ইমুংগী ফিভমসি য়াম্না নাতে চাদ্রে। নঙনা চানবীদুনা ইতেং খরা পাংবীয়ু।

- কৈদৌরবগে ?

- নিংঙোল চাক্কৌবা ময়াদি নকশিল্লক্কে। মসিগী খরচদসু পুননবা ফি

শান্নবা লং খরা লৈগে হায়না খল্লি। য়ারবদি ঙসিসি পৈশা খরা পীবিয়ু।

- ঐ নুমিদাংৱাইরম য়ৌরক্কে।

ঐনা কাউথোক্লুবদগী খঙনিং নীংশিংলকপা শাদুনা হায়রম্মী,

- কার্ফিয়ু লৈরিসিদি। করম্না লাক্কদৌরিবনো ? ঐদি কাউথোক্লুরে। দরকার ওইবগী হায়রবদি ঙসিমক উপাই অমা তৌদুনা য়ৌহন্নিংই। খঙদে, নঙনা ফগদবা য়েংউ।

- ঐ উপাই অমা তৌদুনা লাক্লবা হোৎনগে।

কর্ফিয়ু য়াম্না কল্লম্মী। লম্বীদা কনামত্তা চৎপা উরমদে। করিগুম্বদা অমা অনী চৎপা য়াওরবসু সিফাইশিংনা তান্নদুনা ফুরম্মী। করিগুম্বদা ফারগা পুখিবা য়াওরম্মী। অসিগুম্বা ঈরাং কল্লবা তাল্লক অসিদা মঙালনা লাক্কে হায়না হোৎনরবসু ঙম্লোই হায়না খল্লম্মী। অদুবু ইথা থাজদনা মহাক নুমিদাংৱাইরমদা য়ৌরকখি। ঐখোয়গী লৈরক মচিনগী ইনেগী হোটেলদা উনখি। মহাক হুমাং তৈথোক্কুনা লৈরম্মী। মহাক্না হায়রকখি,

- লাল মরক্তনিহে, ঙসি ঐনা য়ৌরকইবসি।

- ঐদি থাজরুদ্রবনি। করিনুংগী লাল মরকসিদা লাকউ হায়রুরিবনো হায়না খল্লুরবনি।

- করিসু কাইদেদা। নশুংলাংগী ওইরবদি মীনাই ওইয়ু হায়রবসু ওইরগে হায়না লৈরিবনি। মদুসু নঙগী।

মহাক্কী মতৌ অদুদা ঐ তশেংনা পেনখি। মহাকপু তশেংনা নুংশিবা ফাওরকখি। করি তৌরগা ঐগী থম্মোইগী অপেনবা অসি ফোঙদোক্কদগে হায়বা খঙবা ঙম্লমদে। নোকমি-নোকমি তৌদুনা ঐনা মহাকপু পেন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। ঐখোয়গী ৱারীদু তারগা ইনেনা হায়রকখি,

- লাইরৌলেম্বী শাদুনা কল্লবা কর্ফিয়ু মরকসিদা হেঞ্জুনহাবু কৌরুরিববু করি অরুবা ৱাফমগীনো ?

মঙালনা হায়রকখি,

- ইনে, তশেংনা হায়বা য়াবা জাৎনি। মীদি লাইরদনা তুমিৎ ফাওবনা পাইথোক্লদ্রবা মতমদনি ঐনা লাক্লিবসি।

ইনেনা মনাক্তগী হুমাই অমা পীরক্লগা হায়রকখি,

- সে, হুমাং শৌরিবসি খরা হুম্বীয়ু। ঐখোয়গী মতমদদি সেবা ফজনা তৌনখ্রবজাৎনি।

ঐনা ইনেগী হুমাইদু অমুক-অনীরক হুন্নগা থল্লম্মী। অদুগা মঙালদা হায়রম্মী,

- সে, হুমাংদু তৈথোকপিগে।

খুৎ ওইনা মহাক্কী লেংবান্দা পাইদুনা ঐনা পুরকপা রুমাল অদুনা মহাক্কী লাইবক্কী হুমাং অদু তৈথোকপীরম্মী। মহাক্না তঙক-তঙক্না ঐবু য়েংদুনা লৈরম্মী। ঐ মঙোন্দগী পৈশা লৌবা পান্নকখিদে। অদুনা হায়রম্মী,

- নঙনা লাক্কনি হায়বা থাজরুদবনা মীঙোন্দগী শেনফম অদু লৌরুরে। নঙোন্দগী লৌররোই।

- মীঙোন্দগী লৌশিল্লুবদু পীথোকখ্রো। মসি ওইনা শীজিন্নৌ।

অসি হায়দুনা লুপা লিশিং মরি পীরকখি। ঐনা লৌররোই হায়না হায়রম্মী। অদুবু মহাক্না নুংঙাইরোইদবা মতৌদু খন্দুনা তঙাইফদনা লৌহৌখি।

তপ্না-তপ্না মঙালগী অচম্বা থম্মোইবু ময়েক শেংনা খঙলকখি। মমৈথংদদি মহাক্না পুন্সি লৈপুন শেম্বদা থোইনা কায়দে হায়না খল্লকখি। মতম অসিদা থংনবা খুন্দা লৈবা রাকেশ থবক ফংবগী পাউ মুকেশনা পুরকখি। মঙাল খঙনদ্রিঙৈদা মহাক্না মতম খরা তিন্নরম্বনি। মঙালগা তিন্নবা হৌবদগী মঙোন্দগী থৈদোক্লবা হোৎনদুনা লাকখিবনি। মুকেশনা শীন্দুনা রাকেশকা উনরুবদগী ঐ মঙালদগী অমুক লাপথোক্লগে হায়না খল্লকখি। মঙালবু ঐঙোন্দগী লাপথোকহন্নবা হোৎনবদা রাকেশকা ঐগা কোর্ট মেরিজ তৌরে হায়না ফাওবা হায়জিনখি। নোংমা ঐনা মেশেজ অমা থাদুনা খঙহনখি, 'মঙাল ঐ রাকেশ কৌবা নুপা অমগা ফিভমনা য়াদদুনা কোর্ট মেরিজ তৌরে। চহি অনীমুক অসি মহাক্না ঐগা শাউনবা অমদগী লাপথোক্লরুবনি। হৌজিক্তি

মহৌশাগী মরীদা হনজিনবা পাল্লে। অদুনা নহাক্না ঐবু কাউথোক্লবা হোৎনবীয়ু। ঐবু ব্বারৌবীগনু। মসিনা নঙ-ঐগী অরোইবা হায়বদু ওইরসি।'

মসিগী মতুংদা মঙালনা ফোন কয়ারক তৌরকখি। অদুবু ঐনা নোংমতা পায়খৎলুদে। মমৈথংদা মেশেজ কয়া থারকখি। মদুসু ঐনা নোংমতা পারুদে। থা অমরোম লৈরগা ঐ রাকেশতা চেন্দুনা লুহোংখি। লাইরৌলেম্বী মশুংলাংগীদমক হেঞ্জুনহাগী থব্বাই মাঙখি। লাইরৌলেম্বীসু হেঞ্জুনহাগীদমক মথ্বাই কৎথোকখি। অদুবু হেঞ্জুনহাগী শক্তম লাংদুনা মথ্বাই খুবাক্তা হাপ্তুনা লাকখিবা মঙালগীদমক ঐনা করিসু তৌবীখিদে। শুপ্নগী মহাকপু নমথাক তৌবিখি।

থৌদোকশিংদু নীংশিংলুবদা ঙসিদি ঐগী ব্বাখলগী লময়ায়দা মঙালনা তম্নরক্লি। কুন্তীনা আকর্ষন মন্ত্র শীজিন্নদুনা কৌনিংবা দেবতা কৌদুনা মশাগী অনিংবা অপাম্বা ফংনবা হোৎনখি। ঐসু ইশাগী ওইজবা কয়া মঙালগী মফমদগী ফংনবা হোৎনখি। মহাক্কী মফমদা তৌখিবা অরানবা থবকশিং অদুগী মহৈনা ঙসিদি মৈরি ওইদুনা থম্মোই অসি চাক্লক্লে। মহাকপু ঐনা নমথাক তৌদুনা থল্লম্লবা ফাওবা ঐগী ফোটোবু ঙসিফাওবা চেকশিন্না থল্লম্লি। মহাক্না পীরম্বা লাইরিকশিং অদু য়েংনিংদুনা থিরুই। টেবলদদি অমত্তা লৈরমদ্রে। মমৈথংদা উপুগী মখা থংবা শরুক্তা পুন্না য়াওদুনা লৈরম্মী। লাইরিক্কী চেখুম খুদিংদা মঙালগী মমিং ইরি। লাইরিক মরক্তা ডাইরি অমা য়াওরম্মী। ডাইরি অদু মঙালনা পিরকখিবনি। ঐনা মদুবু ইনাওনুপী থোইথোইদা পীথোকখি। ডাইরি অদু হাংদোক্নুনা য়েংলুই। অহানবা হাংদোকপমক্তদা মঙালগী ফোটো অদু য়েপ্তুনা লৈরম্মী। মহাক্কী শক্তম অদু উবমক্তদা ইশাগী ইরাল পুম্নমক ঙাকপীয়ু হায়জগে হায়না খল্লম্মী। মিৎলুগী ঈরাতনা মিৎ অসি থুন্নকখি। লোম্থোক্তবা মহাক্কী শক্তম অদুদা ঐনা হায়রুই,

মঙাল, ঙাকপীফম থোক্রবী ঐবু নহাক্না অমুক্তা ঙাকপীয়ু। মদুনা ঐগী নিংঙমদবগী মৈচাক অসি নেম্বা ওইজরগে।

ডাইরি অদু হাংদোক্লুবদা মতম অমদা ঐনা থাখিবা অমদি মঙালনা থারকখিবা মেশেজশিং তারিক্কা লোয়ননা ইদুনা লৈরম্মী। চৈনা খরা পাদুনা য়েংলুই।

জানুয়ারি, তাং ৭, নিংথৌকাবা

'মঙাল, নহাক্কী মেশেজ পারুবদা ঐ হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজে। মঙাল, নহাকসে থাজ ঐগী ইফমদদি ঈশ্বরমক্তি হায়না খনজরিবনি। খঙজ-হৈজদ্রবী ঐবু নহাক্কা মিকপ থোকহনবীবনি হায়না লৌজে।'

মার্চ তাং ১২, য়ুমশাকৈশা

' থাজ, নহাক্কী পুন্সি ব্বারী ঐ ময়েক শেংনা খঙই। পুম্নমক খঙলবা মতুংদা ঐনা ব্বারেপ অসি লৌরবনি। থাজ অমদি মঙালগী মরক্তা চুশিন্নবা য়ারোইদবা অমত্তা লৈতে।'

ডিসেম্বর, ২৮, নিংথৌকাবা

'লম্বীদা অব্বাবা তাদুনা লৈরম্বী থাজ নঙবু খুৎশম্মদুনা পুন্সিগী ওইনা চৎমিন্নগে খল্লুবনি। খুদোংচাবা অমা ফংলকপদা হন্নফাওবা য়েংলমদনা নাথৈদুনা চৎখিবদি করম্বা পুকচেন্নো ? নহাক্কী থম্মোইদুবু নুংশিবা মচেৎ অমা ফাওবা য়াওদ্রবরা ?'

তশেংনমক ঐ থম্মোই পান্দবী নুপীনি। ঐনা তৌখিবা অরানবা কয়া অদুনা ঙসিদি নিংঙমদবগী মৈচাকসি ফংলিবনি। মা অমদি ঐগী ব্বারী খঙবা মীওইশিংনা ঐবু করিনি হায়না ঙাংনরমগনি ? নুপাশিংদগী থেমদুনা নমথাক তৌদুনা মরল-মথুম চাথোকপা হৈবী, তৌবা ঙম্বী ওইনা ঙাংনরমগনি। অমরোমদা রাকেশহোয়গী ইমুংনা, লৈকাইনা ঐবু করিনি হায়না ব্বারীনরমগনি ? মৌ অমা ওইরগা মৌ অমা ওইবগী লিচৎ চৎতবী অহল-লমন পানদবা ইমুংগী মচানি হায়না ব্বারীনরমগনি। ঐনা পামজনা চৎখিবা লম্বী অদুনা ঐবু মাঙহন্নবা [illegible]। ঐনা মিকপ থোক্লকপা মিকুপ অসিদদি পুম্নমক মাঙ-তাক্ল[illegible] [illegible]মক তৌ[illegible] [illegible], মীনা হায়নবী হায়বদু ওইরম্লে।

মার্চ ০১, ২০১০।



লোইরমা

# অইবগী মরমদা



ধনশ্যাম ৱাহেংবা ৱাঙ্গোই ৱাহেংবম লৈকাইদা ইং ১৯৭৪ গী মার্চকী তাং অমদা পোকখি। অপোকপগী মিং শ্রীৱাহেংবম য়াইমা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিং শ্রীমতি ৱাহেংবম ওংবী খুরাই দেবী কৌই। অইবা অসি এম: এ: মনিপুরী অমসুং বি:এড: নি। এ: আই: আর: ইম্ফালগী শৈরেংবা অমসু ওইরি। হৌজিক জৱাহর নবোদয় বিদ্যালয়, রেৱারি, হরিয়ানাদা টি:জি:টি: মনিপুরী অমা ওইনা মনিপুরী লোল অসিবু তম্বীরি।

অইবগী ফোঙলবা লাইরিকশিং -

১। তম্না খুন্নৌগী ভূৎ (ৱারীমচা, ২০০৮)

২। পিষ্টোল অমগী লোন (শৈরেং, ২০০৯)

৩। অৱায়বা মৌ (ৱারীমচা, ২০১০)- অদোমগী খুৎতা লৈজরে।

'ৱারীমচাশিং অসি হান্নগী লীক্লমদগী খরা তোপ্না উই।'

'ৱারীমচাগী অনৌবা মথেল অমা ওইবা য়াবরা হায়না লৌদবা ঙল্লক্তে।'

'ৱারী অয়াম্বা মপাল লমগী সেটিংদা শাগৎপা ওইনা তৌই। ...

থোক্ত-থোকখিবা মালহল্লি।'

- অরিবম কুমার শর্ম্মা

প্রসিডেন্ট

রাইটরস ফোরম, মনিপুর